# অনৌব লীলা মচা মঙা


| | |
|---|---|
| ১– ২২ | শান্নব (শেমদোকপ) |
| ২৩– ৪২ | মতমগি মাইখুম |
| ৪৩– ৮৪ | নিঙোল চাক্লৌব |
| ৮৫–১২৯ | হিংব তায় করিগুম্ব পাম্বে |
| ১৩০–১৫৫ | মীহাৎপ অনী (শেমদোকপ) |



জিঃ সিঃ তোংব্রা

ফোওব :

সোসাইটি থিয়েটর মাগুপুর




কোপী ৬০০

অহানব নম্ব

১৯৭২ ইং ওক্টোবর



নম্ফম :

পেরেডাইজ পব্লিশিং হাউস

পাওনা রোড, ইম্ফাল

মমল লুপা: ৪'৫০

মতু পুরমক অইবগিনি।

# লৈলাশিং অসিদা শরুক য়াখিব

## সোসাইটি থিয়েটরগী মীওইশিং

### শান্নব

| | |
|---|---|
| মুপা | আইঃ মণি |
| মুপী ১ | য়াইমবী |
| মুপী ২ | রোমাবতী |

### মতমগী মাইথুম

| | |
|---|---|
| মিস্ত্রি | যুগোল |
| এক্টর | যোগেন্দ্র |
| মিত্রসিং | ঐরাবত |
| অকনব | ইন্দ্রমনি |
| লীলা | য়াইমবী |
| মতমচৈ | রোমাবতী |
| ছজিক (অহৈঙৈ) | ইবেয়াইমা |
| লাংজৈ | মংলেম |

### নিঙোল চাকৌব

| | |
|---|---|
| স্নাজাওবা | প্রোঃ তোম্বী |
| থম্বৌ | ললিত |

| | |
|---|---|
| বাবু | জ্যোতিরিন্দ্র |
| ডাঃ কামেশ্বর | জয়ন্তকুমার |
| তোয়াইমা | কুলজিৎ |
| তোমপিশক | লোখেন্দ্র |
| সুমিংলৈ | যামিণী |
| স্নাহনবী | রেখাবতী |
| ইবেয়াইমা | ইবেতোম্বী |
| ইবেতোন | রন্ধণী |
| কোম্প্রেং হমুবী | মংলেম |

হিংব তায় করিগুম্ব পাম্বৈ

| | |
|---|---|
| ইবোপিশক নং ১ | রাজেন্দ্র |
| ইবোপিশক নং ২ | বেগেন্দ্র |
| তোম্বৈ | বীর বাহু |
| মুহোর একা | ঐরাবত |
| শনি ঠাকুর | ইন্দ্রমনি |
| শগোলশেন | তোম্বা |
| বুধ | মণি (জুনিয়র) |
| অচৌ | অমুজাও |
| বিবি পার্ব্বতী | রাইমবী, রাধে |
| ভারতী | ললিতাবী |
| মাইপাকপী | রাঃ কুঃ স্নায়াইমা |

| | |
|---|---|
| ভাবোক ১ | ইবোচৌ |
| ভাবোক ২ | ইবোহল (যোগী) |

মীহাৎপ অনী

| | |
|---|---|
| ফ্রাঙ্কিঙ্গ | সাবিত্রী |
| বেনোইট | কমলজিৎ |
| মাউরিস | বারেন্দ্র |
| জৌন | তোম্বা |
| মীহাৎপ ১ | ইন্দ্রমনি |
| মীহাৎপ ২ | ঐরাবত |

নচিংব সোসাইটিগী এক্টরশিং।

| | |
|---|---|
| ডিরেক্টর | জি: সি: ভোংবা |
| মতেং পাংব | আই: মঙ্গি |
| ষ্টেজ | বীরচন্দ্র, বেগেন্দ্র |
| মিউজিক | নবরাজ |

# অনৌব লীলা মচা মঙা

'শাম্নব"

ষ্টেজ :— মাংওইনন ময়াইদ শকমাল্লব কৃ মকক অহুম মিটয় অময়োম য়াংব, ফিঙৌন কুপ্প, ঙকমথৈ খিনগৎতুন লেপ্প নত্রগ ফম য়াব। মথং মথং ওইদগি সুপী অনীগুব, নিপা অমদি সুপী ১বগি মাইখুম উপ্তুন, চহি য়াম্মত্নন মচু মাংলব অশিব মাল্লব মশক।

"অনেম মথাদগি কাপ্লকপ স্পোট লাইটন মখোয়বু য়া ঙাংহল্লি। ফুট লাইটকি সেণ্টরদগিন থাইদগি ফব কাপফম্মি, নক্ক মাইদ পাল্লব। মাইথোং অহুমত্ত ঙাল-হন্নব মতম অমত্তদ কাপ্লকপ মতমদ স্পোট অমত্তদগি মশা অহুম থোক্লকপ য়াগদবনি। মিকুপ খয়দংগিত্নদ নত্তন শিঙ্গল ওইন চৎপ স্পোট শিজিন্নগান, মত্থ অপাম মতুং-টন্ন য়াংন মাই অমদগি অমদ কাপ্প য়াগদবনি, মাই অময়মদ কাপ্পব স্পোট অময়ম লেংদন থম্মত্নদি ফত্তে, মময়দি অঙকপ অরেংব মঙাল অমত্তন খিগৎ-লক্কুন য়া ঙাংহনব মাল্লোই। মাইথোং অমদগি অমদ মঙালন ইঙ্গিং তৌরকপত্থ মিৎন কুপ্পদ তৌগনি। পূম্মম মময়হনব ব্রেক আউট তৌব য়াদে, তৌ হায়য়মত্রবদি মঙ্গালন হেক য়ৈথদ য়া ঙাংগদবনি। মাইথোংশিংত্থ হৌবদৈ লোইব কাওব তন্ন লৈনি ( ইম্পেসিভ ফিলিং, ইমোশন, সফরিং য়াওদব ) থোঙ্গেলশিংত্থ অনেম অবাং নাইয়োই ( টোনলেস ), কমিগুম অর্থ অম ফোংদোকপ নত্রবদি।

চৌবদগি লোইব ফাওব য়াংন চথনি। (রেপিড টেম্পো)
অহৌবগি য়ুথলদু পূম্মম মঘ চেঞ্জদগি চিংথৎকনি, কু
মককশিংদু নৈ হায়ব কাবক্ত থওহন্ন। সেকেণ্ড মঙা
কয়া ঙান্দব স্পোটশিংন মাইথোং অহুমদুদ মতম অমত্তদ।
সেকেণ্ড ৩ শোষ্টাংনব থোঞ্জেলশিংন অয়াম্ব থওব বান।

সুপী ১ঃ— হোয়, অঙকপনি, অমম্বন মক্করে, অদু—হেন্ন মম্মগ হেন্ন ফত্তে!

সুপী ২ঃ— হোয়, ওইব য়াই, মীরুম অম চৎথ্রব, ঐন নীংই মী থন্নন হায়নব য়াই।

সুপা ঃ— হোয়, শান্তি, অমন থনখি, পূম্নমক চৎখ্রে, অনা অয়েক পূম্ব!

সুপী ১ঃ— পূম্মম মম্বফাও, মদুদৈ পূম্নমক করে মতমসিদৈ হায়ব, মদু লাক্তি লাক্তনি।

সুপী ২ঃ— লাইবক ঢীরব, মীরুম অম চৎথ্রে, মীরুম অমতং কোক মমুংদ।

পা ঃ— পূম্নমক, অমুক্ত ওইখিদবগুম, মদু-লাকনি "অক" (থগোকপ) ঙাকপিগনি।

পী ১ঃ— মতমদু লাকখিনি, পোৎ অদু নৈ, নখোয় মদু উনি।

পী ২ঃ— (থাক্ল নোকপ) মীরুম অমত্তনি, অদুবু ঐ মদু চীংনৈ!

পা ঃ— অর্থ য়াওদে মসিদ, ওহ ঐ থংভি, অদুম অদুম ওইনমক।

পী ৮ঃ— চৎখ্রে ঐঙোন্দে, হন্দোকখ্রো ঐঙোন্দে, পূম্নমক মঘ, পূম্নমক চিরুপ।

পী ২ঃ— ঐ মচু চিংনদে অওইবনি, ঐদি পূম্নকনি, ছজিক্লসু পূম্নকনি।

পা ঃ— অমন খনখি, শান্তিবু হায়রিব, চম্ন নত্তে, পূম্নমক সম্ন!

পী ১ঃ— পূম্নমক সম্ন মুথৎপ্রব—।

পী ২ঃ— নিংথিন তৌনি, ঐন হেক ঙম্মবৈ।

পা ঃ— অদুবু মতৌ,দি অমুক্ত ওইখিদবগুম। (কোরস কুম্ন মথকীদু কোক অহুম অহুম পূম্ন ঙাংমিন্নবনি)।

(মঙাল লৌথোকপ্রে, পূম্মম (ব্রেক ওউট) সেকেণ্ড ৫, অকনব মঙাল মইথোং অহুম্মক্ত মতম অমত্তদ সেকেণ্ড ৩, খোঙ্গেলশিংন মহৌশাগী চাংদ)

পী ১ঃ—
পী ২ঃ—(পূম্ন)
পা ঃ—
ঐন মঙোন্দ হায়খি, মুপীদু থাদোকউ, অয়ুক অম কমদুন লৈরিঙৈদ, ঐখোয় কুইখিদে পূম্ন লৈমিন্নখিব—

(মঙাল লৌথোকপ্রে, পূম্মম সেকেণ্ড ৫, পী ১দ মঙাল)

পী ১ঃ— ঐন হায়খি মঙোন্দ, মুপীদু থাদোকউ। ঐ ব্রাশকখি ঐন লূন খঞ্জব পূম্নমক পন্দুন....

পী ২ঃ— অয়ুক অম ঐন কপ্মিঙৈ, কি কোৎতুন মিচুৎথোং হাংলগ, মুপীদু কোং কাওরকথি, ঐঙোন্দ পাইশিল্লকখি। নিপাদু থাদোকউ, মহাক্ল লাওখি, মহাক ঐগিনি। মাগি কোটো শিংদ্ধ মাবু চানবজাৎনি। মাবু ছজিক ঐন উরগ অহানব ওইন খোঙদে তোন কাওব অহিংবদো, ঐ ভাব তাখি করিগিদমক নিপাদুন ঐবু হেন্ন পামখিব।

( পীদৈ পাদ মঙাল )

পা :— ঐখোই কুইখিদে পুন্ন লৈমিন্নখিব, মহাক্ন উচিন্থগি মনম নমখিব মতুংদ। ওক্নবীন্থ খাদোকখে', মহাক্ন হায়খি, নত্রগ ঐন ককথৎচরনি ইঙক অসি "অক" ঙাকপীযু তেংবাংবিসনু ঈশ্বরন ঐবু। ঐ খঙলম্মী মহাক্নিন্থ প্রমান লৈরম্মোই। অত্থুন ঐন মঙোম্ন হায়খি ঐ খঙদে মহাক্ন ন্না ঙাংখিবগি মরমন্থ।

( পাদৈ পী ২দ মঙাল )

পী ২ঃ— নংন ঙাংলিবন্থ কনাগি মরমদনো ? ঐন হায়খি ফি ফোৎলম্বন্থ খম্মগ। কনাগুম্ব নিপ নংগি ? কনাবু থা:দে'ক্নদবনো ? ঐ-নংবু মাগি মনম নম্মি, মহাক্ন থোংখি, মহাক্নু ওইনম নম্বনি।

( পী ২দৈ পী ১দ মঙাল )

পী ১ঃ— থা কয়ানি ঐন মাগি মতুংদ অৰ্কব নিপ। অমবু থাত্থুন ইন্নহনখিব প্রমানগি মমি অমকাওব ফংখিদে। মহাক হান্নগুম থন্নাই য়াওন অত্থুম চথখি হান্নবন্থ য়ানিংলোইদবগি মরম অমত ফংখিদে। মসি, অমদি চুন্নগি নীতিদ ঙাক্ন চৎপবু মান শাথীন হঙ্গোইব অত্থুন ঐবু করি করিগুম্ব মতমদ গুকহনখি ঐন মাবু ধৰ্ম্ম থোক্নন অরানব শীবিরন্না, য়ানি।

( পী১দৈ পারোমদ মঙাল )

পা : নংন্ন শা৷ঙনীংঙাই মরমবু করি লৈদগে ? ঐন হায়খি।

ঐন নংবু থোশাদন তৌরা ? ইমানী লৈমিন্নরিব অসুম্ন করম্ন চান্নন লৈমিন্নব য়াগিদগে কনাগুম্বী অতোপ্পী অম লৈরম্ব থোক্লগনো ? ঐন মাবু মুংশিখিবদু থরাই পুম্ব য়াওন মুংশিখিবন, ঐহাক মাগিদমক য়াখিদব ওমখিদে ।

( পা-দৈ পী ২দা মঙাল )

পী ২ঃ— মহাক্ল ঐঙোন্দ হিংসা তৌরকপ য়ারে হায়ন চিংনরদুন ঐন মণিলা থিংলগ অস্‌কাইনবু কৌথোকখি, অদুগ মাবু থোকখিনব লম্বী তাকহনখি । মুপীদুন চৎলমদান্নদ হায়রম্ব য়াশিংদু, ঐবু মান শা-ঙা শেম্ব-দৌন লোয়শল্লগে হায়বগি ওংদারোমদনি । মাবু পুথোকহনখিব মুপাদুবু সাক্ষী ওইহনব য়ানি, করিগুম্ব মান হিংলম্ব থোক্লব, কাউরমদ্রব, পৃথিবীদ চথোক চৎশিন তৌরিব অমদি মী পুথোক পুশিন অদুম তৌরিব ওইরবদি; ঐহাক শেংন য়ারিবসিনি মদুন ঐবু থর কিহনখি মতম অদুদ ।

( পী ২দৈ পাদ মঙাল)

পা ঃ— মহাক ভাব তাখিদে । ঐহাক খঙখিব ওইরমনি । মঙোন্দ ঐহাকী ইনম নমখি, মহাক্ল তোইন হায়খি । মদুগি পাউথুম লৈখিদে । মরমদুন ঐন মাবু পাবু পাখোমদ পমখি অদুগ য়াশকখি ঐহাক হিংব ওমলম্মোই মহাক য়াওদন ! ঐ অদুম্মক খনখি, মদুদৈ

হেনব হায়ববু। মানি, ঐ তৌখি অশেংবমগ্গি। মহাক্ক ঐবু খিংখিদে। (পাদৈ পী ১দ মঙাল)

পী ১:— অক্লনদি বিচার তৌ, ঐন ঙকখিবহু নোংব ফজরব অ্যুক অমদঃ ঐন অয়ুকি কাদ শুজিন্দুন কম্মিঙৈদ মহাক ইকাই ইকাই চংলকখি, ঐগি ইমাংদ খুকউ লৈতাখি, মমাইহু ঐগি তম্পাক্ত লোৎখি অহুগ ...... মরালহু য়াজখি।

(পী ১দৈ পাদ মঙাল)

পা :— মহাক্ক মতুং ইলহনখি ঊ পাম হুইজাও অমবু, অদুদ মাগ ঐগ য়ারী খিজংদি শাখি। মহাক হয়াওখি অরেম্ব শেল খরহু ফংজবহুদ।

(পাদৈ পী ১দ মঙাল)

পী ২:— নং চখোকখিদ্রিব করিগিনো, ঐন হায়খি, মহাক্ক ময়ুমগি অমদি পুন্সিগি মরমদ নাহেব হৌখিবকান্দ, নখোয়নী মরক্ক করিগুম মরী অমুক লৈত্রে হায়ব উরবসিদ। নত্রগ মরী লৈনরিত্রাও?

(পী ২দৈ পী ১দ মঙাল)

পী ১:— ঐ ইশান য়াই ঐন অহানব থেংনখিবহু অঙকপ ভাব অম ওইখি। করম নিপা অমনো?

(মঙাল পী ১দৈ পাদ, য়া ঙাংগদবগি পাহু ময়া কা-থোক্লম্মী। মঙালহু পাদৈ পী ২দ)

পী ২:— ঐখোয় অনী মরক্ক করি মরী, নিপাহুন হায়খি নংব

এবু করি ওইন লৌবগে, করিগুম খুৎলাই অম ওইন ? অওইবরক মাগদি থম্মোইগি থবক্ত খুদোংং নিংঙাই লৈরমদে । ' অতুদি নং চথোকখিত্রিব করিগিনো ? এৈন হায়রম্মি। করি করিগুম মতমদ এৈ ওকখি মহাক্ন মুপীতুগ লৈমিন্নখিবত্ন মরলগি ওইরোইত্রা হায়ন।

( পী ২দৈ পাদ মঙাল )

পা :— মথংদি মথোয়নী খেংগাইনখিবত্নুগি বানি। এৈগি থয়াই লোগে শিঙত্নন মহাক্ন মচি খেংলগ সিদ পাইশিন্নকপ য়ারোই, মহাক্ন হায়খিঃ এৈবু থাজব য়াদন উরম্ব য়াই। অর্স কাইন্দ হংঙউ, মান হায়খি এৈবু নংন থাজত্রবদি, অত্নবু মাদি মাগি মথয়াইত্নু মাংহন্নরনি হায়দুন কিহন্নি, এৈন হায়খি। নংগিদি লোগে হায়দত্রা ? মান হংখি। হায়দে মাগিনি, এৈন খুমখি। মত্নু পুথোক্নব হোৎনবদ এৈথোয়নী কন নোকনিংখি !

( পাদৈ পী ১দ মঙাল )

পী ১:— অত্নুদৈ এৈন মাবু ভাকপীখি। করিদনো গুংশিন্নন লুকথয়োইদবন এৈন থোদোকখি উৎসোব অম তৌত্নন নিংশিংনব বিভৈরাদ নত্রগ এৈথোয়ন পামজব গ্রান্দ কেনেরিদ। মহাক তায়খেৎ তায়না উখি। ত্নুহৎপিরবগুম। অত্নবু মতমত্নুদ মত্নু ওইথোকখিদে। কায়বায়গি সেপ্পত্রব কয়ান।

( পী ১ দৈ পী ২দ মঙাল )

পী ২:— মহাক অমুকহন্ন লাকখি। সুম কোন্নরকপতাংনি—পূন্নমক খোইহি। মচিনবান লেক্লন্তুন। লাইবক খীরবী। ঐ খুজিল কক্লম্মি মিছুংখোঙ হাঙলগ। মরম পূন্নমক মাধ ঐঙোন্দ তম্মে, মহাক্ল হায়খি। মা হায়ববু কনানো, ঐন হায়খি খুতিন ককপ লেপ্পগ, করিনো মরম পূন্নমক হায়বদে? ঐ খঙখি নহাক কধাদ নথৱাই নারন্নিদগে, মান হায়খি অদুন ঐ চংলকপনি—সুম নঙোন্দ ঐগি করিগুম্ব মুঙাইতব লৈতে তাক্লব। মঙিলা খিংলগ ঐন অর্সকাইন্দ কৌখি।

( পী ২দৈ পাদ মঙাল )

পা :— মদুদৈ ঐ য়াম্ন কিন্নম্মী অমদি তশেং তশেংবত্থ তাকথোক্লম্মী। মহাক অস্থম অস্থম হেঙ্গংন শিনি নানি কিদব উহল্লম্মি। মাগি ভেনিটি বেগতা ক্ষুর অম পুখি। ফমলান্নবশা, চেকশিঙ্গো, কৈদৌঙৈদ তাকথোকমু।

( পাদৈ পী ১দা মঙাল )

পী ১:— পূন্নমক হৌগ্রে— কান্নদ্রে য়ানিংলব মতমদ ঐন ইম্নিংপু পেন্নব মিতাহনগে খনখি। অচম্ব সুপীমচা মবুক মাংবী অম। ঐসিবু মাগি ওইব মতমদ মহাক্ল সুপীদুদৈ করি খেংনরমগদগে?

( পী ১দৈ পী ২দ মঙাল )

সুপী ২:— নিপাদুন অমুক লাকপদ ঐখোয় রাহু হায়দোক্লরম্মি।

ঐহাক শিরবদৌন ভৌম্নমী। মহাক্ক তাক্লমী মঙোন্দ হায়ব তাক্লবগি ময়ম। মায় খুদোং খীনিংঙাইনি অসিনচিংব। মত্তুগি অর্থম্ন মহাক মঙোন্দ অমুক হয় চৎলুরে। মত্তুদ অমুক হক্লিব!

( পী ২দৈ পী ১দ মঙাল )

পী ১:— ভনপাক মাইথোং, কি ফি কাম্বি, দাগ ময়াম, মচীনবান চাউন ভূবী, চাইক্লংজাওবী, মঙক পান্দবী, চুছুশিংহু বং—

( পী১দৈ পী২দ মঙাল )

পী ২:— মহাক অসুম অসুম চথরগী। ঐন ভাব ফংবি নাপী কক্লব কোল অম। খুৎকি কোল মপ্নব অম। ঐন মাবু লেপহনথি অত্তুগ হাম্নবি ঐ কন শাওনিংলবমু কিহক্লিংঙাই দৈতে অপঙবন ভৌবগুম—অত্তুগ মঙোন্দগি লেপ্পকপ খুম্নবগি অয়াম্বমু ঐঙোন্দ দৈতে। মহাক হিরমত্তুদ খনথি মতম থয়।

( পী ২দৈ পী ১দ মঙাল )

পী ১:— পঙ্গাও মচাশিং থোঙমীগুব—

( পী ১-দৈ পাদ মঙাল )

পা ৪:— ঐন মাবু অমুক হয় উবকান্দ মহাক থঙবি। মহাক মায় লুংঙাইতন উবি— "অক" শাকপীগনি। কনাগুম অপঙব অম নাপী কাক্লমী। পাবীমচা অমতং, অত্তুদৈ অতোয় অম। লুবিব বাকমদি মঙোন্দ কয়ম ভাব

তাহন্দগে মদুদি মহৌশাগুম অমুক চায়ব হল্লিয়ব য়াওদে। ঐ ওয়ম্মোই ঐ খওলম্ব য়াবনি। মরমদুন ঐন মাবু পাম্বোমদ পমখি অদুগ হায়খি ঐ হিংদুন লৈথব ওয়রোই মহাক য়াওদন। ঐ থাজদে, মদু হায়ব ওয়মনি।'

(পাদৈ পী ২দ মঙাল)

পী ২:— লৈরিব উপায় অমত্তং হায়ববু ইমানি পূম্ন চৎমিয়খিব। মান য়াশকখি ঐখোয় শোয়দন চৎপ তায় মহাকী য়াথোকখিংদু মকম চান হেক লোইশিনবগ। মরক্তুদন ঐখোয়নী হায়গুম চখ্রব —মদুগি ভাবতি ঐখোয়ন ওব্বমখৈ নিংথিন লাক্লদুন।

( পী ২ দৈ পী ১দ মঙাল )

পী ১:— অদুন মহাক ঐগি অমুক হয় ওইখি। পূম্ন ঐগি। ঐ অমুক হয় সুংওাইখি। ঐ কোয়ন চৎখি ঈশৈ ওংলদুন। তাইবংপান্দো—

( পী ১দৈ পাদ মঙাল )

পা :— য়ুমদন পূম্ন থম্মোইগ থম্মোইগ, অনৌব য়েন্নিং, হৌপ্রবন হৌপ্রে। ঐ চেল্লুই নংগি অমনব মরুম্বীদ, অহিং অম মান হায়খি মোন মথক্ত, নং মদুদৈ নাস্থোক্লেনে। মতাং চাদন কদায়দৈনো, ঐন খনখি। অওইবমক ঐ নাম্থোক্লে, সুংশিবী, ঐন হায়খি, অওইবমক্লি! ঈশ্বর, করম্ব তীলদো মুপী শিংসে। মংবু থাগৎচরি,

লাইরেন্বী, ঐন হায়খি।

( পাদৈ পী ১দ মণ্ডাল )

পী ১ঃ— মতুদগি ঐ মনম নমখি অমুক হয় মাবু নিপাহুদৈ; মানি। ( পী ১দৈ পা ২ মণ্ডাল )

পী ২ঃ— মহাক্ল লাকপ লেপগ্রব মতমদ ঐ শেম শাখি। হেয় নত্রগ ব্রাংন।

( পী ২দৈ পাদ মণ্ডাল )

পা ঃ— অরোইবদ মতু হাকমনখিরন্মী। ঐ ইচম চয় মখা চথব ঙমলমদে।

( পাদৈ পী ১দ মণ্ডাল )

পী ১ঃ— ঐন করিগুম্ব অমত্ত তৌব ঙমত্রিবৈদ মহাক মশক উখিত্রে। মচুগি অর্থবু শুপীতুন মাই পাকগ্রে। ওক্তবী অদো। ঐ মতু থাজব ঙমখিদে। ঐ ঙমদ-তুন হিপখি চয়োল কয়া। অতুদৈ ঐ মাগি মফম তায় গাড়ীন চৎলুই। ম্নমতু পূম্নমক পোরোল লোলন্মী, থাজিম্নম্মি। পূম্নমক উন ওল্লব লিক্লান কুপ্লম্মি,-হল্লকপ লন্বীদ, এস অমদি স্নোডলেও ফাওব—

( পী ১দৈ পাদ মণ্ডাল )

পা ঃ— ঐ ইচম চয় চথব ঙমলমদে।

( পাদৈ পী ২দ মণ্ডাল )

পী ২ঃ— ঐন মাগি পোৎ ময়ামতু তাশিল্লগ মৈ থাদোকখি মতু নভেম্বর থাদনি, নিংশিং মৈজাওতু চাক্লম্মি।

অহিংচুপ্প ফি চাকপগি মনমছু নয়খি।

(পী ২দৈ মঙাল লৌথোকপ্রে, পূম্মম, সেকেগু ৫। মঙালদু হায়গি তঙায়দ ওইন মাইথোং অহুম্মক্তু মতম অমত্তুদ সেকেগু ৩। থোঙ্গেলসু চাং অদুদ হুম্মন)

পী ১ঃ পূম্ন থোঙাল, থোঙাল—

পী ২ঃ পূম্ন হায়ব ঐনি হায়ন—

পাঃ পূম্ন অহানব ওইন অওনব অসি—

(মঙাল মুৎখি, পূম্মম সেকেগু ৫, পাদ মঙাল)

পা ঃ— অহানব ওইন অওনবসি লাকপদ ঐ ভশেংব ঈশ্বরবু থাগৎখি। ঐন খনখি, মসি তৌগ্রে, মসি হায়গ্রে, হুজিক পূম্নমক অদু চৎগ্রে—

(পাদৈ পী ১দা মঙাল)

পী ১ঃ— থোঙাল, থোঙাল দৈ অম্নম তিংথোক্লি থোঙালগীদমক। মদু লাকখিনি। নহাক ঐবু য়েংলগ্রে। অদুবু নং লাকখিনি। অদুদৈ মদু লাকনি।

(পী ১ দৈ পী ২ দ মঙাল)

মুপী ২ঃ— ঐ নিংব কায়ব তৌদে হায়ব মন্তে, ঐ তৌই। ঐ ওায়মশি থাজন থম হেম্ন ফব লাকপ। হেম্ন পোথাব য়াব।

(পী ২দৈ পী ১দ মঙাল)

পী ১ঃ— মত্রম মঙ ঐবু উবদ চোকথয়নি। ঐঙোম্দগি লাপ্ন চৎগ্রো।

(পী ১দৈ পাদ মঙাল)

পা :— লৈখাদ, পুন্নমক লৈখাদ চথরি, অমঘদ, শান্তি লাকনি, ঐন খনথি, পুন্নমক্কি মতুংদ, মমৈদ, ঐহাক্ক চুমথি, পুন্নমক্কি মতুংদ, ঈশ্বরবু খাগচ্চরি, অহানব ওইন অওনব লাকপদ।

( পাদৈ পী ২দ মঙাল )

পী ২:— থাংন চমন্নথি, থাংন চমন্নরি। মতম অমত্তদ ঐন মসিবু হেন্ন পামথি অত্তোপ্প অমহুদৈ। অরেপ্প ওইন খাংব ভম্ব মিকুপ কয়া থাওথি।

( পী ২দৈ পাদ মঙাল )

পা :— ঐ খনথি।

( পাদৈ পী ২দ মঙাল )

পী ২:— নংন মপান্দ চথোকখিবদ— ঐস্ন মপান্দ চথোকউই নোংমদি নং ঐবু খারনি অদুগ চৎথোকখিনি...... মতম পুম্বগি ওইন।

( পী ২দৈ পী ১দ মঙাল )

পী ১:— নরক্কি মঙাল তথায়।

( পী ১ দৈ পা দ মঙাল )

পা :— শান্তি, মানি, ঐন নীংই, শান্তি মথল অম, অন্যব পুন্নমক্তো— অমুক্ত মমাংঙৈদ থেংনরকপ নত্তবগুম।

( পাদৈ পী ২দ মঙাল )

পী ২:— ঐবু খাদোকউ, ক্তব থবক অমগুম। লাপ্প চৎপ্রো অদুগ থীক্লরো হললুরো অত্তোপ্প কনাগুম্ব অমদ। অমরোমদনা—

( পী ২ দৈ পী ১ দ মঙাল )

পী ১:— ঐঙোন্দগি চৎথ্রো। [কম্ন] ঐঙোন্দগি চৎথ্রো।

(পী ১দৈ পাদ মঙাল)

পা :— মসি লাকনি। শোইদন লাকনি। মসিদ তুংগি ওইনব লৈতে।

( পাদৈ পী ২দ )

পী ২:— অমরোমদ ফিভম ফৎলক্তব য়াই, মতুগি থুদোং-থীবতু লৈ।

(পী ২দৈ পাদ মঙাল )

পা :— ওহ, তোববুদি ঐ হুজিক থঙলে—

( পাদৈ পী ১দ মঙাল )

পী ১:— ঐবু অচুম্ব ভাংদে, অসিরা, মতু মসিগিরা, নোংমদি করিগুম্ব পাস্বিন ঐ মমৈদ অচুম্ব ভাংলব য়াই, অতুদৈদি মঙাল অমুক লৈত্রে, অচুম্বগিদমক?

( পী ১ দৈ পী ২দ মঙাল )

পী ২:— নং শাওখিরম্ব য়াই, অতুগ ঐবু জ্ঞান মাংহন্দুন তরু তরু মৈরী থোক্ল থারম্ব য়াই। নং তোরম্মোইদ্রাও?

( পী ২দৈ পাদ মঙাল )

পা :— ঐ হুজিক থঙলে, পুম্নমক অতু চুম্নম্মি ........শাম্নব। অতুগ পুম্নমক্লিদি? কৈদোউভ পুম্নমক্লি ওইরনি—

[ পাদৈ পী ১দ মঙাল ]

পী ১:— মতুরা অসিবু?

( পী ১ দৈ পী ২দ মঙাল )

পী ২:— নংবু তৌরম্মোইগ্রাও ?

[ পী ২ দৈ পাদ মঙাল ]

পা :— পুন্নমকসি, কৈদৌঙৈদপি মখোয় পুন্নমকসি ওইরকই —চুম্ন শায়ব ?

[ পাদৈ পী ১দ মঙাল ]

পী ১:— ঐ করিমত তৌব ঙমদে........ কনাগুম্বগিদমক........ অমুক হেন্থন....ঈশ্বরবু থাগৎচরি। অদুন মাসি করিগুম্ব. খর শোইদন ওইনি ঐন হায়ব ঙাব, কমদৌন পুক্লিংন হুজিকস্থ থবক তৌরি।

[ পী ১দৈ পী ২দ মঙাল ]

পী ২:— অদুবু ঐ ম িংনৈ। মদু নংগি নঙৌ মাল্লোই করিগুম্ব অমন ওইরবস্থ। নংন শোইদন থঙগদবনি ঐ ঙম্ব-মথৈ নিংথিন তৌরি। অদুগ নংদি তৌগ্রা ?

( পী ২-দৈ পাদ মঙাল )

পা :— ওইব য়াই মখোই মরূপ শায়থিব, ওইবয়াই অরাবন—

( পাদৈ পী ১দ মঙাল )

পী ১:— অদুবু ঐদি হায়গ্রে ঐন ঙম পুন্নমক। নংন হায়হনব পুন্নমক। পুন্নমক ঐন—

( পী১দৈ পাদ মঙাল )

পা :— ওইব য়াই অয়াবন মখোয়বু পুনশিন্নহনব।

[ পাদৈ পী ২দ মঙাল ]

পী ২ঃ— চিংনিংঙাই লৈতে ঐ হায়গুম হেক্ত লাল্লি. ঙাল্লিবন্থু মুমিৎন অদুম ওইরিবৈদম্ব অদুম, জ্ঞান য়াওব্রা থিব, লৈরম্ব য়ারোইদব মকমদম্ব।

( পী ২দৈ পাদ মঙাল )

পা ঃ— ওইব য়াই মখোয় উন্নব, অদুগ কম্মিন্নব অশংব চা মখোয়নীমক্ত পামজবদু থকমিন্নবদ, সঙ্গোমম্ব য়াওদ চিনিম্ব য়াওদ, চম্প্রাদৈ থিৎভকাওব শুমদন—

( পাদৈ পী ২দ মঙাল )

পী ২ঃ— নংবু তারিব্রা ঐন ঙাংবদ? কনাগুম্ব য়াওরিব্রা ঐন ঙাংব তাব? কনাগুম্ব ঐঙোন্দ য়েংব য়াওরিব্রা? ঐগি ইরমদ চিন্তা তৌরিব কনাগুম্ব লৈবগে?

( পী ২দৈ পাদ মঙাল )

পা ঃ— শুমদোকপ মচেৎ কাওব লৈতে—

( পাদৈ পী ১দ মঙাল )

পী ১ঃ— মাইথোঙদ ঐন ভোগদব করিগুম্বরা য়া ঙাংব নত্তনা? কপ্প নত্তনা?

( পী ১দৈ পী ২ মঙাল )

পী ২ঃ— ঐবু থুৎকেনবীরা, ঐ ঙকই। ওইদব য়াদে হায়ব নত্তে, ছজিক্তি থুদোংথীব পুন্নমক নাম্বোকপ্রে। লাই-বক থীরব জীবদো—— ঐ মান ঙাংব তাব ওম্মনি —লাইবক থীরব জীবদো—

( পী ২দৈ পী ১ মঙাল )

পী ১:— ঐগি নৈসি চিকথৎকে, অদুগ য়োৎশিনগে ? মদু শিৎথোকখিগে ? মদুন নংবু পেলহনগদ্রা ? পুক্নিংবু কমদোন থবক তৌবগে—হুজিকসু অওইব ওইন।

(পী ১দৈ পাদ মণ্ডাল)

পা :— উমৌ, কম্মু, হুজিক্ক মমাংদৈগি পামজরব মফম অমদ, অমুক্ক অতোপ্প অহুদ, অদুগ পুম্ন রামিমৌ, অমদি চাংদমনো— "অক"—ডাকপিনি—মুংডাইরব নিংশিংরাশিং।

(পাদৈ পী ১দা মণ্ডাল)

পী ১:— ঐন থনবদং শ্রম্নম্মবদিকো। মসিদসু জ্ঞান য়াওদে, করিগুম্ব অমত্ত য়াওদে। ঐ ভমদে।

(পী ১ দৈ পী ২দা মণ্ডাল)

পী ২:— লাইবক থীব জীবদো নংবু লমফৈহনগে হোৎনখি- বদো, মুপীদুবু কমদোপ্রবংগে, নংবু ভাব ভৌদ্রাও ? ঐ মাবু তাব ফংই। লাইবক থীরব জীব।

(পী ২দৈ পাদ মণ্ডাল)

পা :— ইশাগি হায়জো হায়রবদি ঐ মতম পুম্বদ লিপ্তনগিন হেন্ন পামজে—।

(পাদৈ পী ১দা মণ্ডাল)

পী ১:— মদু পুম্নমক কেনদ্রে, পুম্নমক কেনদ্রে, অহৌবদগি অহাংব মুংশিৎত। করিগুম্ব অমত্ত হংলক্কে। কনাগুম্ব মী অমত্তন ঐঙোন্দ হংদ্রে করিগুম্ব অমগি ফাওব।

(পী ১ দৈ পী ২ দা মঙাল)

পা ২:— মখোয় ফাওব ৱাবিরম্ব য়াই ঐগিদমক, ঐবু মখোয়না উব ফংখিরম্মবদি। অদুগ ঐন মখোয়গিদমক ৱাবমুক্তি কৈদৌঙৈদ য়ৌরোই।

পী ২ দৈ পী ১ দা মঙাল)

পী ১:— ঐ ওম্মোই।

(পী ১ দৈ পী ২ দা মঙাল)

পী ২:— মখোয়গি অশিনব মচুপ্তু চুপ্প।

পী ২ দৈ পাদ মঙাল)

পা :— ঐ মখোয়গিদমক ৱাবি অমবু ওইরে অমবু ওইবে, মানি, ঐগি লাইবক মখোয়গিগ চাংদস্লো, ফন য়াইফজরবস্থ, অদুগ—

(পাদৈ পী ১দা মঙাল)

পী ১:— ঐ ওম্মোই। পূক্লিংন মচু পামদে। মচু চৎখিগে হায়নি। মানি।

(পী ১ দৈ পাদ মঙাল)

পা :— মখোয়গি ৱাবিয়ু।

(পা দৈ পী ২ দা মঙাল)

পী ২:— নখোয়বু মপান্দ চখোক্লগ করি তৌবগে? নিকখোকপ?

(পী ২দৈ পাদ মঙাল)

পা :— ঐবু করিগুম্ব লোৎলিব্রাও? ঐন মাংহনব্রবা

(পাদৈ পী ১দা মঙাল)

পী ১:— মুপীতুগি পাম্বৈ লৈখি, ঐন নী'ঙ্, মহাক ওকতোন হিংলম্মবগ্ন ।

(পী ১ দৈ পী ২দা মঙ ল)

পী ২:— অচৌব রোলার অম চিংবগুম, শারব সুংশাদ । তপতাবদো.........মড়ব লেপ্তুন চৎহনব লেংবগিপাঙ্গল লাকইব.........

(পী ২দৈ তৰাংশাকপ, পুম্মম, সেকেণ্ড তাতুম; পী ২ দ মঙাল)

পী ২:— মড় হাং'জাকপ অড় অমুক তপতাব ।

(পী ২দৈ প দ মঙাল)

পা :— ঐন মাংনব্রবা...নংন পাম্ন পোংতো ?
করিগি মপান্দ চৎলোকপা ? করিগি চৎকনি—

(পাদৈ পী ২ দা মঙাল)

পী ২:— অড়ণ নংশা ঐগিদমক গ্রাবিবম্ব য়াই, খন্দুন । তোল্লব জীব, মহাক পোপ্পাব চুম্মি ।

(পী ২দৈ পী ১ দা মঙাল)

পী ১:— ওইব য়াই মুপীতুন মহাকপু পুখিব লাগ্ন লৈরুনব করিগুম্ব মফমদ মুংশাদ ।

(পী ১ দৈ পাদ মঙাল)

পা :— করিগি মথাদ চৎকনি ? করিগি চৎলোই

(পাদৈ পী ২ দা মঙাল)

পী ২:— ঐ খঙদে ।

( পী ২দৈ পী ১দ মঙাল )

পী ১:— ওইবয়াই মুপীত্ত করিগুম্বা মকমদা ফমজুন লৈরম্ব, হাংদোক্লবা মীছুৎথোঙগি মনাক্ত, মখুৎশিংছুন মতম্বাক্ত লোয়নছুন খম্মগ মমীৎন মপান্দ য়েংথরক্ত্রুন চোয়কোন পাম্বীশিংগি মথক্ত—

( পী ১দৈ পাদ মঙাল )

পা :— করিগিনো য়েংছুন লৈরোইদব ঐঙোন্দ পোথাব নাইদন ? ঐন অকিবফংনা চোইরোল লোনব হৌব য়াই অত্তুগ — "অক"—নংগিদমক মত্তু য়োকখৎপ ঙাক—

(পাদৈ পী ২দ মঙাল)

পী ২:— নত্তে।

( পী ২দৈ পাদ )

পা :— পিনি।

( পাদৈ পী ১ দ মঙাল )

পী ১:— মপান্দা য়েংথরক্ত্রুন চোয়কোন পাম্বী মথক্ত, অদুদৈ সমুদ্রদ, ঙক্ল ঙক্ল করিন নিপাড়ুবু ফারিবনো ইংথহন্দুন। মরুম্ন পোৎখুদিংগি মথক্ত লোয় কারক্ত্রুন। শন শান চঙুন। মানি,

( পী ১ দৈ পাদ মঙাল )

পা :— ঐখোয় কৈদৌঙৈদ পুম্ন লৈরমদে খনব।

(পাদৈ পী ২দ মঙাল )

পী ২:— ঐসি হায়দৈ হংথর হিকতোক্লব ওইরম্মোইড্রা ?

[ পী ১দৈ পাদ মণ্ডাল ]

পা :— করিগুম্ব অমগি য়েংইব। ঐগি মাইথোংদ। অচুম্ব করিগুম্ব অচুম্ব। ঐগি মীৎত। মান্নব নত্রব।
(পাদৈ পী ২ দা মণ্ডাল। হান্নগুম পী ২ন নোকপন্থু পাদ অমুক হনখিবদ খংলেপ লেপ্প। )

পা :— মীৎ ভাক্ক। পুক্নিং য়্বাওবন নক্তব। অমুক পাংথোক অমুক উইশিন ঐভোন্দ। ঐবু অত্নক য়াম্ন—
(পাদৈ মণ্ডাল চৎখি। পুন্মম। সেকেণ্ড ৩। পাদ মণ্ডাল। )

পা :— ঐবু অত্নক য়াম্ন—য়েংব য়ারিত্রা ?
(মণ্ডাল অমুক লৌথোকপ্রে। পুন্মম। সেকেণ্ড মণ্ডা। মণ্ডাল অশোনব, মাইথোং অহুমদ মতম অমত্তদ। সেকেণ্ড ৩, খোঞ্জেল অশোনব, অয়াম্ব খণ্ডব য়াব। )

পী ১ ( হোয়, অণ্ডকপনি, অমম্বন মক্বয়ে, অত্নু, হেন্ন মম্মগ হেন্ন ফজ্বে।
পী ২ পুন্ন
পা ( হোয়, ওইব য়াই, মিক্লম অম চৎপ্রব, ঐন নিংই মী খরন হায়নব য়াই।

হোয়, শান্তি, অমন খনখি, পুন্নমক চৎপ্রে, অনা-য়েক পুম্ব!

পা :— ঐবু অত্নক য়াম্ন— য়েংব য়ারিত্রা ?
(পাদৈ মণ্ডাল চৎখিব। পুন্মম। সেকেণ্ড ৫। অণ্ডানব মণ্ডাল চপ মান্নন মাইথোঙ অহুমদ। সেকেণ্ড অহুম। খোঞ্জেল চাংওইন হৌন। )

পী ১ঃ ( ঐন মঙোন্দ হায়খি, সুপীহু থাদোকউ— অয়ুক
পী ২ঃ পূম { অম ঐন কমত্থন লৈরিষৈ—
পা ঃ ( ঐথোয় কুইখিদে পূম লৈমিন্নখিব—

(মঙাল লোথোক্লে, পূম্মম, সেকেণ্ড ৫। মঙালহু পাদ)

পা ঃ— ঐথোয় কুইখিদে পূম লৈমিন্নখিব—

(মঙাল লোথোকপ। পূম্মম। সেকেণ্ড ৫)— —



# মতমগি মাইখুম।

## অহানব মতাং।

একাগাড়ী কারখানা মানব কা অমদ নিংথৌগি তাংবল অম থারি। ময়াই ওইন ষ্টেজগি। য়েংথংব কাচীন্দ ইশিংবাত্তিল ১, মগ ১, একাগাড়ী পম্প ১, রবর তোংজৈ অশাংব অম········মেজ অমগ মথক্ত লৈ। খুৎলাই উপু অমদ টাইয়ার, ট্যুব অমনব, খুৎলাই থরগ লৈব উই।

### ফুমিদাংবাই মমলি মমলিব মতমদনি।

য়েংওইনন লীলা অমদি মতমলৈ লেপ্লি। লীলান মীতৈ কনেক মপায়াইব, মুগাগি ব্লাউজ, লিক। ইয়কি অপাবন কেয়ি। চহিদি ৩৪/৩৫ শুরবম্ব। মতমলৈন সিন্নকি থোজ্ঞা ও অথুব, হকচাং তপ নপ্প ফুরিৎ কাওকাবীদ শেৎপ কুম, মাইখুম নত্রগ সনগ্লাস উপ্লি, মশম্ম পুম্ম বাই বাই, শিমুগি গাউম্ম খুযোম য়োন,। পাযোম লাওমপ জোনজোন লিংলি। ওটয়োমদ মকোকক্ষাব লাংজৈ মমীৎনাম শোইব।- মরৈলোম, শেগাইব অযোৎপ শেৎপ লিৎপ শিষ্মী, অমদি লাইমব মানবী কয়া কেদবী হজিকদেবী, অহোঙব কিজোন শিজিম্নবী কি-ন ফুংশা থীন ডায়ম্নি। লীলান ফুংডাইন উই, মতমলৈন বাখলদ উংই। মুখল হায়নংপদ থাওজৈব অযোৎপ ফুরিৎ থোজ্ঞ ও শেংপ মেকানীক ড্রাইভর মিস্ত্রী পাংলাশ ১ পায় কিংন লাকই। খুৎলাই ময়াল থম্মিবহু ওয়ব্রা

য়েংলৈ, থক ইথক্ল মথুং অমোংপন তাংবল অনানথদ্র তৈথোক্লব লাক্লে।

মিস্ত্রী — (ফিংন) মতম মাংহন্নব লৈব্রেকো। লেংশিল্লকনি! ঙহাক্ত ঙায়বে। নথোয় মশীং শুরেকো-? হায়, লীলা! (ময়ামদ য়েংই ঙক্ল)

লীলা -- তাকপিসি উশিংশা, ঐবু লোইব ইপুরোইবা?

মি -- মথোয়সিবু কনা কনানোনে? হা?

লীলা -- মসিন (মতমলৈদ) ঐন পোকচবী, অদোমগি নঙা ইবেম্মা, মতমলৈ।

মি — কৈদৌঙৈ পোকখিবা? কৈদৌঙৈ?

লী — ঙরাং নহালদ ঙায়রি।

মি — মমিংন মতমলৈ' মম'ইস্ন মশাস্ন মুবান পূময়োম? পোকপদৈ ইপাল্লাংগ্রিবজাৎলা?

লী — মথল্লাইন তাজব থোইমু থেংনগ্রিমদৈথ শাৎখিরোই, মাইথুম হাংখিরোই হায়রি।

মি — মমিংন মতমলৈ? ঐগি ইচা—! সাক্ষীদি লৈব্রা? ঐবু কাউরেনে!

লী -- সাক্ষী হায়ববু ইবেম্ম ছজিকদেবীসিনি।

ছজিক — অঙস্ব ইবুংঙো উশিংশাদ লেংহনবিব লাইথিক্লি।

মিস্ত্রী -- (লাংজৈদ) মসিমদি কনানো? নংস্ব য়ানিংব্রা?

লাংজৈ মী মী ময়ামগি ম ম-ময়াইনে ঐদে লাংজৈ মী মী অতৈনবু য়ায়াব হো হোরক্লবদি ঐ ঐস্ন উমউম (মরৈলোম্ন হৌন—ঙাংই)

মিস্ত্রী :— নখোয় মীয়ামগি মরক্ত লমহেনব য়াওব্রাও ?

হুজি :— য়াওই মাগি মমিংদ্রু........

মতম:— এক্টর— ।

মি: — নংদি মাবু খঙ্ঙিবজাৎ ওইরে ।

মতম: — এক্টর য়াওদন ভাইবংদ লীলা ফজব য়াদে, মুংঙাইব ঙমদে ।

মি: — লম হেল্লবদি মহাক চদৎনদ্রুন শিজগেদনি ।
(লাংজেন তপ্ন খুবাক খুই মঙক নোমদ্রুন)

হুজিক:— মহু অব্রাবনি, ইমিৎন হুজিক হুজিক উনরবনি ।

মি :— ঘড়িবু উশিৎতব তৌম্নু, তন্দুন লৈথোকপ য়াদে । পরপ পরপ নশা নশাদ্রু নোইনব লিংজেল মাম্নব তায় । ঐ হুজিক মতমগি নিংথৌ লেংশিল হল্লক্লগে, নখোয় পূম্ব মঙোন্দ নকোক নোনব.তায় । ইবুংঙো মান চানবিনব লৈজব, হৈজব কৎতুন ঈড়াৎ থৌনি তৌব তায় ।

( কিংন চৎথি, অকনববু থৌদোয়কই, মোইবুং খোংই, য়েলগি হুইশল কি কি কামই, য়েলগাড়ী চৎপগি ম্যুজিক কা লোইনমকই, মীয়ায় ঙক য়েংনৈ, মথুৎ লোয়্নে, মকোক নোয়্নে ।

অকনবগি মকোক্তগি মঙক কাওব য়োকেট মানব টুপী অশাংব উপপি । মমিৎক মচীনগ কাৎলি । টুপী মচুন ঙাংই, মশাদ ফুরিৎ অচোনব থাকিগি, খুদাংন অঙৌব মচুগি, খোদ্রাও অখুবন অমুব মচুগি । চংলকপদ মথুৎ

অনীছু রেলগাড়ীগি পিস্তোলগুম তান নাইন হায়রি, মথোঙন ম্যুজিককি তান থাহুন চংলকই

মতুংদ থৱ লাপ্লগ ডিরেক্টর মিস্ত্রীন ভাবন মাবু থৌবগুম ষ্টারিং পায়ব শাম চংমিন্নরকই। য়ায় লাংব, নিলথোংব তায়, মতমলৈন তানিংদহুন মনা ষেম্লি, লাংজৈন শুকই, কিন উই। লীলান কেরি, হুজিক তপ্ন খুবাক খুই।
তাংবল মরাদ ব্রেক কারগ লেপহল্লি, মিস্ত্রীন মতেং পীহুন তাংবলদ অকনবৰু কযহল্লি।)

Hello ! People of the world rejoice !
হয়াওরো, তাইবং মীশা! হুজিক্তি অশোনব লাইরব মীয়ামগি মরূপ, নিংথৌ ওইবদ মতিক চারব অকনব কাওরক্লে। থবক নোঘগি য়াব থওবিদব, মচিঞাক থাকপন্থ য়াদব ইবুংঙো মাবু খুরুমজো, চাকু লনগু- বিরন্নব।

(লীলান হৌরগ কে-ন মতমলৈ, হুজিক, অমদি লাংজৈন ব্রেকুরন লৌ থোইবগি জগোই শায়, মিস্ত্রীসু য়াওই তান থাহুন; অকনবন মঙক লোমহুন হয়াওই। ওরকেস্ত্রা নত্রগ টেপ রেকোর্ডনা মথোল— তান ইশৈ শীজকই। গুহাক জগোই শারব ভুংদ।)

লাং :— আঃ........আ......... (তুথৈ)

মি :— (চিংথংলগ) কৈদোয়ে? কদায়দ শোক্লে?

লাং :— লাই-লাইরব লৌ-লৌমীগি লৌবুক ভকথায়ম্লে, হু- হুবাংথ্রে, অয়ো ইমা, অয়ো য়ো য়ো....। (খুয়াইদ নাল্লি)

মি :— লৌ মতুপ মতুপ কায়দে, থবক পাংদে। মহাজন অচৌবদ পীথোকপ্রগ ক্ষতিপূরণ কংনি, হৌগৎলু, থবক অগুম য়াওশিল্লু।

( তম্ন য়ানিংদন হৌগৎলি )

হুজিকঃ— মতমগি ঈচেন্দ তাওথোনে নবুক থম্নব।

( ত্রেক্তর লৌথোর জগোই অমুক শায়, লাংজৈন মথোঙ শেক্ক শোম্ন তম্ন য়াওই। গুহাক শান্নথদগি, মিস্ত্রীন অকনবদ ঈশিং পীথকই, মথোঙদ মুংশিং হাল্লি, হুইশেল থোংলকই, মিস্ত্রীন জগোই অমুক য়াওরগ— লাংজৈন বোপ তুই নৈমাইদ, জগোই লেপই।)

লাং :— আঃ...... আঃ...... ঐঐ শিশিরে...ঐ

( মিস্ত্রী অমদি লীলান চিংথৎলগ তম্ন শিরুম নারুম— লেপশি, শৌবি)

মি :— নংবু কৈদৌরবগে? নহাক শিত্রিয়ে।

লাং :— চা-চাক লাম্মে, ফি-ফি শেগায়রে, য়ু য়ুম য়ুম তেক্রে। ( হৌন )

মি :— শেল ফংগনিয়ে, থবক শুরগ। ( হৌন )

লাং :— থ থবক মুনবিরে, থ থবক ফংদ্রে—ক ক করি চাদগে? ঐ-ঐথোর শিরে— ( বোপ অমুক তুথি )

মি :— মী হিংনব, হৈনিংনব, থবক য়াত্তনব লীলা তৌব তায়! লীলা! থরাই হায়, পাজল শীব লীলা উৎপ তায়, মতম মাংহনব য়াদে।

লীলা:— তারিত্রা মতমদৈ, নংগি পাবুংগি য়াথং হিক্লোকমু,

উৎলো নংগি কুম্মৈ, মতমগি মাইথুম হাংদোক্লো, থীম্লে

মতম:— ঐহাক লীলা উৎপ ওম্মোই।
লীলাঃ— করিগি? করি ব্বানো অণ্ডাওবী?
মি :— (শাওন) থীম্লে, মতম মাংহনগনো।
মতমঃ— লাম্বা চাব এক্টর য়াওদন মীগি থব্লাই হাপ্ল লীলা উৎপ ওম্মোই।
মি :— নংগি এক্টর, হেরো শাগদবদুদি কদায়দ লৈ? লৈভম তাকউ, থবক শিৎহনগনু।
মতমঃ— ঐদি খঙদে, মীয়ামগি লাংজৈদ হংউ।
(মথুৎন তুরিব লাংজৈদ থিল্লগ চৎখি)
অকনঃ— (মথুৎন মতমলৈদ থিল্লগ হুইশেল্ শাংন খোংই)
(মিস্ত্রীন খোংব লেপহল্লি, লাংজৈদু চিংখৎলি)
মি :— নবুক থম্লব, থবক ব্বাৎতনব, য়ুম্বান ফগৎনব এক্টর কৌরু, থীম্বরমুনে। হৈনিংদব পোক্কুন থবক লেপ্লবদি মীয়াম চরা হেনব তারে, মী শিনব তারে, পরপ পরপ থিরগ পুরকউ।

(লাংজৈদু তবি তবি চৎখি, মিস্ত্রীন পাইপকি মতেংন ঈশিং পীথকই অকনবদ, মখোঙ্গদ মুংশিং থব হাল্লি।)

লীলাঃ— ব্বাও হোইনব শাজৈ, সন শগোল পুল্লব খোয়ী নত্তন করি লীলানো ইগদব অসিবো।
হুজি :— থবক মথৈ হিংচাবদ পীজথোকপ্লবদি থবক ফংদব মী

উংলো নংগি কুম্মৈ, মতমগি মাইথুম হাংদোক্লো, থীল্লে সুপীমচা।

মতমঃ— ঐহাক লীলা উৎপ ওম্মোই।

লী :— করিগি? করি য়ানো অঙাওবী?

মি :— (শাওন) থীল্লে, মতম মাংহনগনো।

মতম:— লাম্বা চাব এক্তর য়াওদন মীগি থৱাই হাপ্প লীলা উৎপ ওম্মোই।

মি :— নংগি এক্তর, হেৎো শাগদবঙুদি কদায়দ লৈ? লৈতম ডাকউ, থবক শিৎহনগমু।

মতম:— ঐদি থওদে, মীয়ামগি লাংজৈদ হংউ। (মথুৎন ভুরিব লাংজৈদ থিল্লগ চৎথি) (অকনব মথুৎন মতমলৈদ থিল্লগ হুইশেল শাংন থোংই) (মিত্রীন থোংব লেপ-হল্লি, লাংজৈদ্র চিংথৎলি)

মি :— নবুক থম্লব, থবক য়াৎতনব, মুয়ান কগৎনব এক্তর কৌক্ল, থীঙ্গুরমুনে। হৈনিংদব পোক্ন থবক লেপ্লবদি মীয়াম চরা হেনব ভারে মী শিনব ভারে, পরপ পরপ থিরগ পুরকউ।

(লাংজৈদ্র ভবি ভবি চৎথি, মিত্রীন পাইপকি মতেংন ঊশিং পীথকই অকনবদ, মথোঙদ হুংশিং থর হাল্লি।)

লী :— য়াও হোইনব শাজৈ, সন শগোল পুন্নব থোরী নত্তন করি লীলানো ইগদব অসিবো!

হজি:— থবকমথৈ হিংচাবদ পীজথোকপ্রবদি থবক কংদব মী

মখোদি নোংমৈ মরূ পীজরো। মতমগী কুম্মে হায়-ববু মহুনি, নোংমৈ দোং দোং !

মি :— মীগি মকোক্ত থোপ হাপ্লকপসি তাইবংমপুগি থুং-শেমদ অচৌব অশোইব অমনি। হিংব তারবদি লীলা, মীগি মকোক্তগি থোপক য়াও মকোক্কিগ ওম্নথোকপ। মহুন থ্বাইদৈ অয়াইব পাম্বেনি।

( ল্যাংজেন এক্টর পূরকই, মতুংদ লাপ্লপ মিত্রসিং ইম্নরকই। এক্টর ফুরিং থোল্‌ াও ঙোরোক ঙোব মশা নংগ্ন, থরদি শেগাইরব শেং-লিংলি। মশক মঙো শাবান ফজে, মিত্রশিং ফিমুগি ফুরিং-থোল্‌ াও, মাইথুম উগ্লি—শক অঙোব ফিমুক্ষ্দ য়েকপ উই, মমিং লাওব, ময়া চোব —অকিব শক্লি, চংখিদনব মহাকপু এক্টরন থাম্নি, লীলা মিত্রীন মিত্রবু উগ্গ কি। )

মি :— করিগিনো এক্টর নংন ঘড়ি চত্তব লমদ লৌৎলুম্রিবা ? পাংদব তৌন্নু, নথৌ থাদোক্নু। মীয়ামগি নিংথৌ অকনবদ থুরুম্মু; নহেগি থুদোন কহল্লু।

এক্টর:— ঐ লোৎপ নত্তে, ইথৌ নত্তবদ ইথৌ পীবিন্নু। ঐ থবক তোকচরে, খড়িদ চাবি থাদ্রে।

মি :— অকনবদ নকোক নোল্লু, লম হেন্ন্।

এক্টর:— ঐ মত্থু তম্লি, ঐগি অকনবদি ইতুংদ ইম্নরকইব মরূপ অসিনি। অতৈবুদি ঐ করিন্নু ওইন উদে।

( অতৈন উবদ কিনৈ ) ( লাপ্ন মতুংদৈ মতমনৈন কৌরকই: "এক্টর ! এক্টর !" )

লী :— লোমর্দ লৈরে, লিদ লাও-ও।

(অকবকন মতমলৈগি মখোল তাবদ লাংতক্লন য়েংই, হল্লাওই)

মতম :— (লাক্লগ) ওহ। বং লাকপ করে এক্টর। ইমানী হল্লা নম্ভব লীলা অম কুম্মিন্নব তায়। অকনবসিন পেন-বিনব, শিথয়ব হৈনিংক্রব মীস্থ হিংগৎনব লীলা।

মি :— মতম মাংহনগনু, কুম্মৈ শাংহনগনু।

এক্টর:— শিথরব, হৈনিংব পোকত্রব মী হিঙ্গৎনব লীলাদি, হিংচাব অসিগি মমাংদ উৎপ য়ারোই। মীগি হৈনিংব হাংতোকপ মহাক্লনি। ঐগি মরূপ মিত্রসিংবু মাগি মহুত্ত নিংথো তাংবলদ থাঙ্গৎসি অচুম্ব, কাম্নব, ফজব, মশক থঙব নত্তে মীজাব অসিদি, উথিংথা।

মি :— হায়জসনু স্নো পাউদর, মহাদেবগি থুদোম্নি, তাইবং মাইথোং তৌহম্নব সুংশিনব থারকপ; হায়জসনু কনা-গুম্ববু থাইদৈ কব কেন্দিদেট, ভোটরশিংগি লাইরক লেম্নব মপুন থাবিয়কপ। নবুক ইবুক থল্লগ লোইরে, হরি হরি বোলা! মনা মথুম কংলগ লোইরে, হে-এ-হরি!

এক্টর:— মহুদি য়াওখঙ্গু খোম্বদ, য়োংয়াম নেকপদ হায়বিরু। এক্টর ঐদি অচুম্ব ফজব থোক্লব এক্তিং তৌব তায়, ঐদি চেং তক্লব কোদ নত্তে, মনা মশীং মহৈ মরোং থোক্লব লৌবুক খোইগদব ট্রেক্টরস্থ নত্তে।

লীলা:— মতমলৈ, নংগ লাথা চাব এক্টরসি লীলা কুম্নব তক্লো,

নিংথৌন ব্রারৌদ্রুন থবক লেপ্লবদি মীয়ামদি করি চানি করি থকনি ? চোকথরব মীয়াম্বু হৈনীংব পোকহল্লু, শিথরব ভাইবংমীশিংদ অনৌব থরাই হাপ্লব উংলু লীলাদু : মতমগি মাইথুম।

মি :— ঘড়িন কনাবুম্ন উশিংতে, লেপ্ল নাইদন ভেক ভেক, শক্তিফু কালেন চাবগ চোংবগ, ইঙা ইঙেন্দ ঈশিংদ জম, ইঙেনসেদৌন থরান্দ থরাই কৎকেরাও ? হা মতমসে ?

মতম:— ( এক্টরদ ) ব্রারৌগনু অথৌব, নরিলসৈন পুকচেল শেংব মাংগি নীংব-কায়ব পুম্ব কাউবিগ্রো, হক্তিক হক্তিক অরাব ভারিব, নমথাক লৌনমগি লাংদ থুড্রন মবুক থন্দ্রিব, মকি থুংদ্রিব মীয়ামগি মমীৎ পাঙনব, মনা শিংনব, অনৌব থরাই কংনব, লীলা অমুক্তং কুমবিসি, মতমগি মাইথুম হাংদোকসি।

এক্টর:— কায়রোই শকহেনবী, মতমগি লীলা ফঙাক, লেপ থুম্ন অশিৎ অরাম্বাগি উফুল মপৈ। ব্রাওরুরে লীলা: কয়া: থবক হাপ্লে ইণ্টরভিউ, কোর্টকি মকদ্দমা; ইলেক্সন কেন্দিদেট, হোকি ফুটবোল প্লেয়ার; দোকানগি হিসাব বহি অনী, আফিসকি বাবু; শেঙ্গা-থুমজা, মীচং মীথায় মীশক মীমাই, লৌবুক্ত লৌমী, কার-খানাদ শিল্পী, লম্বী থোঙগি হাজিরা.........অহিংব মীন কুম্ব রাব পার্ট মথৈ কুমদুব য়েংউরবনি।

কাম্নদে পুন্নমক নালাগি ঊশিং, লাইমুগি খুজিল।
ফজব অচুম্ব, কলা অশেংব, নত্তে মতম অসিগি শিতেল।
ঐ হুজিক এক্তিং থাদোক্লে, হিংচা-য়াতপগি নৈবাক-
সিদ ঐ মুংশা হোনব ভম্লে।

চৎসি মরূপ, কাম্নদে—।

( মিত্রসিংগ খর চৎলুরগ )

উরগ শিংব শাব উশিংশা! নখোয়ন লাৎলিব অমোৎপ
হিংচাব অসিন পেনবিনব ইকোক নোনগদব কাংখোঙ
নত্তে এক্তরদি। চদৎনসমু থাও য়াওদবন গেগা খোং
এক্তরন লাম্মিব খোয়াংলিবদি অচুম্বনি। মীশম্ব অয়ানব
শন্দোকপদ তেংবাংগদব নত্তে আটিস্টশিংদি।

মি :— চাক য়াওদন অচুম্ব হায়ব কলাগি মৈথুহু খর উম্মগ
তাইবং মীসি এক্তিং তৌব, য়া ওাংব গুম্মবদি ফন
সুংগাইনি হায়।

হুজি :— অঙকপ মীমু থাজদন মখোয়কই।

লী :— মতমদৈ, নংন থোকপ কুম্মৈ খয় অকনবন পেন্নব উৎলু,
মতম অমুক মাংহল্লনু অয়েম্বদ।

মতমঃ— এক্তর মতিক চাব য়াওদন ফজব লীলা উৎপ য়াদে।
মীবু পঙথহনব উৎচায়ব কুম্মৈ ঐ উৎপ ওম্মোই।

( চৎথিবদ মিত্রী, অমদি লীলানচিংবন কায়— অকনবন
ইজিং তৌবদ, মাবু অকনবৈ মনাক তায় চিংশিনবদ
মতমনৈন কপই, লাওই। )

মতমঃ— আঃ–আঃ— মাই ওম্মোই ঐ! ওম্মোই পামজদে, ঐবু কনখিয়ো, ঐবু খর কনখিয়ো, ঐ ওম্মোই, শিজগ্রগে— ঐ শিনিংলে; পামজদব মাগি মনাই ওইদোশরুক ঐ শিজখিগে, ঐবু থাদোকপিয়ো। ইশান য়ানিংদেয়ে।

( মিত্রসিং— অকিব খোল্মোয় নেয় শুংলুন লাকই ইংন, কিরব ময়ায় অকনবগি মতুংদ থুপ্লি। মিত্রীন টেঙ্ক থোতুন অকনব হোগৎলি, মেচিন গনগুম পেচকারী পায়হল্লি, লান থেংনহল্লি অনৌজু ইংন। মিত্রসিং নোংমৈ চংদে, করিস্থ কিখিদে, মান অকনবগ শরু মতেরু মৈবদ কাং কাং লাওই য়োংল মৈবগুম, করিস্থ নাব উদে।

অতৈন থক থক নিক্তুন অকনবৈ মরুমদ লোৎনব লাক্লে, মতমনৈন নাম্বোক্তুন চেনখি। ম্যুজিকেল ইন্‌স্ত্রুমেণ্টস অমদি নোংমৈ মৈথু মখোলন লাননগি মতেং পী। মমৈদ মিত্রন অকনবগি মমৈ (নট) নত্রগ মখোঙৈ (ভাল ট্যুব থদৎপদ) অকনবহু নোংমৈ কাপ্তে, চপ লেপ্লি —মীথায় কিথন লাওই: মাংলে মাংলে, করম্মো! আঃ ইমা।

( মিত্রসিং লান ওথগি মথুং থাজৎতুন চৎখি)

( মিত্রীন নট নত্রগ ভাব ট্যুব শিপ্লি, ঙুংশিৎ হাপ্লি, অমুক চৎলি, খর হয়াওনৈ।)

মি :— ওহাক য়াম্বদনি, মাইথীগদব অকনব নপ্তে। জৈ জৈ, দুর্গা মাইকি জৈ!

লী :— মতমনৈবু চেনপ্লে, থঙহৌদ্রে কদোমদনো!

মি :— হা করম্মো মহুদে!

ছজি :— অসোমদ চেনগ্রে।

লাং :— না নারক কাওদুন বৈ বৈতরণী তোর্বান তানব চৎ-
চৎলম্লরা— লোম সোমদ চেনখি।

মি :— মতম মাংহল্লনু অদুদি, খুৎলাই পুম্নমক পুম্নক্লো, জঙ্গল
হায়দৎতুন চৎলগ মাবু কারুব তায়। নীংব কায়গনু,
মাইথীগদব টেঙ্ক নত্তে। অণ্ডকপ খুৎলাই কয়াম্নু শিং-
জিন্ননি, লাইরব চদৎববশিংগি থবাই কন্দব য়াদে।
লানগি জৈ, ঐথোয়গি খুত্তা।

( ত্রেক্টর জগোই শায়গ অকনবনু থোক্নুন পুথি, টেজদ,
পোৎচৈ অমত্ত লৈতনব পুথোকখে।

* * * * *

# মতমগি মাইখুম।

অনীশুব মতাং।

(লাইট অত্থু থয় থয় মমথক্তকপগ সীন কেনভাস হায়গৎলগ উব ফংই:—

সমুদ্র নম্নগ অচৌব তুম্বেল তোর্ব্বান, মিত্রন ঈশিংদ তারুবব এক্টরবু শিরুম নারুম (চোত্তি চোৎহন্দন) পুথো-রকুগ তপ্ন তোর্ব্বান্দ লোংন হিপহল্লি, আর্টিফিসিয়েল রেস্পিরেসন গুহাক তৌবিয়গ হিংগৎলব মতমদ মনাক্তগি হন্দোক্ত্ন লেপউই। মতৌ গুহাক য়েংলম্মগ চৎথি। এক্টরন লেংই, চেপ্নকই— তপ্ন তপ্ন হৌগৎলগ ফম্মি, গুক্ক কোয়ন য়েংই।

এক্টর:— ঐন নৈরিবসিবু কদায়দনো? (কোইন য়েংই, গুকই) ঐবু কনান তোর্ব্বানসিদ থনম্মিবনো? শিরুবব ঐন —করম্ন —করম্ন অসিদা! (হৌগৎলগ) ঐবু হজিক হিংলিব্রা শিরব্রা? —থগুলে, থবক অসি মিত্রসিংন তৌব ওইরম্ব য়াই। মরূপ! মিত্রসিং! নংবু কদায়দ লৈবগে? ঐবু হন্দোক্লম্মগ নহাক কদায়দ চৎলবগে? সিবু লাইরৈবাক নয়ুম নত্রাও? ঐন অতিথি?

নমথাক লৌনম, মীচং মীথায় নায়ব, অচুম্ব ফজব পামদব তাইবং থাদোক্লম্মগ নংগি নতুং ইল্লকপ ঐবু লংথোক্লম্মিব করিগিনো ? (হৌন কৌব ) ওহ, মরূপ ! ঐহাক সিদ লৈরে, ঐবু থয় লমজিংবিরো, মুংশিরব মরূপ ! সিদ লাও ও।

( মতমলৈ ফিমু ফুরিৎ মরেংবান্দ, মাইথুম নত্রগ সনয়াস মথুৎন পায়— অয়াপ্পদগি থুম্মকই )

মতম:— লাকচরে ননাক্ক, মুংশিরব মরূপ, ঐগি অমত্ত ঙায়-জরব থোঙবু। কয়া য়ান থিরুরবনো নহাকপু। ( থোরকই )

এক্টর:— নংবু কনানো ? (শংত্রিক য়েংই) ঐগি অমত্ত ঙায়জব মরূপ্তুবু নহাক্লাও ? ( মঙক হায় মান্দহুন ) নত্রগ নিত্রসি গি শক্তমলা লাইরৈবাক অসিদা ?

মতম:— মানে, ঐহাক নহাক্কি মরূপনে।

এক্টর:— অদুদি করম্ব লাইরেন নত্রগ লাইরেন্বী ?

মতম:— ঐন শিঙেল লৈরাং, নহাক্ক মুমিৎ, —নঙাল য়াওদন ইকা ফম শাৎচব ঙমদবী মতমলৈ।

এক্টর:— মতমলৈ। মিংহু ঐহাক তাখিবগুম তোরে। মতম, মফমসিদমু মতমগি য়াথল লৈনত্ৰ' ? ঐদি মতম নাইদব লমদ লাক্লবনি থল্লি। লম অসিবু লাইরৈবাক নত্রাও ?

মতম:— লাইরৈবাক নত্তে, তাইবংপান্নি।

একৈরঃ— অহিংব মীরা নত্রগ লাইরেন্বীরা নহাকপো ?

মতমঃ— তাইবংপানগিনি ঐ, অহিংবনি।

একৈরঃ— নংবু (শুরুগ) কনান থারকপনো সিদা ? করিগিদমক ঐবু থিরকইবা ?

মতমঃ— ঐহাক ইশান শিজরকপনি, নহাক মরূপ ওইদব য়াদহুনু।

একৈরঃ— ঐগি মরূপ্তি অমত্তনি, মিত্রসিংদনি, অশেংব ঙাংব, অচুম্ব চৎপ। ঐঙোন্দ মরূপ অতৈগি কান্নব লৈতে। ওইদব তাৎ থিরংনি ঐদি।

মতমঃ— ঐস্তু অশেংব ঙাংবীনি, অচুম্ব পান্বীনি। ঐবু চানবিয়ু, মরূপ লৈজদ্রে ঐগি। ( মনাক্ত নকশিল্লি )

একৈরঃ— নংবু কনান শেম্বনো, কনান পোকপনো ? মখোয়হু হায় পুরকখো, অতুপ কোয়,— থাজনরগ মরূপ ওইনি।

মতমঃ— অতুদি ঙহাক্ত ঙায়বিরমখো। ( চৎথি )

একৈরঃ— ( শুরু য়েংহোরগ ) ফজব অচুম্ব থবক —তৌরগ হিংব নুংঙাইত্তবদগি শিজনিংহুশ শিরুরে। মীন কিনব অশিবহু ঐগি মরূপ্নি। অচুম্ব চৎপ মান ঐবু শিহন্দ্রিবন করিগিনো ? হিংগেস্তু য়াদব, শিজরগে হায়বন্তু য়াদবা ! মসিবু করি লাইবক্নে: ?

( হঙ্গৎহন্দা চৎ বাথন তৌরিবৈদ মতমলৈন পুহুন মিত্রী, লীলা অমদি লাংজৈ মফি থম তাথৎ কিরপ লাকই।

মতম :— সিদ লাক্নে মরূপ, ঐবু পোকপিরকপ, য়োকপিরকপ অহল অনীহু।

মি :— করিমত চিংনবু এক্টর, মতমলৈগি মপা ঐনি, লীলা হায়বিসিন মাগি মমানি। (ওক্ক এক্টরন য়েংই মখোয়বু)

লী :— শাহিংচাব জঙ্গলন কোইশিল্লব কিনরব তুরেল্গি তোর্ব্বাম্সিদ নথন্দ কৈদৌরিবনো ?

এক্টরঃ— ( ওক্ক য়েংলম্বদৈ রাখল তৌরগ) করিগিনো ঐবু মকমসি তায় থিরকইব ?

মি :— থবক শুবদ রারব, হৈনীংব পোক্তন চোকথরবশিংগি অনৌব পাঙ্গল পীবগুম্ব কুম্মে পাম্মি। কুম্মে অদু, এক্টর নং রাওজ্রবদি শায়ব রাদ্রে। মতমদৈন নহাক রাওজ্রবদি লীলা শায়ব পামদ্রে।

এক্টরঃ— করি লীলা ?

মতমঃ— মতমগি মাইখুম।

এক্টরঃ— কনাদৈ ফি ? কনান তুবা ?

লীঃ — ঐখোয়ন লেংখোকপনি, মতমদৈ হেক্লগ।

এক্টরঃ— ওইদব ভাংগনু, মতমলৈগ নখোয়গ ননম তিম্নদে, মতমলৈবু নখোয়ন পোকপনি হায়বদু মীনম্বনি। ঐদি মীনম্বগ মরূপ ওইদে।

মতমঃ— মখোয়ন পোকপ অশেংবনি নত্তে হায়বগি ভাংদাংবদি ঐ খঙদ্রে। ঐবু মখোয়ন শেম্বি-শাবিক্কুন য়োকপি-রকপনি হায়বদি খঙভি।

মি :— ঐখোয়গি ইচা অশেংবনিনে নং।

লী :— অশেংবনি হায়ব নংদি খঙভিনি লাংজৈ।

লাং :— ঐ-ঐবু অশেংব হায় হায়জো হায়রবদি থা থা থাজদে।

মি :— নচৎ অদুননি নথোয়ন নবুক নিংথিন থত্রিব, নখি নরোল নানব কংত্রিব।

এক্টর:— কিহল্লগ ওইদব শাংলক্লব তৌগন্থু ড্রাইভর। থাজদবগি মরম লৈত্রা লাংজৈ? করিমত্ত কিদন অচুম্ব শাংউ, নংন খুমদৌরিব রাত্তুগ নবুক থম্বব লম্বীগ মরী লৈনদে।

লাং :— অ অ দু তৈ, মতমদৈ পিক পিক্লব চা-চায়া অম ওইন মীগি লৈকোন্দ হৌ-হৌ-রম্মি, রারেংবম মিস্ত্রীন ফুক-ফুক্লগ গম-গমলাদ হায় হাপ্লগ য়োকখিবনি।

মি :— অদুতৈবু সাক্ষী পীহল্লু, নচৌখীব রানি, নরোল শুদব, নশাদ বিচার লীংদব য়োংকোক।

লাং :— সা-সাক্ষী লৈ, রারেংবা।

মি :— কদায়নো পুথোরকউ।

লাং :— তু তু লৈরে—অদুতৈ।

(খুদোখীন থিনবদ অমম্বদ অদুতৈ হন্নবী থোয়কই—হুজিক শাথিব— পোট লাইটন উহল্লি থক।)

এক্টর:— নং কনানো?

অদু :— ঐহাক অদুতৈনি, হুজিকি মবেম্থো—মীহৌরোল।

মি :— অদুতৈ, নং থঙহৌত্রা? মমনলৈবু ঐন মীগি লৈকোন-দগি হুরাল্লুরগ ঐগি য়ুমগি হায় হাপ্লগ গমলাদ থাখি হায়বা?

অদু :— অচুম্বনি রারেংবা; মীগি মরলচু নংগি ওইন অপাম্ব মঙংদ শেমগৎখিবনি নংন।

মি :— অহু ওইরবস্থ হুজিক্কি ঐগি অশেংবনি, ইচানি হায়ব য়ায়ব।

অহু :— মহু অশেংবমক্তি নত্তে, অশেম্বনি।

লী :— অনৌব শেম্ব, নত্রগ হায় নৈরম্বদগি শেমগৎপ ফজব অচুম্ব কলা ওইব য়াই।

এক্টর:— অচুম্ব, ফজব, অশেংব কলানি নত্তে হায়ব অউব অভাবন খণ্ডব ওম্মি। ফজব অচুম্ব লীলা এক্টর এক্ট্রেশ্নস্থ খণ্ডব ওম্মি। করিগুম্ব হিয়ম অম থাগৎনব নত্রগ থাদনব শেম্ব, মীচং মীথায় বায়ব, অচুম্ববু থৌশাদন করিগুম্ব অম কায়নব থুৎশের-অশেংব অয়াংব কলা ওইব য়াদে। হায়মু ভাসি লাংজৈ, ব্রারেংবৈ লীলাদু য়েংলগ অওকপ মুংভাইব পোকপ্র, অনৌব থরাই, পাজল ফংলকপ্রা?

লাং :— উ-উরগ হকাম চল্লি, ইথ ইথরাই তাদে। থাজ থাজনীংদব থা থাজো, য়া য়াও, শূ শূনীংদব থবক শূ শূ হায়ন ইস্পিনবগুম ভৌই।

এক্টর:— মতমলৈ, নংগি পাবুং শাব ব্রারেংবন, নমা ইবেম্ম লীলান নঙোন্দ শাহল্লিব শক্তমহু নথরাই তাব্রা? মহু শাবদ মুংভাইব্রা? অচুম্বনি থনব্রা?

মতম:— থদে য়ানীংদে, মীয়াম্মু পঙথহল্লব, শুমহৎনব তাৎ ভাক্ত ওইন ভৌই। মথোয়নী ঐগি ইপা ইমা নত্তে। মথোয়ন উৎহল্লিংব হাংদোক্কব মতমগি মাইথুম, মতোং

য়াওদব মকুদ ওায়ব, কুমৈ [illegible] ঐ য়াওব ওয়রোই।

সে, মাইথুম অসি লোহোরো, এগ মসিগ পরুদে চানদে। ঐহাক তাৎকি মতেং পাংব ওয়রোই, ইনীংতম্ব ফজব অচুম্বগি মীচং ওইজপ্রনি। চৎলসি মরূপ।

(এক্টরগি মখুৎ পায়)

এক্টর:— বিদায়, ওইজ ওইথকি মরূপলোই। (চৎমিয়খি)

ঘি :— কদায়দনো নখোয়বো ?

লী :— মতমলৈ ? হা এক্টর ?

এক্টর:— চন্দ্রলোক, অশেংব কলাবু ইকাইথুম্বব মফমদ।

লী :— মতমলৈ, নংমু চৎলবা ?

মতম:— মাইথুম লোক্তব অচুম্ব ফজব থিব চৎলে, তাৎ পামজদ্রে।

(মখুৎ শম্বদুন চৎমিয়খি)

(লাংজৈ লেকথদুন কমথৈ, মিস্ত্রী অমদি লীলান মখুৎ পায়রগ চিংথৎপদ অমক হেক্ক লেকথদুন কমথখি)



# নিঙোল চাকৌব

মকম:— নিংথেমচা খুরেন,
সোইবম খুল্লাও

( নখোনবী ভুয়েলগি বাংম বাংমদ নিংথেমচা খুল অমদি শোইবম খুম্লাও মাইয়োক্লন তারি। উয়োক থোঙ অমন খুল অনীহুগি ময়াইমক্ত ফাওহল্লি।

থোঙ ময়াদ হৌব থোংনাং পাম্বীদ ঙাহুন বাবু অঙাওব বাঁশী থোংলি, মফি মোৎলি অঙাউব মায় পাথং ওইয়বম্ভু। সনাজাওন মুগ। শেৎলগ মোজাফুয়িৎ অহনব লিৎ ঙেক বার্টদ ঈশিং অশেংব শোক্লব ফেংই, বাবুবু লক্ষুনা ফাগি তোন তোন। পুং ৭ য়োম তারে অমুক্তি, মুংশা থোক্লে লোবুক লমহাংদ— লৈচিন নোংকাই উত্রে।

বাবু :— ( খোঙব তোক্লগ ) নোংম পোকপ মাইকৈদ য়েংউ; ঙসিগি মুমিৎ থোক্লে, নিঙোল চাককৌয়ো, তাক্লে কোয়োহনবন। মীতৈ লৈবাক্তি নিঙোল খৈবিক মপাম মপামদা চাক চারনি। ঐগি চায়রম্বী, মীগি ওইথ্র-বীহু মপামদা লাকপদ ঐবু লোৎহুন লৈত্রা নত্রগ ঐখোয়দ অমুক লৈরুমসি হনগ্রম্ভ হায়গত্রা— মহুনি খাইদৈ লুয়িব বাহং ঐগি পুন্সিদা—।

স্নাজাওঃ— ইবেন্তোন মতৈ সুরেন্দ্রদু লৈন্নুংদ লোৎখিব চহি অম কাপ্নে। ইবেন্তোননা মখোয়দ লৈখিবন চহি অহুম। নখোয়দ অমুক লৈরুরসি চহি ৩দং হায়গদবনি বাবু।

বাবু :— স্নাখ্যা স্নাজাও নত্রা ? মানি স্নাখ্যা ইবুংঙো নংদনি ঐন মুংশিব নিপা নিংথেমচা খুলসিদা।

স্না :— করিগি ঐবু মুংশিরিব ইবেন্তোনবু মুংশিগেদি হায়দন ?

বা :— হ', হা, হা,······· করি মরমগি স্নাখ্যাবু ঐন মুংশিব হংব য়াব য়াহংনি। ঐন মীত্রৈবাক্কি মিংলেনশিংগি মন্নুংদ থ্বাইদৈ মুংশিব— ।

স্না :— ইবেন্তোন !

বা :— মতু ইনাকোংদ; ঙসি নিঙোলগি মুমিত্ত, অয়ুক অঙন-বদ তাহনবগিদমক ঐন স্নাখ্যাবু থ্বাইদৈ মুংশিজৈ, ঐ ঙাওব নত্তে, ইবেন্তোনবু মুংশিবতনি। মীন ঐবু ঙাওরে হায়বদ ঐ শাওদে মরমদি ঙাওবগি অর্থদি ইবেন্তোনবু মুংশি হায়বনি, মতু অচুম্বনি।

স্না :— ঙসি ইবেন্তোন লাক্লগা নখোয়দ চৎসি হায়য়ু। মাগি নিপা সুরেন্দ্র বাহাদুর সরকারগ য়েংথীনবগি লৈন্নুংদ লোৎখ্রে। মহাক থোরকত্রিকাওব নখোয়দ লৈরুসি হায়য়ু।

বা :— মান য়ারক্কনিকো ? য়ারক্কনি— ঐবু ইবেন্তোন মুং-শিদব নত্তে সুরেন্দ্রসিং ঐগি মরূপতুবু থর হেন্ন মুংশি-বদগি মঙোন্দ লৈখিবনি। সুরেন্দ্র লৈত্রবদি তাইবংপান্দ

ঐবুন খাইদে ইবেতোম্ম সুংশিকম থোকই।

স্না :— মদু অচুম্বনি বাবু। নহা ওইরিদ্রেদ—

বা :– ঐন ইবেতোনবু কয়া সুংশিব! ঐ থওভি, ইবেতোন মশামক থওভি, নম্বোনবী তুরেলসিম্ন থওভি। অদুগুই চহি ১০ গি মমাংদনি, ঈশিং চাওরব তুরেলসিদ ইবে-তোন লুপথিবনি, থরাইবু নাপীগুম্ম পাম্মুদন ঈশিংদ ঝম চোংথত্নন বাবু ঐন ইবেতোনগি থরাই কনখি-বনি। হুজিক মরূপ স্নরেন্দ্রন তাইবংগি ঈপাক্ত ইবেতোনবু থাদরম্মগ, লৈম্নুংদ চংপ্রবনি, বাবু ঐ লৈরি, ইবেতোন মাবু লৌখৎপিনব। কৈ, ঐ চৎলে ইম্ফাল-লোমদ— ইবেতোনন তাওথত্নন লাকপদু ওকলুগে। মশুংলাংগি ঐ ভাওরবনি হায়বদু মহাক থুওসম্নু, মদুন মাগি মবুকচেলদু মেংহনব য়াই, হৌদ্রেদকো মতমদো! অদুগুই মানা ইরকখিব চিঠিদো— ! মদুবু করম্ম কাওগদগে বাবু ঐগি থম্মোইদ মিহুলন হুল্লি-দ্রেদ! ( চৎখি ফম্দুন )

স্না :— ( মতুংদ য়েংহৌরগ ) তাইবং মী তম্ব ওমদে কন স্তাব তারম্ব মরম ওক্লম্ব নহানি, নহাক্কি রাখলন ময়াম্ন থম্নরিব লিখুলদগি খিতুং থৈদোকখিবদনি, মাবু ভাওরে

( অতোম্ম তোর্বাদে কিশেং লেৎপ থবোম্নু চাক থোংনব ·ঈশিং শোকে হায়ত্নন সনাবুল পুম্নগ লাকই।)

থম্বৌঃ— করিনো ইবোম্না নব্রাও ? ঙসিবু ঐদৌন বুজারী কাবিগদৌরিব্রাও ?

স্না ঃ— তা থম্বৌ ঙসিদি অভাংম্নবীন থোংলগ য়েঙ্গাং মথেল ময়ামদু শোইগত্র হায়দুন।

থম্বৌঃ— সনাহনবী মমা, ইবেমসিজ অপাম্বীবু চাক থোংলমদন চৎলনি হায়ব্রাও, ময়া ইবুংঙো ইঞ্জিনিয়ার সাহেব ডাক্তর সাহেবন কারদ মজা ইবেম্মশিং পুত্নন লাকপত্থ য়েংনীংদে হায়ব্রাও ?

স্না ঃ— সনাহনবী মমাগ ঐগ থোংমিন্নগদবনি, মাদি মপামস্থ লাপ্তবনিন ডাক্তর সাহেবকি, ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকি কারদু লাক্লগ থিগহন্দুন দক্ষিনা লৌব ওইন ঙহাক্কং চেল্লুনি হায়। ঐন মুংশা ধীরিবদি মথৌ চিনবদুন ইমাক সাহেবশিংদু ঙম লাকপ ঙমগদ্রা ঙম্মোইদ্রা অসিনি।

থ ঃ— য়েঙ্গাং মথেলদি মণিপুরগি ঙা অহাউব মথৈদি চিথ-রম্মরোই ?

স্না ঃ— ঙাগি জাতিদা থম্বৌ, শরেং, ঙাক্রা, রৌ, কাটলা, ঙাকোন, থাবক, পোবোম উকাবী শুরে.... ঐন মুংশা ধীরিবদি ঐগি ইমাক সাহেবশিংদু ঙাদগি মশা পান-বন হেন্ন হৈনরমগত্র 'সিনি – নত্তে, মশা মশান পাম-জবদুদি পীজনি'ব— চৎনদবনিন কয়াদি লুপ্রে........।

থ ঃ— মানি ইবোম্না, সাহেব ওইশিল্লুরিবনিন টুপী নেকটাই,

খোঙচুপ খোঙ্যাও, মশা পানব, মখোঙ য়াংব, মপং মহী, মনিল মৈখু, লাইনা লাইথুং, নোংচুপলোমগি থুচুং খর ইন্দব য়াদে।

স্না :— তা থম্বৌখোয়গি মুপীমচ ইবেয়াইম', ইবেতোনখোয়দি লাকওইরাও ?

থ :— অমদি লাকপ য়াই, ইবেতোনদি থাজদ্রে—মথরাই মুংঙাইতে হায়গদ্র — থংদে, কোবদি কোহল্লুনি।

স্না :— ইবেতোন্দু চেন্নি হায়রুন তা থম্বোন ফন কুইন পোথংতন— ।

থ :— অউনপোৎ লৈতরুন শাওশিন্নরুবনি, মীয়াম তাক্কুন লোম্ন শেল শরদন লৌথংদ্রে, মবুং অহনন শেল খর থারকভুন হাকুম হবোস্না য়াইফ-য়ুম্বান তৌহৌদভুন লম হেল্লুবদগি ইয়াম্ব নংবনি, নতৈমা নৈবিদবদু ভগুব অঙাংচুগ —হরে কৃষ্ণ !

স্না :— য়াইফ - য়ুম্বানগি ব্রাহুদি তা থম্বৌ ঐখোয়দি ইনাদ হাপ্তে, ইচা ৬ শুরথসে নিপা অহুম, মুপী অহুম মশীং মাম্নে হায়রুন মুপী ফজপ্রবী লৌশিং ১৪/১৫ শিৎপা য়াবী অমত্ত পীনবিয়ু হায়রুন ঈশ্বরদ থুরুমজরিবনি।

থ :— লাইবক ফরব ইবুংঙো স্নাখোয়গিদি মশকম্নু মহৈম্নু মরৌশিংম্নু অমত্ত বাত্তে—নিপা মথৈম্নু—শিজ ওইনিংবী ইনাকথুনবগি মচাশিংন য়াওং ইনবিয়ু হায়রুন নেনে থেম্নে। মনাহনবীন ডাক্তর, মনাম্নাইমনা ইঞ্জিনিয়ারদ

—সনাতোংখীদুবু উকিল শেল য়াম্ন থোকপদ থাজ-
বিরোইদ্রাও ?

স্না :— উকিল নহারোলসিবু শেল ইথোকপু থোরুদ্রবা করিনো খণ্ডদেনে তা থম্মো ইহায়বু হায়রদে।

থ :— নোংমদ লুপা ১০০/১০০ কা থোকপদি চহি ৪৪/৪৫ শুব অমদি লৈ, মুপী লৈখিদব চহি অনীরোম শুরব ?

স্না :— মহুদি কাম্নদে তা থম্মো। ইবেতোন মতৈদুবু কদায়দ কমদোন লৈ হায়না তারিবগে ?

থ :— পাকিস্তান য়োৎখ্রে হায়বস্ম য়াওই, অমন চিনাদ লৈ হায়— মফম খণ্ডদে মথোয়গি পাওসি।

স্না :— ইবেতোন্দু হল্লকও য়ুমদ হায়বদি য়াদ্রা ?

থ :— মচে ইবেয়াইমন ফন থেমচুন য়েংলূরবনি, য়াদে মীওং অমনি, মমান পিকন হুন্দোক্লম্বগ, ঐন লাইরচুন নিংখিদ ইচাদু য়োকপ ওমহোদবগ—মবুকতু মওন মওন খনবদগি —মরাইবক থীবদু হেক তাখি, ইচা য়াম্নমদ্রবদি অস্নম্ন —থম্মো ঐবু—

স্না :— নিপামচা অহলগ য়াইমগন করি করি লমদ—।

থ :— ইবোস্না, অহলচুন আসামদ ড্রাইভর ওইবদগি ব্রেক চেনবদ কায় হায়ত্রা ডিব্রুগড়গি জেলদ থা ৬ লৈথিনি হায়ব তায়, তোয়াইমদি দিগবোইদ ঠিকা মচা মচা তৌজত্রা বিল মচা অম কংলবদি নিঙোল চাকৌব ময়াদ থোরকনি হায়রকই। অদুবু ওসিকাওব থুংলত্রি।

স্না :— আজকালগি ঠিকাদারশিংবু ইঞ্জিনিয়ার সাহেবশিংনা ওৎপসি ঙকই হায়না তারি।

থ :— ঠিকাদার অচৌববুদি ওৎপ ঙম্পোৎ নত্তে, মখোয়্গন ওৎলিবসি মচা মচাবুনি।

(শিজ অপাম্বী মঙক স্নানা ঙাংশং, মৃগা শেৎ, ফুরিৎ অপাব অম লিৎ স্নাজাও থিব লাকই)

স্না :— হায় করিনো? ঐবু থিব লাকইত্রা?

অ :— নোংঙানবদগি লেংথিবদ্রদা করিগুম্ব তুরেলদকা ওম্বপ্র-বজাৎলা হায়দুন চিংথৎচগে লাকচরিব।

স্না :— ব্রারী শাবদগি মুংঙাইদুন। সে, সে, নং বার্টিলসি পুরো। ঐ তেকসি পুবীরগে। (ঔশিং শোক্লগ চৎমিন্নথি)

থ :— ইবেম্মশিজদি চাক কৌবা লেংওইত্রাও?

অ :— চৎচনি তাদবু চাক লোইরম্মগ। ঐখোয়দি বুজারী নেকসি য়াদহুন ঙা মমল য়াম্ব ঙাক্ক খৈদেন তাকপ মখৈ লৈরগ হাওতত্রা করিনো খঙত্রি।

স্না :— ইমাক সাহেবশিংন চানব চাকপু নংগি খামোন মশক মচু থোক্তব অমবু পাক খোংহনব য়াত্রাও?

থ :— তোমপিশক মমাদ্রদি চাক থোংব হৈবনিদ! (চপ লেপতুন জ্ঞাব মাংই)

তোম:— (পরপ ২ লাক্লগ) য়েঙ্গাংবু অমত্ত লৈত্তে করি করি খোংদোরিবনো বাজী?

থ :— হিজোলদ হৌরিব মন্নামদ্রু য়েঙ্গাং নত্রা নিপামচা?

তোমঃ নিঙোল চাকৌব সুমিত্ত ঙা অমৰ্ফাওব য়াওদব ? করি করি য়েঙ্গাংনো ঙা য়াওদন হাওগদৌরিবো বাজী ?

থ :— হঙ্গাম অম ঈশিংদ ফু গো কজন, পাল অমা তাল্লগ ইরোনব তারে মচু ঙা অহাওব মচেৎ অম য়াওনি থুম মোরোক, চগেম উতি অম, পাংখোক্লা মনা-মশিং খরগ, সনা মচু মাপব মাইরেল অরিব অম লৈবনি, মচু থুম খর থাক্লগ নপ নপ লাওন থোংগে ঐ, মথেল ৪ শুরেদন, খোংক্ষুম লুপা মানব ফজগ্রব য়ুমথক্ত পাল্লিবহু অম থোংসি, থাও মচুম খরদং ভৌরগ— মথেল ৫। নিংথেমচা ময়ুমগি ঙা মন্নামচুন হেন্ন হাওব্র য়েংউ। পোৎ মহাও খঙঙ্ মুন্ন চুন্ন নংবু ছাত্র নত্রাও ? য়েঙ্গাং মহাও ঙাপ পোইন হাৎপনে মীতৈ অপংবশিংগিদি। চাক কৌবদি চাক্ হাওন থোংলগ লোইরে। মতিক মতিক চাব চাকচা ফিজেৎন চুম্বনে তাইবং মীদি, ঈশিংসি পুরো, চাক থোঙ্গৎপ হৌরম্মো।

তোমঃ— বাজী কুইরে, তোর্ব্বান্দ লম্বীদ মী য়েংলকইব —ঐ অমুক য়েংহৌগে, বাজী থোংব হৌবিরম্মো।

থ :— অচুদি য়েংওই, নন্দোল সুমিৎলৈচু লাকপা উরবদি ঐন পাও অম চেম্নিংই হায়মুকো।

তোমঃ— ঙহাক লৈরগ সুমিৎলৈ, কান্নরোক, ইন্দোল সুমিৎলৈচু মচা মশু য়াম্মবনি।

থ :— কান্নরোই হায়বদি ? নংন করি—

তোমঃ— চাক চাব লাকওই হায়রবনি, ঙায়রতুন কাম্নদে হায়রব।

থ ঃ— (খর চৎলগ) নচেতোন্দু অমুক্তগ হায়রুনহায়, মতু লাক্নি থাজদে ইবুংঙো?

তোম: — চৎলুগে ঙহাক্কুং নৈরগ। (হঙ্গৎহন্দা চৎলি, থম্বো চংথি) ঙসি নিঙোল চাকৌব নুমিৎ, মপাম মপামদ মীগি ময়ুমদ মো ওইরুবশিংন নোংম হল্লক্রগ মমাংঙৈগি পুন্সিদু নিংশিংনবা। নিংশিংব অরিব রা কয়া! ঐগি ইমাদু অয়ুক ঙস্তু চাকৌব নুমিৎসি চৎকনবনিদকো ইবোক-খোয়দ ইমা ইচা, ইচেতোনশু, ঙা মথেল কয়া কয়া চাবনিদো। ঙসিদি বাজীন পীজনি, পাল, মাইরেল খোংক্রুম, হঙ্গাম, পোৎ পোৎ থুদিংগি অশেংব মহাও খঙনব। লাইবক থীব ইয়াম্ব অনীদুদি লাকচদবনিন ঙসি বাজীন পীজগদৌরিব য়েঙ্খাংসি চাবা কংলরোই। ঙসি লৈজবমথৈ কেন শেৎন চানগদব নুমিৎসিদ ঐগি কিজোনসিবু ইচেতোনখোয় তায় চৎপ চুম্নিব্রা? ইমাগি মতুং ইনমিন্নবী ঐগি ইচেতোন, মরাইবক থীবন মান নুংশিজব ইবাইদুন্সু মাংগ্রবী! মকী অনানব শেৎনব লৈতদুন লাকওই হায়গদ্রা। (অসুম লাপ্ন য়েংথোক-পন থংউ উদুন) কনানো আদ লাকইবী ইমা মান-বীসিদে? ইচেয়াইমা নত্রা!

ইবেয়াঃ— (কাবক কেরগ, পোৎচৈ-য়েঙ্খাংসু মথোম ২ পায়রকই পংকে কেরক্কে।) নিপামচা, তোমপিশক নত্রাও?

তোমঃ— মানি ইচে ঐনি, ঙস্তা লাকপা ফরেদ থোঙত্নু লানব ঙমগত্রা ঐ ওকপিগে।

ইবেয়াঃ— পোৎশিংসে খর ওক্লো। ঙাক্র ২/৩ গ চাকহন্নাইগ থাংজিংগস্নু য়াওরিবনি। করি করি থোংগে তৌই। বুজারীদি বাজীরা?

তোমঃ— বাজীনা থোংনি তৌহৌই, য়েঙ্খাংন ঐখোয় হিঙ্গোল হঙ্গাম, হন্নাইমভোন, পাল মাইরেল, পাংখোক্লা— থোং ক্রমগ থুমগ থোংব অমগ। হা, হা, হা, ইবুংঙো পিশক্তু পুবীরকত্রবদি কৈদৌরে

ইবেয়াঃ— নবাইন হোরেলন্নাই থিল্লকনি হায়হৌই, ঐদি চাক থোংবিনব লৈরম্মোই হায়ত্নুন ঙস্তা চেল্লকপনে। (কবোক পীজৈ ময়োমদগি) নচেতোন্দু খর ঙম লাকউ হায়ব য়াত্রাও? মাবু লাকওই হায়ব্রাও?

তোমঃ— ইচেতোন্দু মফি ময়োল জুগোৎ চাদে ইকাই, লাক্ল-বস্নু মুমিদাং ওইনা চারগে হায়হৌই। লাইবক থীত্নুন ফিভম চাদন হিংবসি ভনবজাৎনি ইচে।

ইবেয়াঃ— অত্নুদি নং ঙহাক্ত চৎলুচো— ঐগি ফিরোলশিংসি— লিক মতৎ অমগ— মঙোন্দ পীরুচো অত্নুগ লাক্তব য়াদে— য়া ঙাংনগদব য়াঙ্গ লৈ হাররম্মু।

তোমঃ— ইচেন করি শেৎ-ইন্দুন লৈব।

ইবেয়াঃ— ইমাগি ফীরোল অমনব লৈরমনি উপুদ। ইমা, অপোকপী, নং উররোইদো ঙদিদি— (চৎমিল্লখি)

তোমঃ— ওঃ ইমা! ইচে লাক্লে! (কপথি)

ইবেয়াঃ— ইমা! (কপথি)

(ডাক্তরদ ওংবী সনাহনবী মঙক্ত সনানা ঙাংশং ঙাংন ফীগে কনেক শেৎ, মুগা ইন্নফি মোইরাংফী চনব ইন, ফুরিৎ পারব নাল্লব ১ লিৎ, পোৎযোম অম পায় মপামদ চাক চাব লাকই সোইবম তোর্ব্বান থোং লানবদু কিদুন য়েংই।)

সনা :— পোঙসি শাদুন শারবদি থৰ নিংথিন মশাঁও হায়ব —কিব নৈতব মী ঙাক্তন লানগদবস্থ নত্তন— অরেম্বদ কোইন লাকইদ ঐদি। ও: ইবেয়াইমা লাকত্রিব্রাও? তাদেনে অমত্ত!

(সুইট-কেশক বেদ্দীংগ পুত্নন থোঙঙ্প থোঙগ্রাও থৰ নাল্লপ শেৎপ— গাড়ী অমদি রেল তোংলকপগি উফুলদি থৰ তৈব. তোয়াইমা লংফৈদগি থুংলদুন নিংথেমচা খুল তোর্বান্দ কুমথ-রকই, সনাহনবী উবদ ঙকই, থংলেপ তোই)

তোয়াঃ— ঐখোয় ইবেম্ম সনাহনবী নত্রাও?

সনা :— মানি মীচেন তায়াইমা!

তোয়াঃ— (উপু বেদ্দীং থাদরগ চেনশিল্লি) কৈদোরে? থোঙ লানব কীবগিরা?

সনা :— পোৎসি অমুক্ত? ঙসিদ লংফৈদগি?

তোয়াঃ— নিঙোল চাক্কৌব নংনিংদুন থোরকপনি, নহাক লুহোংবস্থ রাওহোদে ইমাগি কর্ম্মদস্থ মতা অম চাদদুন থোরক-হোদে, চহি ৩/৪ শুরে। (পোৎ ময়োমদু হাম্না থাং-দোকই।) থোঙ লানব কিরব্রাও? থুংতু ঐ শমগে ডাক্তর সাহেবনা শাওরোই হায়রবদি?

সনা :— য়াম্ন পাংদ্রে, অমুক্ত শমবিয়ো। ডাক্তরদি ইম্ফালদ লৈহৌই, উরোইয়ে। ( মখুৎ তিংথোকই )

তোয়াঃ— কারদ থীলহল্লকপ য়াত্রাও? মেম সাহেবা!

সনা :— থবক য়াম্ন চিংব মীনাইনে লৈবাক্তি, তনপ্রপোৎনি ডাক্তরদ য়ুম পানব, খঙদব মুপীমচাশিংনদি শেল য়াম্ন থোকই হায়রুন পাম্নরিবা! ( মখুৎ শমজুন খিৎতং চৎমিম্নরগ ),

তোয়াঃ— ঙসিদি ওইদবা ঙাংহৈদে নিঙোল!

সনা :— অওইবনি পিব', পাবুংগ ইমাশিগম পামজখিবনি ডাক্তরবু। মতম অদো!

তোয়াঃ— ( থোঙদ লেপমিম্নরগ ) য়াওশং মমুংদনি।

সনা :— পেচকারী মতুংগি থাবলদনি।

তোয়াঃ— মচু নং কাউদ্রি?

সনাঃ — কৈদৌন কাউগদগে? তোর্ব্বান্দ ৫ৌরিব খোংনাং মখোঙ অসিদনি নংন পীরম্ব তমথীরব চিঠিচু, চিঠি নত্তে মচু, নোংমৈশিংজংনি।

তোয়াঃ— নত্তে, মচু অমৃতনি নোংথক্তগি নহাকপু ননীং থুংহনগে হায়রুন কল্পবৃক্ষগুম্মব খোংনাং পাম্বীন-চানবি।

সনা :— অহিংচু ভূমখিদে ঐ, মীৎকি পিন অতৎ অথম নাইদন শিম্বন—। ( থোঙ লাম্লে )

তোয়াঃ— মীৎতগি শিম্বখিব পিগি মরীকশিংচু চহি থরগি মতুং-সিদ মনি মুক্তা ওইন নঙকশমদ নজা ইবুংতো

অম নৈরে ছায়বত্তুদি কৈদৌব পুরক্কে; ?

সনা :— ঐন ঙসি কাওব ওকইবদি-করিগিনো তায়াইমন অহক পাংদন চেনপ্রিব? নতুংদ ঐন লেপথি মরা চেৎলব খোংনাং পাম্বীগুম, নং ঐবু মুংশিখিদে, নতাৎনি নহা ওইবগি।

তোয়াঃ— (মমিৎত মপি) নংগি ডাক্তর সাহেবনা মনিপুরগি অনাবা ময়াম্বু মুংশিব অদুন পুল্লগ ঐন নংবু অহৌ মুংশিখিবহুগি ভগুখাই অম কংনি থাজদে।

সনা :— অদুগ করিগি ঐঙোন্দ তাক্লমদন মাংখিব?

তোয়াঃ— নংবু মুংশিবন নংগি ফনবগিদমক।

সনা :— ঐন মুংশিজবদু মাংহনবন করম্ন ঐগি ফনবগিদমক?

তোয়াঃ— নহাক নহানিন মুংশিবদি খংব য়াই কায়বদি খঙলমদে।

সনা :— তায়াইমবু মতমদুদ হনুরব্রাও?

তোয়াঃ— ঐদি নংন হৌব লাইরব অঙাংনিন অহল লমম হায়ব থাজখি। ঐগী য়াখলদু হনুখি।

সনা :— কনান ইশিন্দুন?

তোয়াঃ— মদু ঐঙোন্দ হংগনু সনাহনবী।

সনা :— হংগনি কনানো তাকউ। ঐখোয়গি পাবুংগ ইমাসি-গনরা? ওইরিনি?

তোয়াঃ— ঐ মতম অদুদ লাইরব পাথং অম ওইরম্মি হৈজিক ওইরিব অসিগুম, নংন সনা শকহেনবী, মমল নাইদন ফজবী। ইমানী লাম্বা চারমদে, চাত্রি, চারোই।

মমাংঙৈগি ব্রা পুন্নমক কাউরো সনা ঐগি ইরাল ঙাক্তনি ঐবু ঙাকশিয়ু ডাক্তর সাহেবকি মেম। নমস্তে! (পোৎ পুদুনা থোঙদ চেনখি)

সনা :— ঙাইখো ও, তায়াইমা। ব্রা অমত্তং

তোম্ব :— (তোর্ব্বান ব্রাংমদগি) করিনো ইবেমস্থ?

সনা :— ঐখোয় স্নাতোম্বীহু ঐগি ইছুৎ ওইনা

তোম্ব :— থেঙ্ক ইয়ু. ঐ হুজিকস্থ লাইররি, নখোয় পাবুংস্থ হুজিক ইনাক খুন্দ্রি। থেঙ্ক ইয়ু (চৎখি)

(শিজ অপাম্বী থোরক্লগ বাটিল পায়দুন)

শিজ :— মুপীমচা! নংদি কৈদৌরিব অঙাং কপহৌরে পরপ পরপ লাকও। ডাক্তর সাহেবন কারদ শিল্লক্লে।

সনা :— নখোয়গি ডাক্তর সাহেবতুবু অঙাং কপ্তনব হিদাক খঙদে হায়ব্রাও?

শিজ :— নংবু কৈদৌরিবগে?

সনা :— অঙাং নত্রবন কপ্ল থেশ্মিব। (চৎখি)

শিজ :— হৌগ্রব মতম, চেনগ্রব ঈচেল তোর্ব্বান্ন থিংব ম্রাদবনে। (চংখি, তোয়াইমন মতুং ইন্দুন তোমশিশক থোরকই)

তে মঃ— ঐহ্দি কৌরুগে, লাক্তনি হায়ব থাজদেয়ে তোম্ন নংন হিংবসিদি তায়াইমা থব্রাই চাকগ্রব পোৎনি। নিঙোল চাক্কৌব মুমিত্ত চহিগ মতিক চান ফিরোল শেৎন লিৎনব চৈতবসিদি শিখিবন কব জাৎনি। ইচেতোন-খোয়গি ইবাইন লোৎখিবন্থ সত্য চুম্ব জাৎনি।

তোয়া:— তায়াইম থোরক্লে নখোয়নীগি কীরোল, লিককোল
লৈনব শেল পুরক্লে হায়রুচো। লাক্কব য়াদে হায়য়ু
একাগাড়ী অমত্ত য়াইব কংলোইদ্রাও ?

তোম:— কংবুদি কংনি, শেল পুরক্কবদি ঐখোয়স্তু তায়াইমা
গাড়ী অম লৈসিবা ?

তোয়া:— লৈগনি পরপ পরপ চৎলু, চাক থেংলে। (চৎখি)

( নিংথেমচা খুলেনগি তোর্বান্দ কোঞ্জেং হসুবী মপোক্ক ঙৌরবী
চহী ৮০ রোম শুরবীন চৈশু অম শু, ইন্নফী অঙৌব অম
ইন, পুঙৌ ফনেক অম শেৎ মখ্বাং কোন্দুন লাকই।)

হন্নু :— কনানো ইবুংঙো নিপামচা, য়া অমত্ত হংগে ইবেনবো।

স্না :— করিনো ইবেল ?

হন্নু :— কোঞ্জেং চাওয়াইমগি ময়ুস্তু কদায়দনো ?

স্না :— কনানো ইবেল কোঞ্জেং চাওয়াইমা হায়বদে ?

হন্নু :— হেরা ধে, ঐগি ইয়ানিপা শাপম নিঙোল লৌবত্তু
খংদে ?

স্না :— ইবেলবুস্তু খংদে, ছাপম নিঙোলত্তুস্ত খংদে।

হন্নু :— করিনোনে ? কোল থাদুন ফুরিৎ তুবত্তু মশক খঙদ্রাও ?
লাই থোকপগি মমায়স্তু চামতক ভৌবদো ?

স্না :— খঙদ্রে ইবেল, মচা মনাওগি মমিং হায়রো।

হন্নু :— চাউয়াইমগি মচা নিপা অমত্তং তাংন পোকপত্তু করি
হায়রে ? তোম্পোক হায়রা ধনঞ্জয় হায়রা ? কাও-
থোকপ্রনে ইবেনদে ! ( কপ্পী ঙক্লহন )

স্না :— কোঞেংবম মচা তোম্পোক কৌবস্থু লৈতে ধনঞ্জয় কৌবস্থু লৈতে।

হন্নু :— নম্বোনবী তুরেল্গি তোর্বানসিদ কোঞেংবম অমত্ত লৈতে।

স্না :— কোঞেংবম্গি য়ুম অম অনীদি খোংনাংখোঙ অম্বরাইদ লৈরম্মে, তম্ফাজাওকা হায়রব।

হন্নু :— তম্ফাজাও হায়বদি কনানো ?

স্না :— হুজিক্তি য়ুমশিংদু অনাব অচৌবদ তুম্নব শিঙ্গ্রে হায়তুন হিঙ্গোল লম্মাং ওইন লৈয়ে।

হন্নু :— মী অম ফাওব লৈত্রব ? অদুদি ঐঙোন্দ নিঙোল চাক্কৌবগি বার্তোন তৌরম্বদুদি কনাদ তারে।

স্না :— ঐদি খঙদেয়ে ইবেল।

হন্নু :— কৈদোন খঙদ্রিবনো নখুল মচা নত্রাও ? নহাকপু কনান পোকপনো ?

স্না :— স্নাথ্যা পুরেল শরেং চাবদু খঙব্রাও ?

হন্নু :— করিগি খঙদনি থাবল চোংমিন্নরম্মিবনি, মশা নানবনিদ স্নাথ্যাদো, মুংশিদ —নংবু মান পোকপ্রাও ?

স্না :— মাগি মশুনে।

হন্নু :— লেম্ফু স্নানা পোকপ তারে অদুদে ?

স্না :— লেম্ফুসানা হায়ব নত্তে, থেম্বুংসনান পোকপনে।

হন্নু :— ওহ, মুংশিদ। মতমসিন নাতোন্ মন্নাদ কৎকৎ পাইথোকখিরসি খঙহৌদে হায়। নমিংন করি কৌব

ইবুংঙো স্নাদি ?

স্না :— ঐগি ইমিংদি স্নাজাওবা কৌয়ে।

হনু :— অদুদি স্নাজাও ইবুংঙো, ইবেন্দ ঙরাং নিঙোল চাক-কৌবগি বার্ত্তো'ন তৌরমইবসি খঙব ঙমদ্রেনে।

স্না :— খঙদে ইবেল —কোঞ্জেংবমদি অসন্নাইদ লৈত্রে।

হনু :— কোঞ্জেংবম চাউরাইমন ঙরাংস্থু নহালম্থু তৌরম্ব বার্ত্তোন্নি। অহুমলকপু শুরব্রা— ঐবু ঙক্লেদ!

স্না :— মঙদ তৌরমব্রা তাইবঙদ তৌরমব্রাও ? চাউরাইমা-খোয়দি লৈখিদব কুইরে।

হনু :— হা! লাইরৈবাক্তগি মীন বার্ত্তোন তৌরকপদ তারব্রা ? মহুদি অওকপ থবক নত্তে।

স্না :— বার্ত্তোনবু ঙরাংস্থু নহালস্থু অনীরক অহুমলক তৌর-রদি মহু মঙত্রম ওইরম্মনি ইবেল।

হনু :— অদুদি হুজিকপু মঙল্যা তাইবংলাও ? হৈপা, ঐবু কনাদ চাক চাব চৎপ তারবগে ?

স্না :— ঐখোয়দ হারুসি হায়রগ লেংশিল্লসে ইবেল। ঐ বার্ত্তোন ওইন খুরুমজরগে। (খুরুমই)

হনু :— নুংঙাইন পাল্লু —স্নাজাউবা ইবুংঙো —রাধে গোবীন্দ ইবুংঙো —ননাই ঐ খঙত্রে, নখোয়গি সঙ্গাইদি কয়া লাপ্লি ?

স্না :— ইনক নক্লে— অসিদনে। লেংশিল্লসে।

হনু :— য়েঙ্গাংদি নথেল কয়ানো ? মী য়ামব্রা ?

স্না :— ঙা য়াম্মি, মীদি ১৪/১৫ দনি।

হনু :— রাধে শ্যাম, গৌড়-নিত্যাই। চাক লোইরম্মনিকো।

স্না :— চাক লোইহৌরপোৎনি ইবেল।

হনু :— ঙরাংন্থু নহালন্থু নিঙোল চাকৌবগি বার্ত্তোন তৌরক-পদ্রুদি— লাইরৈবাক্ত চারো হায়দ্রুন কৌব তারেদন। হরে, হরে!

স্না :— লাইরৈবাক্তগি চাক কৌরকপদি চৎলুন্থু থক ইবেল।

হনু :— চৎলোই তল্লি। শরেং থোংব হাওরি, চাকহন্নাইগ থাংজিংগ ইরোনবদ্রু হাওরি। (চৎন চৎন ৱারী শাথি।)

স্না :— ইবেলবু থাংজিং তুপ্প ঙম্মিত্রা?

হনু :— করিগি ঙমদনি থাংজিং তুপ্পবো? নম্না ফনিংলবদি চাহৈদব পোৎ চাগন্থু। চাউন্নাইমা লৈরিভৈদ নিঙোল চাক্কৌব মুমিৎসি মান হেক হেক কৌবনি, মহাক্তি লৈথিদ্রবোইকো। (চৎথি) দক্ষিনাদ নিংথিন তৌ, ইবেলন বোর পীরমনি।

(তোর্বান বাংম বাংমদ সনাহনবী অমমুং ইবেয়াইমা থোরকপদ ওক্লে। ঋশিং কোল শোক্রব অমমম পায়রকই)

সনা :— ইবেয়াইমা নথোয়গি চাক লোইত্রিত্রাও?

ইবে :— লোইরে, ইবেতোন লাক্তদুন ঙহাক ঙায়নরি। নথোয়দি চারত্রাও?

সনা :— ঐথোয়দি য়েঙ্গাং মথেল য়াম্মনগ্রহুন থোজৎপগি লোইবা

নাইদ্রে— মথেল মথেল। হোরেল হনমিন্নম্নিকো ঐখোয়গি কার অহনবদ্ধ পুরক্কনি।

ইবে :— ঐখোয়গি তায়াইমদু খোরক্রেদো—

সনা :— অসাই ঐগ উন্নরে। মমাংঙৈগি রা নিংশিংলক্লুন্না কয়া তল্লে সত্য।

ইবে :— নহা ওইরিঙৈদ মুংঙাইরম্মীদকো! য়ুম্বানবগি পোৎ-লুম অমত্ত পুত্রিঙৈদ! হুজিক্কি করিনো ইবেম্ম—অনা অয়েক, লৈত-লাইর, মনী-মতা; নীংব থুংদবনা কয়া কয়া—নখোয়দি মুংঙাইব ইমুংদ লৈবনিন অন্নাৎপ লৈতবন করিসু ন্নারিরোইদো?

সনা :— অঙ্গানি ইবেম্ম, অমরোমদ পেন্দব, মুংঙাইতব ম্নাম্ন লৈপ্রপোৎনি। ডাক্তর ওইবসিদি থবক ম্নাম্ন য়ুমদ ঙহাক্ত লৈতবনে, কৌরকপদ চৎত্রে শাওরিবা—মীন কল্লকইব, য়েংথৌরিব, হুল্লিব করিনো ইবেম্ম,—মৌনহা লৈশাবী দবলনা য়ুমদে ডাক্তর কৌরবসিনা—থরাইসি লৈতাদেহৈ, টুর চৎগ্রে মুংশা থী, কুইন উদহুন।

ইবে : ঐখোয়দরা মুংঙাইতব হায়ববু নখোয় ইনাক খুনবী-দম্বু থরদি থুংবোইরে। চাকচা তোল্লগ কোইখোরকও ঐখোয়রোমদ, কা চারোও।

সনা :— ঐ লাক্কে। (ইবেয়াইমা চৎখি)

কামেং:— (ওক্লহুন) হায়, ঊশিং শোকউরিত্রা? চাক লোইরে। ঐ চারে থেংগ্রে থবক ম্নাম্ন লৈনে।

সনা :— নোং-ফাদোক ছুটি মুমিত্তি খর তপ্প ইংন চাসিবা? করম্ব মৌনহা লৈশাবী য়েংউগদব লৈবগে?

কামেঃ— সনা নবুক ফত্তব তৌমু। ডাক্তর হায়বসিদি নহা, অহল, ধর্ম্ম লৈব লৈতব, জাং বিজাং, মীতৈ ময়াং সাধু-ডাকু খায়দ্রুন লাইয়েংব য়াপোৎ নত্তে। মী পুম্ন-মকপু মুংশিব তাবনি।

সনা :— ডাক্তর বাবুনা মণিপুরগি মৌনহা লৈশাবী মথৈবু মুংশি ময়্রুবদি ঐদি কদায়রাইদ পোত্থাদ্রুন লৈব তারে?

কামেঃ— ঐন কনাগুম্বী অম লাইয়েংব চৎপ মতমদ খল্লি, ঐগি মুপীদুদি অনা অয়েক তৌহোদে, মুংঙাইদকো হায়দুন।

সনা :— মদু শোইরে ডাক্তর বাবু, নহাক্ল য়ুমদগিবু চথোকপ্র-বদি ঐগি থম্মোইসে নাহেরিপোৎনি।

কামেঃ— অওইব্রা সনাহনবী?

সনা :— থম্মোইন নাহেব, হার্ট শোকপ লাইনাসিবু ফনব য়েংব য়াদ্রাও? ঙহাক কায়নব চানন খায়নব, কুইন উন-দব............ মথোয়সিন হার্ট শোকহনবদু লাইয়েংব য়ারোইদ্রাও?

কামেঃ— হেরা, মদুদি হার্টকি ডিজিজ নত্তে— কবি অমদি নহারোলগি মঙলান্দ পোকপ লাইনানি। নিংশিং-লুম্রগ ফবনি। টেজপুর হোসপিটালদ ইলেকট্রিক শোক কা পীদুন লাইয়েংনৈ।

সনা :— লমদমসি ঐগি ইপামনি, তোর্ব্বান্দ হৌরিব পান্মী তুরেলদ চেল্লিব ঈশিং লৌবুক লম্মাংদ শিংলিব মুংশিং থোংলিব উচেক, অয়ুক অঙনবগি অমদি মুমিৎ তা-রমদাই সনগারকপগি চীংয়া তময়া……… মথোয়সিন ঐবু শক খঙবগুম কুইন উরুদ্রব ঐঙোন্দ পাওদমগে মতাগুম থম্মোইদ টেলিফোনগি ক্রিং ক্রিংগুম খিংই।

কামেঃ— মত্তুগিরা নংন ঙহাক লৈতন তোর্ব্বান্দ চারিব, মতা চাদব মকমদগি কৌরকপ টেলিফোনসিদি খুম্বিদ্রগ লোইরে নত্রগ মান কৌরকইব মীত্তু লৈতে হায়রগ লোইরে। তন্দুন মরাইন তুমিন লৈজখিনি।

সনা :— মত্তুন ফব ঙমদে ডাক্তর সাহেব। তাইবঙ মীগি থম্মোইন কাউব ঙমদে, মঙোন্দ য়েকখিব ময়েকশিংত্তু স্লেট্ট তাব্ কাংগ্রুগি মমিগুম্বনস্তে। থম্মোইগি রেকোর্ডতি ঐনি, ঐন লৈরিব মথৈ উখিব তাখিব হকথেংনখিব পুম্ব হিংত্তুন লৈগনি।

কামেঃ— মত্তুম লৈজসমু, চাক চারুসে থেংপ্রে। মুখৎপ য়াদ্র-বদি চুজরসমু, মত্তুদি লাইনা নত্তে, পুন্সিগি মাইল শুং খঙনবনে— মাইল মথোঙদ অত্তুম লেপ্প্রুন লৈরিবদি করম্ম পম্পুংক্ষম য়ৌগদগে? চৎকদব লম লাপ্পি, খুদী থীত্তুন লৈরগমু স্নাহনবী, অঙাং কপ্লম্মনি লাকও।

সনা :— ঐবু নিংখিন লাইয়েংউ ডাক্তর, মী অতৈগি অনাবদ নবুক্সিংত্তু লুপকমু।

কামেঃ— লাইনাদু ঐ ভাব তারে, শোইদন কহনগনি ডাক্তর ঐন। ( পুখি )

( থম্বৌন ফৈজোম শেং, মোজা ফুরিং ১ লিং খুদৈ অয়াংব অম লেংবান্দ য়ান মচা লাক্লব্রা য়েংব থোরকই )

থম্বৌঃ— কয়াদ মবিল খাগ্রব অঙাংনোনেসে, হুজিক ফাওব লাক্লিবসে! ( লাপ্প য়েংই ) হায় ইবেচা! নখোযদি কনা কনা কৌই? নচে থমচেৎ লাকওইদ্রাও হা? ননে মুমিৎলৈদি লাক্লব্রা? কবিনো মনাবু পান্দ্রবরা অমত্তু খুমদেনে। হায়! লাক্লেদনা—

মুমিৎঃ— ( চন্দোন অমুব থীন্, পুঙৌ ফনেক ইনফি শেং ) কনা ঙাইরিবনো তা থম্বৌ? লূক হাদ্রিব্রাও—অঙাংশিং লোইন লাক্লব্রাও?

থম্বৌঃ— ইবেয়াইমদি লাক্লে— ইবেতোন্দু কৈদোরবনো লাক্লে হায়ত্তুন য়েংব শুম থোরকপদ নহাক উদে হায়দুন নখোয়গি ইবেচাদা হংলম্বীব হুজিক্ক। মুংশিদকো ইবেম্ম মুমিৎলৈ। নংদি চহী য়াম্ম য়াম্মগ অসুম নহা ওইথৎলক্লেনা ঐগি মিৎনরা?

মুমিৎঃ— কনান নহা ওইজরুগবনো চহি ৪৫/৪৬ শুরপোৎনি, কুমসি চেং-চাক ভাংবদুদ নিংখিন চাদত্তুন য়াংসি কংব-না করিনো। তা থম্বৌদি ইতা থরো লৈখিত্রব মতুংসিদ মরম থয় ওকপিরব্রাও?

থম্বৌ :— ঐ জুব্রারকা অমত্ত শান্নদরে গুরুদেবন থগুনি, তোম-পিশক ইপা ইচানা কুমসি উব লৌ পরী অম মরাকতু ষৈফয়ে— নং উরগ খংনি।

সুমিৎ:— জুব্রারবুদি শান্নগে শান্নজৌ, ইতাত্রুন মথব্রাই চাক শাও-রম্বতুবু তোক্লব্রাও ?

থম্বৌ :— কোয়ববুরাও ?

সুমিৎ:— অহোয় ।

থম্বৌ :— মত্তু তোকউব ফন কুইরে নংমনপ্রত্রন। অত্তুবু হৈনপ্রব হায়রবসি— পাক কাউব ঙমদে, ঐন হুজিক কোই-থোরকইবসি নং মীঙোন্দদি ব্রারী শাদোকউন্নকো —।

সুমিৎ:— ঐবু অঙাওবীরনে তা থম্বৌ, লম্নাইগি ব্রাবু মীঙোন্দ তাক্কদ্রাও ?

থম্বৌ:— তাঞ্জা ফংলবদি নহাক ব্রা অম— থম্ননীংবনে।

সুমিৎ:— করি ব্রানিন ?

থম্বৌ :— নহাক্কিসু সুপা লৈখিদ্রে, নচা অহুম লৈরি, অপিক-পসু য়াওদ্রে —।

সুমিৎ:— হোয়, ব্রাই থর চিল্লিবসি ক্লাস সিক্স তম্মিবা—অতোম্ব চুদ ঙাইরে।

থম্বৌ:— ঐগি ইচা ৫ চু কুমসি মেত্রিক তম্মিবচুদ ঙাইরে থর ব্রাই চিল্লিব।

সুমিৎ:— সুপা অনী লংকৈদগিচু অমত্ত থোবকত্রাও ? শেলসু থারকত্রাও ?

থম্বোঃ— অহলত্রুন ড্রাইভরনি হায়দুন থোরক্কে। ঠিকা তৌব, য়াইমত্তুদি ঙসি থুংলৈ। ঐখোয় নুপীত্রুদি— মশক উথিদব কুইরে।

সুমিৎঃ— হৈমা! চহি ২রোম শুরব লাইরৈবাক য়োগ্রবত্তুবু মশক উই হায়ব্রাও? ঐখোয়সু চহি ৪।৫ শুরবনি মচাশিং থাকপদ য়াররিনি হায়ত্রুন চিঠি অমকাওব থারক্কে লাইরৈবাক্তগি—

থম্বোঃ— হোয়নে, ঐন হায়নিংলিব ৱাদি মত্তুনে, মখোয় শিগ্র-বশিংসি য়াম্ন ফত্তে, হন্ন তুন য়েংদে, তুমিন্ন লৈথোকপ ঙম্মি হায়বনি ইবেম্ম।

সুমিৎঃ— অশেংবনি তা থম্বো। হৌখিব নিংথমপাদ নিপামচাত্তুগি লাইরিক লৈনব লুপা ২০দং য়াত্তুনে ঐন য়াখিবত্তুদি করিনো, তাঞ্জা অম চাদ্রিব হায়রিব।

থম্বোঃ— অঙাংনদি লৈত লাইর থঙদবনিন লৈবিয়ু, শেংকে চাগেদনি। অশিব মখোয়ন তুমিন তুমিন লৈথোক-তুন ফত্তব হৌরক্লবনিন অহিংব ঐখোয় মশেল লৈত লাইর তাথোক তাশিন তৌনব ফৈয়ে। মসি ঈশ্বরনস্থ শাওরোইদব তাইবংমীনস্থ য়ানগদব য়ানি। করি হায়বগে?

সুমিৎঃ— য়াম্ন চুম্মি তা থম্বো। অত্তুদ মথৌ লৈতব, মীগি অরা-অনা লৈত-লাইর থঙদব মী থর লৈরিয়ে—মীগি মরাঙ্গদ উরগ শুংঙাইবজাৎ।

থম্বৌ:— মখোয়হুবু মী ওইন উরুম্বু মুমিৎলৈ মরা চত্তে। নত্তে; রা ঙানকম লৈতব— পাউ তানকম লৈতব অমত্ত ওইন পুকচেল শেংদোক্নকম লৈতব হায়রবসি তোনপ্র-বনে,. মুংঙাইথিদ্রবনে।

মুমিৎ:— অচুম্বনি মহু, তা থম্বৌ। নিপামচা হুজিক ক্লাস সিক্স ঙস্লীবসিন মেট্রিক হেক থাথিবদা ঐহাক লৈশাংথেম ইমুংদগি ছুটি লৌদ য়ারে, বৃন্দাবন্দ পরিক্রমা চৎলুরগে হায়রবম্ব ইনীং. ওইরে।

থম্বৌ:— সিক্স; সেভেন; আইট; নাইন; টেন; চহী ৫।৬ রাৎলিব! মতমসি ঙায়রবদি য়াম্ন তপ্ন চৎলি, ঙায়ব রাদনব ইমানী খর তোয়ন উনশি, নত্তে মতম্বু ঙায়হনব ঐ-খোয়ন মতম্বু ঙায়দব।

মুমিৎ:— নিতিগি নিঙোল চাক্কৌ মুমিত্তি থোক্কবনিন কদায়-দনো উনগদব?

থম্বৌ:— খ্বাইন চাক কৌনব্রবম্ব ইমানী য়েঙ্গাং খর হাওগদব মুমিত্ত কৌনরবদি?

মুমিৎ:— মহুম্ন চাক কৌনসি হায়রবদি তা থম্বৌখোয়গি অঙাং ৫ হুগ ঐখোয়গি ৩ গ ময়ামসি পুম্ন অমুক্তং মিদিং তৌরগ রারেপ তানব তাম্বে। মুংশিদকো ন থম্বৌ মহৌশা ঙাওবহু ইহল হল্লমদ্রিদা।

থম্বৌ:— ঙায়খো মুমিৎলৈ, অহুঙৈ ঐখোয় থরোখোয় নখোয় লৈশাবী ময়াম কৃষ্ণজন্মদরা বায়াণী জন্মদরা থরো

চাব চৎলুরগ অহিং নোংশোইব লিক্কোল শাম্নৈদনা ?

সুমিৎ:— কৃষ্ণজন্মদ নত্তে, খৌরাণী জন্মদনি।

থম্বো:— নংস্থ কাওদ্রিবোইরে মদো, মুংঙাইগ্রবনে সত্য — নহা ওইবিভেদ চু হুরান্দুন চামিন্নব আপু মঙ্গা সোম্ন তাল্লুবগ হৈঙানক। চামিন্নবত্থ হাওগ্রবনিদ সুমিৎনৈস ইবেন্ম !

সুমিৎ:— মতমত্থ অমুক হল্লকত্ত য়াবুরোইদকে। তা থম্বো ? পাম্মুইদকো।

থম্বো:— করিগি য়ারোইদৌরিবনো ? হল্লকহনসে সুমিৎলৈ।

সুমিৎ:— য়ারোইরে— থম্বো অঙাওবাও। (চৎখিব)

থম্বো:— ঙাইখোনে সুমিৎলৈ, ব্রা লোইদ্রি হায়বনি। মেরা থাগি পূর্ণিমাদ জগোই রাস য়েংমিন্নরুবগি মতাংত্থ ব্রাৎলিনহায়—।

সুমিৎ:— ত'নিংদ্রে, খোইদো শাওগৎনবনে। ( অরাপ্পদগি )

থম্বো:— শাওগৎলোই ঙহাক্ত ঙাইখো।

সুমিৎ:— চাক চারুখিগে— হোরেল য়ুমদ হুনবদ তাগে।

থম্বো:— অদুদি উরোক থোৎখোংদ ঙায়রমগে ?

সুমিৎ:— ( কেন ) ঙায়বি—রমগনো ও !

থম্বো:— ( তকসি শোল্লগ ) মতম ! নংন মরোল মরোল ননশিন্দুন থমখিব ব্রাথোক থৌদোক হকথেংনখিব থৌরম কয়াদো কাউব য়াদে, কাউব ঙমদে, করম্নো মতম ? পরপ পরপ ছেন্থ্রো মতম, পুন্সি থকহল্লো। নিংশিং

ইপাক্ত ইরেপস্থ ফংদ তোর্ব্বানস্থ লাম্ব ফংদন ইরাক্ল-হল্লিব করিগিনো ? ( চপ লেপ্তূন চমম্নরি )

( তোয়াইমা অমদি মচন ইবেতোন ইকে কেদবী মফীস্থ নান্দবী, অঙাওবীমকস্থ মান্দবী লাকমিন্নে, তোয়াইমনা মাং-থা বা থর ঙাংলদুন )

তোয়াঃ— মুপীমচা ইবেতোন, ইবুংন হায়রিবসি মুম্ন তাও লম হেনবসি মুংঙাইবনি ওথাক্তি, বাজিস্থ, তাচৌস্থ, ঐস্থ, নংস্থ— ঐখোয় মরীমক লম হেল্লি, নচেগ নোপ্‌াগব ইমা লোত্নুন থর হায়নব তানব ইল্লি, মীন তাকপ মীন ইনশিনব তল্লি, ইশা ইশান খুদোংথীব অমদি অম্নাবদু হাকথেংনরবদদা ভাব তাদুন ইশা ইশান ন্নারকচৈ, ইচিন-ইপ্‌াদি লম হেনব মথেননি, ন্নারকপ ইম্নসি। নংন করিগিনো চাক চাব লাকউ য়াদ্রিবদি ?

ইবে :— থাইগ মীমান্নদ্রবী, তোল্লবী, অমনি খঞ্জদুন— লম্বীদ চৎপস্থ তল্লব, য়ুমদ চংলকদবস্থ ইকায়রব।

তোয়াঃ— মদু লাল্লব ন্নাথলনি ইবেতোন, নংবু কনানা নঙোন্দগি করিদ হেল্লিবা ? কনাগি মমাংদ ইকায়রিব, নংন ফন চৎনিংঙ্গবস্থ তল্লবস্থ, বাজীন, নচেন নংবু উনিংই, নবুং ঐস্থ নংগি নপোৎ নচৈ অঙম্ব থরদ ওইরবস্থ তমগে হায়দুন ঐ কয়া ন্নান লংকৈদগি লাক্লে। নংগি নিপা লংকৈদ লৈদ্রে, মথক উনদ্রে অদুবু চাম্নম শিগ্রবদি নত্তে। মান থাজব মতুং ইম্ন লৈবাক্তি সেবাগিনি খন্দুন

মশক লোৎখিবনি। মদু নংগি চাওথোককন্নি ইকায়-
গদব নত্তে।

ইবে :— বাজী ওইরমানে আদ ভাইরিবসে?

তোম্বা:— মানি, নংবু ভায়নরগনে, চাকা অমত্ত চানদনা—

থম্বো :— ( লাপ্ন মুম্ন য়েংলম্বদগি ) ইচা ইবেতোন নত্রা? মানি, ( মতুং লোমদ ) হায় ইবেম্বাইমা! ননাও লাকলে, তোমপিশক, নচেতোন লাক্লেনহায়— নমা মানবীদু লাক্লে, চাক চাব য়ারনি থিদোকলো, য়েঙ্খাং অহাও-বশিংদো। অদুনি ইচাশিংদি চাক চাব লাকদগনি নিঙোল, য়ুম অনীগি ঈ-পাউ ফাওনহনব রাজদূতনি, চনু নিঙোল নখোয়দি অসোমগি মুংঙাইব পাউ সোমদ তম্মো, ঐখোয়রোমগি পাউ অসোমদ তম্মু— নবুংয়াইমা থো-রক্লে— নংগি অউনপোৎ খর পুখম অম তেঙ্গোৎ অম ইপান তম্ব ঙমদবদো— নবুং য়াইমনা তম্বীরনি। নবোক্তু অনা অয়েক তৌদেকো? অদুগ ঐপি ইমাক অদুদি করি লমদ কমদৌন লৈরি? তম্মু পাউ মুংঙাইব ইপা হরাওগে?

ইবে :— ( মপা থুরুম্মগ ) অবোক ইমানীদি ফিরোলন জুগোৎ চাদবনে, চাক কৌব চৎলমুসি হায়দুন ঙাংনদুন লৈর-বনি। তায়াইমনা কৌবিরবদুদ লাক্লব। অদুগ বাজীন হংবিব অমদুগিদি পাউ তাংদাংব ফংজদ্রি কদায়দ কমদৌন লৈরিবনো খঙদে।

( ইবেয়াইমা মনাওবু কোন্দুন পুশিনখি, তোমশিনক তঙক তঙক লেপ্পে )

ইবেয়াঃ— ইবেতোন নং লাকপ ফরেদা ।

ইবে ঃ— ইচে য়াইমা ।

ইবেয়াঃ— ঐগি কনেক ইম্নফীহু শেৎলকউ হায়রগ।

ইবে :— য়ারনি হায়ব্রুন হেক্ত লাক্রব ! ( ময়োম ওইন পুরকই; পী )

ইবেয়াঃ— নং পোরো; নংগি ওইরো ।

ইবে ঃ— কৈ কান্নগবনো —য়ানি, ঐদি ফীরোল অকব লৈত্র-বস্ত য়ারে।

ইবেয়াঃ— মসি ভাওয়ব জাৎনি, চৎহনপ্রণু বাজী মসিগি অভাংসে ।

ইবে ঃ— নিপাদু অরাইবনি, অবোক মথন্দ লৈব ভমদে ঐঙোন্দ লুন শিন্নরম্মী, হুন্দোকপ য়াদে ইচেয়াইমা ।

ইবেয়াঃ— নহাক নবোক্ত লৈব নত্তে, নিপাদুগ চেনখিবনি, নিপাদু লৈত্রবনিন নয়ুমদ হল্লকপ চুম্মে ইবেম্মা।

ইবে ঃ— ইচেয়াইমা ! সুংশিব হায়বদু ইশাগি য়েংদন মীগিদ য়েংব ওইরম্মে। নিপাদুদ য়ুম পাল্লুবনি, হুজিক্তি মমাদ লৈব তারে— ঐ—।

ইবেয়াঃ - মীরোল য়াওদব ব্রা ভাংগনু অভাওবী ( চংখি )

বাঁশী মখোল তায়, বাবুন খোংহুন খোরকই— অহৈ —বাবুন কোয়ন য়েংই )

বাবুঃ— থরাইমি লাক্তুন চেনখিবী,
লমদম তামনা পাইখ্রবী,
নংবু কয়ম কাউসিগে?
হে চেক্লা সুংশিবী!

ওসি কয়া হল্লক্লব্রা,
হয়েং কয়া হল্লক্লব্রা,
সুমিৎ শিংবুম কয়ানো
পাখঙনা ঙাইজব মহাকপু।

"কায়রোই ঙাইরুম্মু কায়রোই"
তোর্বান্দ তারব পোক্ষীন,
"ঙাওরবনি নংদি ঙাওরব"
ঐবু খঙদব কয়ানা।

হল্লকখিনি খঙই ঐদি
হে চেক্লা সুংশিবী—
নপাম লমদম তমলকও—
পোক্ষী 'মুক্তং চিল্লোক্লসে।

(হৌন থীবদু লাপ্প তোয়াইবা তারমই—তোর্বান্দ)

(শাওরপ) ঙাইবদ লৈখাং চারেমে ঐদি।
ইবেম্ম ইবেতোন, শোইবম চন্নু।

তোয়াঃ— হায় বাবু, সোমদ লাও, য়া হায়গে।

বাবু ঃ— কয়িনো ঐবুরা দাদা?

তোয়াঃ— নংন করেম্নরিবদু ঐগি ইচন ইবেতোনবু নত্রা?

বাবু :— ওইরম্ব য়াই, মতুন করি কায়রবগে? ইথ্বাই চাক্তন লাওজবদনি থম্বোটগি খোল্লাও, থাংব ঙমদব মৈচাক!

তোয়া:— শোইবম চন্নু ইবেতোন হায়দুন ইচনবু করেম কথাই-নবগি নং য়ৈহনব তারে।

বাবু :— ঐদি করেম্নব নচচদে, চাকতুন কৌজবনি, ঐঙোন্দ য়ৈহনবিরগ করি মুংঙাইবিগদবা? মতুন ইবেতোম্ন পেনবিগদব ওইরবদি য়ৈবিয়ু বেরা লৈজদে।

তোয়া:— মসি য়াম্ন ঙাওশিন্নরিবজাংনিনে। হায়, তোমপিশক! চৈ অম পুরকউ, মসিদ ঙাওশিন্নরিব মুপাসি ফুদংলো।

( থম্বো, তোমপিশক ইবেয়াইমা, ইবেতোন চেম্বোরকই ইঙক ঙক্ক )

থম্বো:— ঙাইখো, ঙাইখো, করিনো কৈদোনরে?

বাবু :— ঐগি ইরালবু করিনো দাদাজী। ইরাল লৈরবদি ইতিক চাব চৈরাক পীবিয়ু ঐ য়াজৈ, ইরাল লৈতব অচুম্ব নিপা ওইরমলবদি ইতিক চাব মনা পীবিনি নিংজৈ। বিচার তৌবিয়ু মৈত্রেবাক্কি মতিক চারবা ইবুংঙো ইবেম্মশিং। ঐন হায়জবদি অসিনি!

শাংলম্মী অত্থুঙৈ শিঙেল অম
 লৈয়াং হন্থুরৈগুম নিংথিজবী,
 নম্বোনবী ভুরেলগি তোর্কবান্দ
 মাবুদ পামজক্লই অঙাওবশিনা॥

অকনব ঈচাওল চেম্বথি লৈয়াংদো

তোর্ব্বান্দ কংনব থাদরম্মে মহাকপু,
খুঙ্গংলগ থাজনিংই থম্মোইগি লৈকোন্দ,
হিংবগি মহৈ য়াম্লিংই লাইরবম্‌।
মসিবু কনা'দ অকায়ব রানো ?

তোয়াঃ— ঐগি ইচনগি মমিং পনখি—নং, ঙায়বদ রারে, লৈখাং চারে— ইবেম্ম ইবেতোন, শোইবম চমুকা হায়রুনা। মতুবু ইচনগি ইজ্জৎ মাংব রা নত্রা অঙাওবা ?

বাবু :— করমদি তৌনি দাদাজী, ইবেম্ম মাবুনি ঐন মুংশিজরুরিবদি—। ইরাইবক থীতুন ঐহাক শোইরে, ঈশ্বরগি মিংলেন শোঞ্জবগুম মাবু কৌদুন পুন্সি লেপ্পব—থম্মোইদ মিহুলন হুল্লিমখে— মসিবু ইরাল ওইরবদি —হাৎপিয়ু তাইবঙপান ঐ হিংজররোই নতম্বাক্ত। (তুরেল রাংম রাংমদ)

তোয়াঃ— ইচনগিদমক থরাই চাকতুন লৈরিঙৈসিদ মান করেম কথাইনরিব, ঙাওশিন্নরিব অসিবু কনান থাঙদুন লৈব ঙমগদগে ? কদায় তোমপিশক— চৈদু ঐঙোন্দ পীয়ু মরোল লৌব য়াদনব ঙৈগে।

(চৈ লৌরগ য়েগে তোবদ মপান চৈ মুল্লি)

ইবে :— ভায়াইংসু বাজীসু অমুক্ত তপথবিখো, থরাইশোক্ত রা ঙাংবিরিব ইবুংসিদ রাহৈ অমনীদং থম্মোইদগি শেংদোকচখিগে ?

হে খোইমু, নীংব কায়রব!
শাংলম্মী লৈরাং হম্বুরৈ
মশক্ত মনমদ চমলবী অম,
তুরেল হম্বুবী তোব্বান্দ।

হয়িংখোই কয়ান ঙংলখি
খোইমু কয়া পাইরকখি
শিঙেলনা মপান ফরিবৈ,
হৌখে মতমদো হৌখে।

অমত্তনি মোমোন নোকখিব
তরান খোইরাং খোইশাওনখি
তাইবঙ লৈকোনগি হৌনশা।
হল্লকলরোই মতমদো, হল্লকলরোই

রাহৈ কারন চনখিব
থোরমম লাম্ন উহনখিব
শিঙেলগি মরালনি ঙাকপিয়ু,
মতুই লমন শিংজগেকো হয়েং মপোক্ত—

(কপতুন চংখি, অতৈম্ব ইরখি)

বাবু :— হয়েং মপোক! হয়েং মপোক ফন থেংন লাকচৌ, নং অমুক্তংদি লাকখিদোব লৈ, ঙায়ব তন্দব বাবু ঐগি থুবাক্ত! হা, হা, হা, খোংউ বাঁশী, হয়েং মপোক্ত লাক্তদব খোংথাংগ চানব স্থরদো। (বাঁশী খোংই)

(ডাক্তর কামেশ্বর অমদি সনাহনবী থোরকই)

সনা :— ওঃ ইবেয়াইমা ! হনখিরোইদ্রাও ?—মুমিৎসি তাদৌরে।

ইবে :— ঐমা ! লেংখৎকদৌরব্রাও মুক গুম।

সনা :— থবক অচিনব লৈহৌই হায়রে, ঐখোয়গি কার অহনবদ হাইগৎমিন্নগ্রসে।

ইবে :— কার তোংবদ শেৎপ মতিক চাব ফিজোল লৈজদে, ইবেম্ম, মুমিৎ তারগ লাকচগে, কৈদৌরে ঐখোয়দ কোইখোরক্কনি হায়রগা ?

সনা :— ডাক্তরনা ঐবু তোর্ব্বান্দ চখোকপ ফত্তে, হায়দুন থাম্মে। ঐসে ইথা-থাজদন লায়না অম পক্লে, অদুবু ডাক্তর সাহেবন ফনব লাইষেংবিনি হায়রে।

ইবে :— অদুদি য়াম্ন ফরব ব্রানি, ডাক্তরগিম্ন থবক ব্রাৎতব, সনা ইবেম্মগিম্ন হকচাং শেংহৌব। লায়নাবু করি লায়নানো লাইবক ফবী ?

সনা :— থম্মোইগি লায়নানে, তোর্ব্বান্দগি পকখিব। মসি কোকত্রিমখৈ লাইবক ফত্রি ঐ, লাইবক ফবীকা হায়গনু। ( নোকমিন্নে ) হাল্লম্মগেকো—

ইবে :— য়াম্ন ফনি ( চৎখি )

বাবু :— ( ডাক্তর সাহেবকি মতুংদ ) ডাক্তর সাহেব, ঐবু মীন অঙাওবনি হায়, মরমদি ঐহাক অচুম্ব পাম্মী, অচুম্বদ ঙাংই। অচুম্ব পামদব, ঐবু অঙাওবনি হায়ব্রিবশিংছু নত্রাও ঙাওরিবদি ?

ডাক্তরঃ— নংবু করম্ব মুংঙাইতব লৈবগে ? করি তৌরুবদগি

মীন নংবু অঙা ওবনি হায়রিবা ?

বাবু :— তুরেল ৱাংগসিদ লৈবী অমবু ঐন মুংশি, মহাক ময়ুন পানগ্রে। মপুরোইবত্থু মাংগ্রে শিখিব য়াই হিংবা য়াই— খঙদে। ঐন মাবু মুংশিখি, হুজিকস্থু মুংশিরি মীন ঙাওরে হায়নমখৈ। মানস্থু মুংশিরি ঐবু।

ডাক্তরঃ— মদু করম্ব খঙভি ?

বাবু :— ঙসিত্থু মবুংন ঐবু ফুগে তৌখি, মচন মুপীবু মুংশিবন ঐন ঙাওবগি। মচানা খাম্মি ফুবিমু ঐবু মচনু ঐদোন জ্ঞান তাা, মদুংদি ঙাওই, হন্দক মপোক-সিনদি হকাইবে, হয়েং মপোক্ত ঐঙোন্দ লৈগে হায়রে। মান ইকাঃরিবত্থু ফনব— মবুংন, মপান, মচেন—মাবু ঐঙোন্দ থাজথোকপ চুমদ্রাও ? ঐবু ফুগেদুম হায় ডাক্তর, ঙাওরিবসি ঐরা নত্রগ তাইবঙপান্দ ঐগ ৱাখল তিম্নদবন্দিংসা ?

ডাক্তরঃ— নংবু করি থবক তৌরিবগে ? কদায়দগী চাক চাবগে ?

বাবু :— চাকতি নোংম নোংমগি মতা চারুব মফম অমদ চাক ঐন তৌরিব থবক্তি মুংশিবগি মরমদ ৱাখল কেং ধ্যান তৌব, বস, মত্থুন লোইরে।

ডাক্তরঃ— নংন ঙাওরিবসি, চাক্তি ৱাখল তৌ, চাক্ত ধ্যান তৌ মুংশিবদি নোংম নোংমগি মতা চারুব মফমদ। নংন ঙাওরিবসি চাক মুংশিবগ ওম্নত্থন ঙাওবনি।

সনা :— নোংম নোংমগি মতা চারুব মফমদ মুংশিব হায়রিবদে

ডাক্তর বাবুসু ঙাওখিব ঙাৎনি।

ডাক্তরঃ— করিগি?

সনা ঃ— কোইন চৎতুন কৈথেল য়োরবদি— ঙাওদ্রিবাও?
সুমিৎ খুদিংগি য়ুমদ ঙন্তা —হনবীরকপ ঙাওবিরোই
হায়রবদি—। (নোক্তুন চৎমিয়খি)

(থম্বৌন ফৈজোম অম শেৎ ফুরিৎ অঙৌব শেগায়ব অফোৎপ অম লিৎ, খোংউপ ফীগি মল্লব অম তোং মাং থারহুন লেকচয় তৌরহুন থিন্দোকরকই মচানুপী ইবেয়াইমা, ইবেতোন, তোমপিশক মতুং ইন্নরকই, পোৎ অমমম পায়রহুন)

থম্বৌঃ— ইপাবু শাওগনু ইচাশা! নিংথিন অউনপোৎ তম্বিব ঙমখিদে, নব্বী নরোল ফজব থোনব ঙমদে, কুম অমগি থোকপ নিঙোল চাক্কৌবদ কাওব য়েঙ্খাং অহাওব পীজব ঙমদে, দক্ষিনা য়াম্ন তৌব ঙমদে, ঐখোয়গুম্বসি থাইনদি নিংথৌ পাল্লিঙৈদ লুঃ ১৫ দ য়োম্নব লৈনব মীতানি। হুজিক ইনিং ইথাদি তম্ন লৌউ শিংউজি হায়ববু অর্বামম্ন পুক থনফাত্তে; মীগি লৌশাল, সন-শাল, পুসিন্দুন চাবগি ফোদোই, থাজনা কয়, পোৎন তাংইব নোংম নোংমগি........ হায়হুন কাম্নদে, নমাপ লৈত্রে, নোপ্রাগ ইমানী মী ওইনব লাক্নিবসে নখোয়ন খঙলিবহুনি। নবুং অহম্ন মীরৈবাক্ত, লাইবক থীহুন ডিব্রুগড়গি জেলদা, নবুং য়াইমন থোরকপগি হন্দক থব্রাই মতেক অমদি সুংঙাই— অহুবু॥

ইবেম্মাঃ— তায়াইমগি মুপী অম হায়নব্রা শিংনব্রা— লীমনপ্রবস্তু হয়েং। মতিক মপা চাব থোক্তনুন তোকনি বাজী। হন্দক শেল থর ফংজরকই হায়বত্নন থীস্নদন পাংনব ভৌবিরো। ঐখোয়তুব্বাইদ লৈব মরম ওকপা, আজ-কালগি ইরাং য়াওদব য়ুম পানব ওমগদবী মীতাস্নু ঐ য়েংজরক্কে।

ইবে :— ইচেন হায়রিবসি চুম্মি, তায়াইমগি অমক্তং পরপ পরপ থিবিনব ভৌশি। ইমা লৈতবত্নদ ইপামদ হল্লকপসি লংফেদৌন ভৌবত্নন কয়া থোইদাদে, বাজীখোয়নদি ফনা লুন ভৌবী হায়ববু ঐখোয়গি ইপোৎ ইচৈ নিংথিন তম্মিব ওমদবগি কবিমত থোইরাংবিগনু। ইমাদৌন ভৌগদবী ইনম্ম অমমম তাধনগিস্নু তায়াইমগিস্নু—। অদু নব্রবদি ঐখোয় ইমুংসি মীতৈগি ইমুং অম ওইদ্রে বাজী। পাম্মুইদকো ইমাদো। ইমা লাইরবীদো! ( লোম্ন কপথিম্নে মচীন মনাও )

তোমঃ— কৈ কান্নব ইচে— লম্বীদ মীন তারগ করি তৌরি-বনো হায়নব। ইমাগি মহুৎ নখোয় অনী লৈহৌ-রেদন তাইবংপান্দ।

থম্বৌ :— থরো, নংবু ননীং থুংহনখিবস্নু ওমদে, নচাশিংবু নিংথিন শেম্বীবস্নু ওমদে, মীরেম মীতোকচাক তারে হায়—ঐ। উপায় লৈতবনে, উপায় লৈতবা। লাইরবগি মতেং কনান পাংবিদগে। ঐন শাওত্নন লগাওদ, জুম্বারদ

অমুক ,অমুক লোইনমক থাদোকপদো— থৱাই চাক্তুন তৌবনে থরো, নং এৱু শাওনো ইবেম্মা।

হোমঃ— তানিংদে বাজী তুমিন্ন কৈয়্, মীন তারগ নোক্কনি, নওক্তি ওকত্রগা।

থম্বোঃ— (ৱপী তৈথোক্লগ) ওক্তব নত্তেনে এবো, সুংঙাইতব, থৱাইচাকপ, মন্নামসি কাউনব—হিংব ওন্নব—য়ু থকপ-মক্তি ফত্তে হায়ত্নু ইপা ভাওশিন্নবনে, নেশা চাবগুম কোইত্নু শান্নবনে—ফাগি জুগাইদ পুক্লিং লুপচনবনে—(তোয়াইমা কোইথোকউবদগি হল্লকপদ থেংনৈ)

তোয়াঃ— হায়, নথোয়্নী হল্লব্র ? বাজী মথোংগি দক্ষিনা-কাদি ? ক্ষীরোদ-কাদি পীবিদ্রবা ?

ইবেয়াঃ— এগিন লুঃ ১০/- গ পুঙৌ ফনেক অমগ পীরে, কুমসিদি তায়াইমনা চা-বিত্নু— অদুগ ইবেতোনগিস্ত—।

ইবে :— এগিদি— বাজীন, ফনেক অমগ লুঃ ১০০/- পীবনি, য়ুমকৈ শেমজিন্নব তায়াইমগি য়ুমস্তু পান্দব য়াদবনিন করি করি শেমজিন শাজিন্নব— লুঃ ৫০/- অমদি হঞ্জ-রম্মে, য়াম্ন সুংঙাইজরে— এথোয় হল্লে তায়াইমা।

থম্বোঃ— ইপানা লাইরবন ননী থু হনব মদ্রে— ৱারৌসুকো ইচাশা। তোমপীশক মমা— থরে। নচা য়াইমন কুমসিদি মচনশিংবু চাক কৌবিরে, মফি মরোল মচা অমমম তঙ্খীরে। নংন ওক্তে হায়ব ন১া য়াইমদ বর পীরকও ইবেম্মা— এদি উপায় লৈত্রে, ও, তোয়াইমগি মমা! নচা মরম ওক্লে। (কপ্পে)

তোয়া:— ইমা ; চায়াম পোকপী ! নক্তী অনানব অম শেৎপ ইনব ফংদন লৈখিদ্রবী ! নঙক্তে স্না চনিং অমত্ত শিব উখিদবী— ইমা ! ন'গি নহুৎ নচান্নুপী অনীসিদ— সনা মচেৎ অমমমদং থোঞ্জগে নচান, নোংথক্তগি অমুক্তদি মোমোন নোকতুন য়েংথরকউকো— ইমা ! নখোয়নী ঙহাক্ত ঙাইখো !

(ময়ূমদ চেনশিনথরগ, শাল অম চেনা য়োম্ব, মুগা অমসু চেনা য়োম্ব অমসুং লুপা লীশিংগি মপূন ও পুখোরক্তুন পীরে— মচন অনীদ তথ্বায় য়েন্নহুন অতৈন ঙকই)

তোয়া:— শাল ইন্নফিসি ইবেতোন নংগি, ইমান লুন তৌজরম্বী —মুগাসিন ইবেয়াইম নংগি। লুপা লীশিং তসিনা ইবেতোন নংগি, অহুমসিন ইবেয়াইমা নংগি।

মচন ২ঃ— করিনো স্তুক য়াম্ন অঙাওবদোন তায়াইমা ? করিনো তৌরিবসিবো ? বাজী ? ও ! ইমা ! ও, ইমা !

তোয়াঃ— ইমান পোকপ মচা অমন ইচনশিংদ পীবনি লো— ইমান পীবিরকপনি— করিমত্ত চিংনদন লো—।

থম্বো :— করিনো নিপামচা, অতুক য়াম্ব শেলদি কদায়দৈনো ? ইপাদি পোকপদগি উদ্রি অতুক য়াম্বদি, নাকোংনদি পংতা তারবস্থ, লাক্লকপ্রাও ? হূরাল্লকপ্রাও—করিনো তৌরিবগিবো—মঙলা হারা ?

তোয়াঃ— করিমত্ত সুংখা খিবিনু বাজী, ইপাঙ্গলনা, ইরৌশ্লিংন

ডাক্তরকপনি —ঠিকাদগি কংজরকপ অশেংব শেল ডাক্তুনি।

ইবে :— য়াম্মল্লি তোয়াইমা, য়ুম শেন্নব, য়ুম পান্নব—থমজিনবিয়ু।

ইবেয়াঃ— বাজী শেল ময়ামসি লৌশিনবিয়ু, অমথক্ক ইমানী য়েন্নজগে— মী অতৈন উরগ কন্ত্রে, পুশিনবিগ্রে।।

তোয়াঃ- নখোয়বু কৌ হায়— ঐখোয়গি থল্লুম্মু।

থম্বো :- ঐবু মঙলা তাইবঙলা —ঙসি! (পায়)

তোয়াঃ- কদায় বাজী ১ গ পীরো, মরীত্র য়ুম কৈ শেন্নব থম্বীরো —মখোয়ন লোইন লৌ হায়ব য়াব্রগ! মখোয় অহুমগি পোঃ টৈ দোকান্দগি লৈবিগে, —লাও চৎসি।

( মরীত্র হরাও হরাও চৎনখি, মপা খুরুম্মগ মুপী ২ন —মপান নোকতুন য়েংহোই )

থম্বো :— থরো অঙৌবী! নং লাইরৈবাক্তগি উব্রাও ঙসিগি কুম্মেসে?

ইবে :— ( হল্লক্লগ ) বাজী ফীসি থমজিনবিয়ু, হয়েং ইনম্ম লাক্লগ ইন্নব— ঐদি মসি ইনগদব মতম ব্রাৎলি।

থম্বো :— নবুংন নঙোন্দ পীরগা?

ইবে :— ঙসিদি পুররোই— কোম্ম লৌরবস্ত্র কৌগে। (চৎনখি)

থম্বো :— করে— নংগি ওইন থম্বীরগে অত্তুদি (চৎনখি)

( বাঁশী মখোন তায়— বাবু অঙাওব থোরকই )

বাবু :— ঙসি মুমিং তারে, নিঙোলশা নয়ুম অনৌবদ হন্নরো,

নপামদ পম্বুদুন লৈনরগম্ব, করি কান্নরিবগে নিঙোল চাক কৌবসিবো ? হৌখিব ব্রা কয়া কয়া নিংশিংদুন খোইদৌ শাওগৎপসিবু ম্নুংঙাইরিব্রাও ? নোংমৈদগিদি তোক্লসে নিঙোল চাক কৌব। —হৌগ্রে। মতম, পরপ পরপ হৌগ্রে ! তত্তুন চেল্লু, পুংজা, মুমিৎ-থা, চহি, কুমসি নোংমৈ— ঙম্মিবমখৈ য়াংন— হন্দক মপোকসি লোইশিল্লো। খৌন্দন কৌরকও— হয়েং মপোক্ত্ন্, ঙায়ব য়ারে, ঐগি হয়েং মপোক ! হয়েং মপোক হায়বসি ( তপ্ন ) ঐন শিরগ ওইগদব নত্রা ? শিসন্ন, মাস্থ শিগদবনি—। ইমানৌগি হয়েং মপোক পরপ পরপ লাকও হয়েং মপোক ! হাঃ হাঃ হাঃ···· ····। ( চৎখি ) লাকপদি লাক্কনিকো।

( থম্বোন শাল অহনব চেদৈ লৌথোক্লগ ইল্লি. মশাবু য়েংজদুন কে-ন চৎলি— শেম শেমদুন ইন্‌ব হৈকাত্তুন ইল্লি। হঙ্গৎ-হন্দ চৎলি, মী য়েংই )

থম্বোঃ- মস্থম্ব কৌসি ইন্দন মপোকসিমা হৌখিরমদৌইদা। পুক্নিংদি মতা অম তোব জাৎনি— ফিজেৎ চাকচা হায়বসিস্থ। করিনো মুমিৎ তারকাওব মুমিৎলৈহুবু হনখিদ্রিব্রা করিনো ! হায়নখিব মতুং ইম্ন মহাক চংলমখিরোইদা। ঙাইদুন স্থম লৈগদ্রা ? হায় থেং-খিনবনি। ওঃ ইবেচা ! ওঃ ইবেচা। ননে মুমিৎলৈহু থেংদ্রি হায়ব্রা ? হায় ভাব অম ওম্নগ্রে, মীন চিংব-গদব য়াহং হংগ্রে নহায় ! ( লোম্ন শোল্লি )

পী-খোলঃ—ইনে সুমিংলৈদি চংক্রে সুমিং মমুম চংদ্রিবৈদা।

খম্বোঃ— হায়! ঐবু ভাম্বরমদনা! মহাক চৎপ্রংব করম্নো অত্নদি —ময়ুমদ চংলুবম্ব য়াব নত্ত চহি মতাংসিদ। নো মৈপি নিঙোল চাকৌব অমুক চহি অম ঙায়ব তারব! শাল ইম্নফিকা ইল্লুরিবসি কান্নদ্রেদন!

(কজন কিত্থ থুপচিল্লি—চেদ অমুক হাপচিল্লগ চংখি মকোক হোৎত্নুন কিত্থ নাকন্দ য়েপ্লগ)



## হিংব তায় করিগুম্ব পাম্বে

মতম:— নিংথম থাগি মুমিদাংরাই,

মফম: লঙ্কাপুরগি, ভারাদ শানব কা অমদ,
সহরগি নোংচুপ চীদায়নি লমজাওহু
মী থয় চিকই।

মেক্ত অনানব অম থারি, মথক্ত কোলীং বেল লৈ। অকোয়বদ য়েংকি চৌকি অহুম থারি। মীংহুংথোক্ত হাংভি, মীদি লৈব উদে। মাঙ্গোন্দ চেবাং চাউন ইরগ থেংলিঃ থবক হাংইঃ তলব ৩০০-৫০০-৭০০-১০০০!

ইবোপিশক নম্বর ১ অমদি তোম্মেন মকি মোংলপ (থবক ফংদবগি) শেং, হন্না চাব লাকপদ— থেংলিবহু পায়, গুক্রে, মী কোয়ন য়েংমিন্নে। হরাউরপ লাংতক্রে।

ইবো ১:— থবক হাগুই, তলব অমুক অমুক……… এখোয়বু মনমদ খঙলদুন কনান লক্রিবনো? অওইববু ওইরবদি ৫০০ চাবদ বাজারগি দোর— লিশিং ৫হু পীগে। থবক তলব চাব অম পাম্রি হায়দুন মশানম্ম মমা মপানম্ম য়ারবী অম য়ারুদুন লৈরে হায়বনি। (চেদ ভাংউই)

তোম্বৈঃ— ঙাইখোনে, চেন খুম্ব হৌনদেয়ে। (ঙক্ন কোনয়েং য়েংলগ) লঙ্কাপুরগি নোংচুপ চীদাই— মিত্রং রোড, ইমানীন মুক্তিগি হন্না চাব চৎপ লম্বীদুনিনে মসে। নমীৎ ইমীৎন উরিবসিবু অচুমব্রাও?

ইবো ১:— লম্বীবুদি চুম্মি, কৈদোরবগেনে?

তোম্বৈঃ— ঙরাং নহাক্নদি উদে, ঙসিদ তন্নরিবসিবু লৈশুংদে লৈবাক্লেরা নত্রগ অতিথাদে তারকপ লম্মৈচাকপগি তাঙ্গোইরাও?

ইবো ১:— ওইনিংব ওইজসনু তলব ৪০০/৫০০বু চারবদি লুহোংব মুমিৎ লেপ্লরুব য়ারে।

তোম্বৈঃ— ঙাইখো, বর বার্ত্তন তৌরকখিন্নু, মরোল কুপ্ন থিগৎখিসি। ব্রা অমত্ত হংজগে? কনা কনা লৈবগে? তাবিরিব্রাও? (মীহুত্ত য়েংই) কনাম্মু লৈব উদে। ব্বারোইপোত্তি পুখ্রে। (ইবোপিশক্ন কোল্লিং বেগখিংই)

ইবো ১:— মী মথৈ কদায়দ চৎথ্রিবজাৎনো?

তোম্বৈঃ— কান্নদে চেল্লসি ভায়, তন্নবনি। ফাগী পাম্ব কনাগুম্ব ভূতন থবক তাংগে হায়ব খঙলহুন লরুবনি. কান্নদে চেনথ্রসি। (মখুৎ পান্নৈ কিবন)

ইবো ১:— কনা কনা লৈবগে? ভূত ওইরবস্থ থোরকপো ব্রা ঙাংনসে, থবকপু পীগে হায়রবদি লুপা কয়া পাম্বগে?

তোম্বৈঃ— লম্বীসি মীম্থু চৎনদে, মুমিৎন ভাগ্রে, ইলেকত্রিকস্থ

থাঙ্গত্তে চৎলসি ভায়া ইবোপিশক, মমথরগ মথোং চারোই। ( চিংই অমত্তবু )

ইবো ১:— ঙাইখো কিন্নু, মুমিৎ তাবদ ঙায়রি। চৎসি হায়রবন্থু, ইরিবসি মী অতৈন উৎিদনব— ( থবর চেনা অমন থুন্মুই )

তোম্বৈ:— মী নৈতে, লেম্ন হনব হৌনদে—( য়োৎকি চৌকি ২ থুপ্লগ মখুৎ নাম্মদ ) অমত্ত নংগি ওইজরো, লাকও হায়।

ইবো ১:— করিনো তৌরিবত্তুবো ? ( লেম্ন )

( চৎপ হৌবদ— ফিমু শেৎপ ষ্টেজ মেনেজরন খুদোঙ্গীন থম্মু ইঙ্গিৎ তৌবদ হান্নগুম কিন থনম্মি, অনীদু চেনবগুম কিন চৎখি, ফিমুদু মনঙ্গন্দ "ষ্টেজ মেনেজর" ঙৌন থায় )

( মুছোর একা, পায়জমা শেৎ, গেরুয়া মচু খুদাং লাওবী জিৎ— ক্রাইষ্টেল বোল অম পায়রগ য়েংদুন লাকই। চৌকিদ ফম্মি নোক্তুন য়েংই। চৌংকি শেৎপী পার্ব্বতী লাকই, নোকফেৎ তৌরগ—

পার্ব্বঃ— থুরুমজরি শিব শম্ভু, দর্শন কংজব মুংঙাইরে। ( মখুৎ লোয়রগ নমস্তে )

একাঃ— অদুক য়াম চৌংদগি তম্পাকসিদ ? কোন তৌরকপ যাত্রা ?

পার্ব্বঃ— দর্শনমু কংজনিংব, অদুগ জ্ঞান তাদব য়াকম থরমু।

একা :— হুংনিংব হংউ, নঙোন্দদি লোৎকদব অথুপ্প অমত্ত লৈতে।

পার্ব্বঃ— ননাইশিং নহারোল ময়ংম্বু, নমথাক লৌনম্ন মুংঙ্কম ওইন থারব লম্বী অখোয়ব কয়াদ মপুন্সি লেলহন-বিরিবসিবু তুংদ করি থোক্লগদগে? ধর্ম্ম কায়দব মীয়াম্ন য়াব লম্বীদ হিংহনবিব য়াদ্রব্রা?

একা :— থুপ্লব লাইরা হংগে পার্ব্বতী, নঙ্গ ন্দদি তাম্ভব য়াদে অদুবু। সে, তাইবংপান্সি য়েংউ ধর্ম্মগি মশক ওইরব কুরুক্ষেত্রদ নচা নয়া মমাম্ন থেংনম্নিব লান্দু য়েংউ। (ক্রাইষ্টেল বোল পীরগ য়েংহল্লি)

পার্ব্বঃ— থুৎলাই পায়দব চদংনবশিংগ মবুক থল্লব অকনব থুৎ-লাইম্নু পায়রিবশিংগ লান তৌনরি, অশোনবশিংবু শেৎতুন চাবিরে। মসিদি য়েংজনীংদ্রে মীংসি নারে প্রভু। (পী বোলদু)

এক :— মদু তাইবংপানগি শক্তম্নি, অকনবন মুন্দুম চানব। বিশ্বরূপকি দর্শন্দু মুংঙাইত্র'?

পার্ব্বঃ— শা-ঙাগি তাইবংপানগ মসিগ থেম্নব হায়রবু মথল মথা অয়াম্ব মচুগি তাংন মীন মীবু শুমহৎপদনি। মদু পামজদে প্রভু, সভ্য সমাজগি চাউথৎপ লীচিংদু

একা :— চাউথৎপ লীচিং, সভ্য সমাজ! মদু কন কজব লোন্দা অমনি। মতম্ন, ফিভম্ন, মীগ মীগ থক মাম্নব ঙমদে। থরন মুংঙাইন পাল্লি, মীয়াম্ন য়ান লেল্লি— হিংদবদি

য়াদে। মবুক থন্দবশিংন অথনবশিংগি মথক্ত লাল হৌরি, সত্যাগ্রহ তৌনরি। মরাইবক করব ফিভম চারব কাংবুন শান্তি পাম্মি, ধর্ম্ম পাম্মি— মতাং তৌদুন ধর্ম্মগি মিংদ মীবু পঙথহনবদি তোক্তে। ফিভম অত্তুদ মবুক থন্দবশিংন হিংনবগিদমক ধর্ম্মগি মিংদ মীবু ওৎপ মীবু পঙথহনবদি তোক্তে। ফিভম অত্তুদ মবুক থন্দবশিংন হিংনবগিদমক ধর্ম্ম শিংনদুন আইন থুগাইদুন লুট চৎপ তায়, মী হাৎপ তায়, ঙমদ্রগ থরাইগ লোইনন হিংবগি পোৎলুম থাদব।

পার্ব্বঃ— অফব অচুম্ব, আইন ধর্ম্ম করম্বন কমদোন ঙাক্লগ চৎনরিবা? জ্ঞান তাদ্রে প্রভু?

এক':— "রহসি অতি রহস্যাঞ্চ যৎ পৃচ্ছসি বরাননে" থুপপ্রব খিবিক্তগি খাইদৈ ঙক্লব ৱানি নংন হংলিব অদু প্রিয়ে। অফব, অচুম্ব, ধর্ম্ম, আইন হায়বসি মীৎয়েং মীৎয়েংগ মরী লৈনব ৱাখল্লি। পোৎ হুৱানব ধর্ম্মনি, হুৱান্দ্রবদি হিংব ঙমদ্রবশিংদ। মদু পোৎ মপুদ অধর্ম্মনি, অৱানব আইন কায়ব থবক্নি। মতিক লৈব, মকম চাউব অঙম্বন শেল চাবদি অৱানব থবক তৌবদি ধর্ম্মনি, পুক থন্দবশিংন খিগৎপ অচুম্ব নত্তে, আইন নত্তে।

পার্ব্বঃ— লাইরবন আইন কায়রগ লৌচৈ, জেল। অঙম অথোন আইন কায়রগ দলাল কার।

একাঃ মতুনি বিবি পার্ব্বতী, বিশ্বরূপ দর্শনদগি ভাব তানগদব। মরম অতুন ভাইবং মীন মীচং কন্নব খুৎ লীংনরিব শেন্নরিব রাজনীতিগি প্যাটি কয়া, পোকেট মারগি পার্টি কয়া, পাণ্ডব কৌরব, শিব-সেনা, লছিত-সেনা নাজি ফেসিষ্ট, নক্সলাইট অমদি গান্ধাইট! মীচংবু কল্লবদি ইনাক খুনবগি পুক্কৈদগি কোৎলগ লাইরব ময়াম্ন য়েন্নব, সাম্যবাদনি।

পার্ব্বঃ— অতুবু হুজিক্কি সমাজন ধর্ম্ম অমদি আইন শেমতুন থম্মি, মতম কুইন মীয়াম্ন ইকায় খুম্নরকইব অতুবু শিংনরবদি চদৎনবশিংদু অম্নাবদ তারোইদ্র সনা বুদ্ধি তৌবিয়।

একাঃ— চদৎনবদগি হেন্ন য়ানিংঙাই করি লৈরি? জেলদ থমখিব নত্রগ হাৎখিবন ফত্রাও? কুরুক্ষেত্রদ ভিক্ষা নিতুন হিংব, সমাজগি ধর্ম্ম অমদি আইন হিংনব, থরাইবু কংহনব, মীগি হৌন-লীচৎলাও? হিংনবগি-করিগুম্ব থবক তৌব ধর্ম্মনি পার্ব্বতী, য়েক্নবগি কৈশুমশংদগি চেন্নরব থোঙাকপ হাৎলম্ব পাপ নত্তে প্রিয়ে। য়া য়ামতুন কান্নদেঃ "সর্ব্ব ধর্ম্মান পরিত্যজ মামেকং শরণং ব্রজ, অহম ত্বাম সর্ব্বপাপেভ্য মোক্ষয়িস্যামি মাশুচ।" শ্রীকৃষ্ণন অর্জ্জুনদ মী হাৎলু হায়ব য়ানব তাকখিব য়ানি। ধর্ম্মপুম্ব থাদোক্লগ ঐন হায়ব ইন্নু য়ারুম্মু, নংবু পাপ পুন্নমক্তগি ঐন লানবিনি।

( ঙাংলিবন্থ তান তান ভাবক অনী চংলক্ন ফম্বে, ষ্টেজগি মতাই অমদ )

একা :— করিনো, করিনো ? অহল অনী ?

ভাঃ ১ঃ— ভাবোক্লি ঐখোয়, খর নক্ল তাব ফংনব লাকচবনি, ঋারৌবিব য়াদে। ( খুৎ লোম্বৈ )

ভাঃ ২ঃ— অরানব থবক তৌরুরগ মত্থুগি পাপতুন লাইদ কৎ-থোকপ য়াই হায়বত্থ মুংঙাইমনগ্রত্থুন ওঝাবু।

একা :— পাপ হায়বত্থ পুক্লিংদ নপ্পিব লাইথুংনি।

ভাঃ ১ঃ— কনান নপ্পিবা ?

একা :— ধর্ম্মগি কারবারীশিংন থাজবন গম ওইত্থুন মীগি পুক্লিংদ নপহনব। পাপ পকত্রে থাজরগ থম্মাদ ঈশিং পক্তব-গুম্বনি।

ভাঃ ২ঃ— মত্থুদ ইবুংঙো, পাপতু পকত্রবস্থু হূরান চীম্বীব, ফুরিৎ থাও চপ্পশিংগি থজাইদ থুবাক, নঙ্গন্দ চৈক্ষম পকল্লিদা ?

একা :— মত্থুদি অহল ফেল ওইরগনি, মক্ষম চাউব অঙম অথো কাওব কেল ওইরবদি সস্পেন্ড, ডিসমিস।

ভাঃ ১ঃ— তুমিম্ন লৈম্ন, য়েৎলুখিমু হৌবদ ঙায়রি, লীশাং থাহল্লগ কুরু শুংলব মতমদ চুমথোকসে।

ভাঃ ২ঃ— চত্থবিয়ু, চত্থবিয়ু।

একা :— মুংপাক নত্তব মীদি পুক থম্মব করিগুম্ব থবক তৌব ভায়। চৎপ ঙমদব পাম্বী কাওব মুংশা থিবদ মশা ফন্দোকই, লৈহাও থিবদ মরা শন্দোকই।

পার্ব্বঃ— সমাজন য়ারকপ, চৈয়াক পীয়কপগি য়াদি ?

একা :— নিংথৌ, অঙম অথৌ, খুৎকনব পার্টিন মীগি ফুরিৎ-খাও চপ্প, চৌকি থাংদোক থাংজিন তৌবদদি সমাজতু করিগি তুমিন লৈ, মনা পান্দে, মমীৎ উদে হায়ত্রাও ? করি চৈয়াক পী ? সমাজন অয়ানব থবক য়াইযে, হূয়ান্সে, লুট চংসে লৈবাকমচা পুকথন্দবশা ! দলাল লোঃথৎনব, কায় তোংনব, লৈমশিংগি মঙক্ত সনা মপাল শাৎনব শেন চানবত্র সমাজন য়ারবদি পুকথন্নব হূয়ান-চিঙ্খী থরদি করিগি য়াবিরোইদগে ? লুট চৎসে চদৎনবশা ! ধর্ম্মনে, পাপ নত্তে। (শাওন চংখি, পার্ব্বতীন ইয়খি)

পার্ব্বঃ— চৎকদবনি। (গম গম চংখি)

ভাঃ ১ঃ— ফাবু ফ.বিদ্রবদি কারবারগি জাৎত হূয়ানবন মতোং-লেনা। কোলদ চেং তকপ মহাজন ফাওব অতক-মনগি মথক্ত লক্ষ্মী তুংনব হায়দুন চেং মুং অমদি খৎথনরিবনি।

ভাঃ ২ঃ— তাধন হূয়ানবন য়াম্ব লৈবাক্তদি হূয়ান্দব মীশিংবু কাদোক পীনগদ্র' ?

ভাঃ ১ঃ— কাদোকমক থমত্রবম্থ লৌমীশিং ওঝাশিংবু পাংদবগি নত্রগ তনবগি খাজনা থরদি থীহল্লনি।

ভাঃ ২ঃ— নমথাক লৌনম, হূয়ান-চীঙ্খী তঙ্খিনব স্কুল, কোলেজ, ল্যাইব্রিক, ওঝা লোইনমক হোংব তারেদো ?

ভাঃ ১ঃ— মশান তারবনি, নত্তে, হূরান-চীন্থী, নমথাক লৌনম শেঙ্গা থুমজাগি মতেং য়াওদন ইনাক খুনথিব কয়া য়াওবগে ?

( শনি ঠাকুর অঙাংব শেৎপ, শগোলশেল গুরু অশংব শেৎপ মাইখুম হাপলগ থোরকই— বারী শাহ্নুন )

শনি ঃ— মুহোর একান মুমিৎ ওইরগ ঐথোয়ন গ্রহ মচা মচা শাহ্নুন মাগি মনীং মথা তম্বহ্নদ উংহুন কোক ঙাও-বসিবু মুংঙাইরিব্রা গুরু শগোলশেল ?

শগোলঃ— হিংবগি অর্থসি শিদনব খাংব হায়বহুনি শনিঠাকুর।

শনি ঃ— গুরু ইমানী অমুক শাসন্সি পায়রসিনে ?

শগোল:— ইথক্ক লৈকাং তারকওইদ্রাও ? মীৎত উফুল চংহুন তোক্লবদি ?

শনি :— মাগ তিম্নবদগি মিংচৎস্থ মাংলে, শনি ঐবু হঙ্গোইদব মী লৈত্রে। সাধু খল্লসি হায়রবস্থ মীন থাজদোব লৈত্রে। মতোং অয়াম্ব মান চানিংইব নাপলসিবু খাংব ব্রাদ্রিবাও ?

শগোলঃ— মাবু মাংহনব য়াদ্রি ঠাকুর, ঐগি নংগি লন থুম, মিংচৎ মতম মাংগ্রিবশিংহুগি ক্ষতিপূরণ ষংনব মাবু য়োকখিব তারি ষন মুংশিন্দ্রবস্থ।

শনি ঃ— মাবু কাহল্লবদি মনাদি চাউনি, ইমানীগি ইরানস্থ ঙাক-পিয়ু য়াব য়াই।

শগোলঃ— ঐখোয়ন ভৌথিব কোলেয়াগি মহীকমুক য়াম্ব পাপ-শিংদু কনান কোকপিদগে শনিঠাকুর ? নীংহম্নব ক ম্নদে তাইবংপান পৃম্ববু জয় ভৌব, অমুব ফিরাল হায়গৎপ সহর খুদিংদ নত্রগ অমম্বদ তিন্দুন মাংখিব অসি নত্তুব ঐখোয়গি লম্বী অতৈ লৈতে।

শনি :— ঐখোয়গি থবকসি মহৈ পরপ পরপ য়ালহন্সি হায়-রবদি ধর্ম্মগি লাইরিক অমদি লাইশংশিংসি মৈদ লোইন থাদোকপ কৈ।

(মুহোর একা ফিমু শেৎ, ফিমু হাফসার্ট অম জিৎ, মাইখুম হাপ লাক্লগ)

একাঃ— ধর্ম্মবু মৈদ থাদোকপসি, শনি ঠাকুর, লাইশং মাংহনবন ওইদে কাম্নদে, মীয়ামগি মবুকনিংদ লাংলিব ধর্ম্মগি য়াখলদু মনিল ওইন পাইথোকহনগদবনি। থবক্ত থরাই য়াওনগদবনি, ধর্ম্মন মীবু নংহল্লি, অধর্ম্ম পাম্ব অওম অথৌশিংন মুংওাই য়াইকল্লে হায়ব খঙনরক্লগ ধর্ম্ম মথন্দ শিজখিনি— মৈ থারুদ্রবস্থ।

শনি :— পুলিশকি চৈরাক কিবন হূরান চীন্থিব মশীং ইয়াম্বু য়ামথৎতেনে।

শগোলঃ— য়ামদে হায়বদি হায়ন্নু, মবুক থন্দব, য়ুম্বান কত্রিব, সনা শিনিংব, কার তোংনিংব পেন্দব মী, হূগে লাকে কাদ কাবিম্নু হায়ব ঐখোয়গি মীচং য়াম্ন লৈপ্রবপোৎনি পৃথিবীগি মকম মকমদ।

শনি :— মখোয়শিংদু ঐখোয়গি কম্পানীদ মমিং চল্লব্রাও ? ঐখোয়না সত্যাগ্রহ নত্রগ মুংথিগদ লুট চৎলসি হায়-দুনা কৌব মতমদ লোইনা লাকব্রাও ?

একা :— লাক্লব ঐখোয়না মখোয়বু মমিং চলহনগদবনি—মকম মকমদ মিটিং তৌরুব তাবনি, হূরানবদ মপুন কাদনব মহৈ তম্বিব তাবনে শনিঠাকুর। অতনব মীন তাই-বংপান্দ করি তৌব ওম্বগে ? লুট পার্টিগি মী খোম্ববু কয়া য়ানি— কাব ওম্মোই থাজহল্লবদি ? অহিং অমদ ইনাক খুলহনগে কনা কনানো মমিং চল্লো। মনা মন'দ অমুক্ত তাহল্লু— মী ক্রোড় কয়া লাকনি ?

শগোলঃ— কাদনব মহূরাল, শেঙ্গা থুমজা অওম অথৌশিংন তৌব-গুম— বৈজ্ঞানিক ওইব শোইদব পায়ে লৈরে হায়ব থংলবদি মী য়াম্মি।

শনি :— তম্বিগে হায়বদ ধর্ম্ম কিদুনা য়াদ্রিবস্থ মশীং কন য়াম্মি।

একা :— শনি ঠাকুর, নমিৎতুন খান য়েংদুনা দশাদ তাহল্লু—মীশিংদ। দশা কোক্লব ডাকু থোরকনি, ডাকুন ডা-কাইতি পোকনি, ডাকাইতিদগি চেল্লাক, চেল্লাক্ল ফু-রিংখাও চপ, ফুরিংখাওদগি শেঙ্গাওলাক, শেঙ্গাওদগি উপুশোকক, উপুশোদগি লুট, লুট্রগি উৎপাৎ, নমথাক লৌনম, থাজহল্লগ হাৎপ, .মমা মপা, মচিন মনাও, মরুপ মপাং মরীমতা খাক্লদব, ওঝা গুরু, মুপী অঙাং মুংশিনব থওহন্দব— মপুংকান নীংতম্ব হিংব ওম্বব।

শগোল:— নিংথৌ, অণ্ডম অথৌ, মনাই অচানবশিংন শন্দোরকপ ধর্ম্মনি পেন্দবদগি, ঐখোয়ন ধর্ম্মসি লৌরিবন হিংব ঙম্লব, লুংশা স্বর হোম্লব।

বুধ :— (সুট-টাই) খুরুমজরি গুরুশিংবু ননাইশিং থবক হাপ্লগি ইণ্টরভিয়ু মতম ওইরে।

একা :— খ্বাইদৈ মতিক চাবী অনীদং ঙসিদি— থবক য়ামগ্রে। ( ঘড়ি য়েংই )

( ষ্টেজমেন চৌকি ১সু থারৈ, মাইখুম লৌথোকই ৩দু, সারী শেৎপী ভারতী লাকই, হেন্দবেগ অম পায়রগ কেন )

ভারতী:— নমস্তে অণ্ডম্বশিং।

একা :— চৌকিদুদ ফম্মু ( ফম্মি )

ভার :— থেঙ্ক য়ু সার।

শনি :— থবক তাংলব মতমসিদ থবক ফংগে হায়রবদি থাজ মানবী, লাইবক ফবী অমবু ইনথুরগ মহুৎশিনব ফত্রাও ?

ভার :— ফরিবনে, কনাবুনো ঐন মাইহিং কাহন্দোব মীদুবো ?

শগোল:— নমিং করি কৌই ?

ভার :— ভারতী কৌজৈ।

শগোল:— নমিংদু হোংউ, রাহু কৌরো। মীবু মাইহিং কাহল্লগ নহাক ঙানথৎনব।

ভার :— তোলোবপু চাউহনবিম্নবদি রাহুগি থবক থঙদে,

ডেঙ্গালীগি থবক থওদে বেরা লৈজদে। ইমাম্নবন কার, দলাল, সনরিক, মনাই মশল, ঐ অমদি ঐগি মমীমতান পুকফাও নিংঝিন থম্নদে, অনা অম্নেক, ফদি ফরা........

শনি :— নংবু কন নফি নাম্ন উইদা, নংস্থ শংত্রা ?

ভার :— লম্বীদ মতৌ মান্নব রায়রকপন অয়াম্বনি। থবক নোম্নর শেলস্থ মীওেল্দগি পূজগদৌরিবনি।

শগোলঃ— তোলোব কয়া চাব থবক পাম্মি ? লুপা কয়া তিংব ঙমগদগে ?

ভার :— পামজবদি লুপা ৬০০/৭০০ চাবনি, নত্রবদি মীয়াম থাকপ কোম্নরোই। থবকপু করি করি লৈবিবগে শেলদি পংয়াম য়াম্ন পীজনীংঙাই লৈজদে, চানবিয়্, মুংশিবিয়্—

শনি :— শেল নত্তব করিগুম্ব কনাগুম্ব অমন্ত ঐখোয়দি মুং-শিদে। মচ্চ ভাব তাও। নহাক নহৈবু করি করি হৈ ?

ভার :— বিঃ এঃ দ অহুমলক কেল ওইজরে, লীলা জগোই ঈশৈদদি সেকেণ্ড ক্লাস ডিগ্রী পায়জৈ।

একা :— লাইব্রিক য়াম্ন হৈত্রবস্থ মীগি মতৌ তম্ব, লীলাগি এক্টিং ফরবদি তোলোব চাউব থবক ফংনি। কপ্তুন চাকনিবী শাব, নোকতুন রাণী শাব হৈবী মী য়াম্ন দরকার লৈ।

শনি :— লুপা ২০০/৩০০ চাব থবক, চাকনিব, চাকনিবী, অঙাং

অমদি অহল গাড়ী মপোৎ অম খৈদেন্দ, সহরদ থাদে'ক্লগ শেল নিহনব, চেং নিহনব, মান মান কং-লকপগি তথায় তথায় পীথ্রগ অরেম্বন কম্পানীগি ওইব, মচুগি থবকতু শিনব পামত্রা ?

ভার :— মচু নত্তব অতৈ থর লেম্ব থবক লৈবিত্রা ?

শগোঃ— পাখঙ লৈশাবী নমান্নব থর খোম্মগ জীপ্ত শেল থায়ব, নীব, চেরিটি টিকেট য়োনব— ফজব অরেম্ব থবক্কি মালহল্লগ ইকাইব খঙদব হৈনগত্রা ? মচুন তোলোব ২৫০/৩৫০ ফাওব থাদ কংনি।

ভার :— থর হেম্ন লেম্ব, ইকাইনিংঙাই লৈতব থবক, শেল থর য়াম্ন ভিংলবস্থ ভৌজগে ?

একা :— কারদ তোংচুন চৎপ, লুপা ৬০০/৭০০চাব অচৌব সহরদ লৈব, পাউ অরোনব লৌব, স্পাই ওইব, অচৌ অশাংগ থঁঃনব থবক পামলগস্থ লৈ, নংগি বেগতুবু লুপা কয়া য়াওরিবগে ? মচু উরগ ব্রা ঙাংনসি।

ভার :— (বেগ মারগ য়েংই) পংয়াম য়াম্নদি য়াওজরক্কে, (লিশিং-গি মপুস অম টেবলদ থাদরগ ) মচুন অঙম্ব ময়ামগি অরামন ওইবিরো। (একান থাদরকপগ লাকখি, অনীচুন তঙক ২ য়েংই, মতুংদ লাক্কব মফি শেমচুন লৈ ) ঐন পুজরক্লিব শেলসি কদায়দগিনো খঙবিত্রা ?

একা :— খঙদে, কদায়দগিনো ?

ভার :— পেক্লক লৌ পরী অনীগি পাট্টা অম ব্রাইরগ, মহাজন

শেন্দোই পাম্ব অমদ মপু শাব অমবু য়োলহল্লগ নম-থাক্ত পায়জরকপনি, শেগ ওইন লৈরবদি খঙহৌদন লোইখিনি হায়ত্নুন অওম্বশিংদ ডিপোজিৎ তৌজরগ থবক লুপা ৫০০ চাব অমত্তং তৌজনীংদুন।

একা :— মতু য়াম্ম কৈ, শৌশিং লৈবী, লুপা কয়া য়াওরকই কদায় ?

ভার :— শিশীং ৫দংগ য়াওজরি।

(মপুন ২/১ থাদরকপদ একা অমদি শগোলশেলনা লাকখি, শনিন শোইহৌরগ অকোনবদ থাদব অমত্তু উচিন্নাচিন লাকই।)

একা :— নমিং নথা লৈভম মেনেজরদ ইত্নুন পীরম্মু। থবক্তি অকুপ্প মরোলসু মঙোন্দ হংউ। হয়েংদগি অয়ুক পুং ১০ দ কারকউ।

ভার :— থবক্তি কার তোংব, লুপা ৫০০|৫০০ থাদ চাবনিকো ?

একা :— শোইরোই কব্রিমত চিংনম্মু।

(মহাক নমত্তে তৌরম্মগ চৎথি মাইকৈ অমদ, কোলীং বেল থিংবদ নাকল অমদগি মাইপাকপী বীত্তৈ ফনেক্ত কেরগ হেওবেগ অম পায়ত্নুন চংলকই, নমত্তে তৌরে।)

একা :— চৌকিত্নুদ ফম্মু মৈরানবী।

মাই :— ঐগি মিং মৈরানবী কৌজদে।

শনি :— করি কৌই অত্নুদি ? নশকতু অমুক উগ্রবগুম তৌইনে।

মাই :— মাইপাকপী কৌজৈ।

শগোঃ— মতুগি মিংতু য়ারোই ঐখোয়গি কম্পানীদ থবক তৌগে হায়রবদি। নংগি নমিং কেতু-কৌব তায়, নম্বরন ৩৮।

মাই :— করিগি কেতুকী কৌবিদৌরিব ঐদি লৈরাংস্সু নত্তন।

শগোঃ— কেতুকী নত্তে, কেতু হায়বনি। নং থবক কংদতুন ঐখোয়গি কম্পানীদ ভুং ভুং ভংদুন উংদুন লৈতুন চৎলকইব কুইরে গ্রহ, উপগ্রহশুম— মরম অদুন কেতু, রাহুশুন্ব।

মাই :— মদুদি চুম্মি। থবক ফংনব, য়ুমপানব খঙনব, লৌ-ইখোল, লন-থুম, লিক-কোপ লোইন বন্ধক থমগ্রে। ঐন কম্পানীসিদ সিদ্ধা থিঞ্জখিব মচিৎ মচিৎ লুপা ৪,০০০ শুগ্রে। হন্দকপু থবক হাপ্লিদ্রবদি ঐবু হিং-চাবীনি হায়বিসু, ঐ মদুপ ময়ব থবক পায়জরনি।

এক :— নহৈ-গি নরমচৎকি সার্টিফিকেট ?

মাই :— লীলাদ বিঃ এঃ জগোই ঈশৈদ ওনার্শ। য়ুম পাঙ্গদ্রি মিপা ইস্তিক চাব লৈতদুন! অকিস্ত সার্টিফিকেট লোইনমক পীজগ্রবনি।

শনি :— লীলাদ বিঃ এঃ পাস তৌরব নংন হুজিক ফাওব ৫০০। ৬০০ চাব থবক অমদি গেজেটেড ওফিসারগি মুপী ওইব ফংদ্রিব করিগিনে ?

মাই :— থবক নোম্লব শেল মথৈ কমপানীসিন হাংপিগ্রবা। অচৌ অশাংব অউ-পোৎ য়াওদ্রবদি হায়তুন থাংইব।

শগোঃ— ইনাক খুনবী অমন লুহোং-খোংদোংব চৎখিদ্রৈদে মহাক শাদুন তাল্লক ময়ুবদ চংলগ ইনাক খুনব য়াত্রঃ লীলা হৈবী?

মাই :— ষ্টেজদ উৎপ লীলাদদ হৈজবনি।

সগোঃ— মত্তুন নং বিঃ এঃ দৈ হেন্দবনি। ভাইবংপানগি ষ্টেজদ মীতৌ তমত্তুন মীচুৎ ফজন শাব হৈরবদি এমঃ এঃ ইনাক খুনবী ওইগদবনি।

মাই :— ঐগি থবক কদৌঙৈ পীবিনি। ঙসিবু অরেপ্প অম তাকপিদ্রবদি ঐ হল্লোই খঙঙ্।

একা :— নংগি বেগতুদ করি করি য়াওরি?

শনি :— নংগি থবক ঐন পীগদবনি, বেগত য়াওরিবত্থু ঐঙোন্দ খঙঙ্।

মাই :— করিসু থোইন য়াওজদে।

শগোঃ— পুথোরক্লো য়েংলসি।

মাই :— য়াওদে হায়রমক্তদ য়াদ্রবদি (ছুরী অরংব অম লৌথোরক্লগ মথুৎন পায়, বেগতুন মেজদ থম্মি, ফিভম ভোত্তুন লৈ।) ঐগি থবক পীরো নত্রগ শেল হল্লো! নখোয়গি নমথাক লৌনমত্থু খারে।

(বেগতু মন্থুংদ পায়তুন য়েংবদ থ'ই, মেজদ হৈদোকপদ লীন ওইরমত্তুন থংনৈ ঙক্লে।)

একা :— ইমুং কয়াগি, আফিস কয়াগি অরোনব পাউ পীব, সেক্রেট সার্ভিসকি এজেন্ট, মীগ খঙনব চান্নব অত্থুগ হাৎপ য়ানব লম্বী থিব, কার তোংতুন কোয়ন চৎপ, লুপা ৫০০ চাব পামত্রা নত্রগ শেল হনবিরোরা? শেল য়াম্ফাত্তুন থর থাংবনি।

মাই :— কারদি কম্পানীন পীবিগদ্রা ?

একা :— পীগনি, থবক হয়েংদগি পায়ব য়ানি।

মাই :— শেল কয়া হাপখো হায়বা ?

শনি :— লিশীং অনীদং হাপখো, ঐঙোন্দকো। মেনেজর উয়রু হয়েং অয়ুক পুং ১০ দ ঐবু থিরকউ।

মাই :— থেঙ্ক ইয়ু, মসি পাম্বিদ্রবদি ঐ পুজপ্রগেকো। ( মোক্লপ লীন হাপচিনখি )

শনি :— মদু হৈনদে হায়। ( কি ) [ চৎনখি মহৈ মহৈ ]

ভাঃ ২:— লীন পুখোরকপদ শেঙ্গাবশিংন খংবদু পেল্লিদা আহংব অহুম পুথোক্লগ তাম্নহল্লবদি মুংঙাইদৌব।

ভাঃ ১:— পুন্সিন লীলাদৈ হেনবনিন অশেংবদি কদায়দৈ। শনি শাবন লীন্দ খঙবদু ঐদি ওক্লে লীপাগিদি।

ভাঃ ২:— ঙাইখো তাধন, মখোয়গিবু থাবান থিরকত্রিব সরকারন ফাবিদ্রিব করিগিনো ?

ভাঃ ১:— একা শারিব শনি ঠাকুর, শগোলশেল গুরু শারিবশিংদু লঙ্কাপুরগি অঙম অথৌ মকম চাউবশিংঙাক্ক ওইরমগদ্রা হায়বনি। মশক খঙদ্রাও ?

ভাঃ ২:— মশক্তি মুম্ন খন্দে, ওইরম্বসু য়াইনে তাধন। নত্রগ অঙম্বশিংগ থানাগ মথোয় অমত্ত ওইব শেল য়েন্নব ! হা?

( বুধ লাকই— মুপীমচা অনী লোইনদুন )

বুধ :— নখোয়নী নয়ুম পাম্দ্রিবী নহা মচা ঙাক্লনিকো ?

২মকঃ— মাখি ছোয়, তাইবুংঙোবু।

বুধ :— সুপাবু থবক নোমহল্লগ হুহিংথোই রাণীগুম য়ুমদ কমদুন চাগেদি হায়দন তোলোব চাব পাম্মুরিব করিগিনো ?

রাহু ঃ— অউনপোৎ ওইন, সুংশিব খঙদব থোইমু কনাগুম্বন উবিনব হায়দুব।

কেতু :— তাইবুংঙোবু য়ুম পানবিত্রিত্রাও ?

বুধ :— ( খংলগ ) হায় করিগিনো ? সুপী ২।৩ রক্তি চেল্লুরে, থম্ফম নৈতহুন মমা মপাদ পীথোকপ্রে। লুপা কয়া কয়া চাব থবক্লো নথোয়নীন তৌগদৌরিবসি—শেলন কয়া কয়া চনশিনগ্রে ?

রাহু :— ৬০০ চাবনি হায় তোলোবতি, ঐন কৎশিনখিব শেলদি লুপা লিশাং ৬ শুপ্রে।

কেতুঃ— ঐগিদি ৫০০ দা চাবনি, লুপা লিশীং ৪ দি চনশিনগ্রে য়ামদে অম অনীগ হাপখো হায়রি।

বুধ :— হায় হাপপুরম্নু, মীরক্তি তিন্দন খৈদেন পাউদ থবক নোম্ব শারহুন। নথোয়ন পীশিনখিব লুপা লিশীং ৫।৬ ভুদগি নথোয়গি তোলোব তথায় চনব ফাওব পীদৌরি-বনি। ভাব তারিত্রা ?

রাহু :— লিশীং ৬কি তথায় অদুদগি ৬০০।৬০০ থা ৫ থবক তৌহল্লগ পোথাব, অরেম্ব ৩ হুদি ?

বুধ :— অরেম্ব অহুমহুদি কম্পানীগি শরুক, থা ৫ গি ট্রেনীং অসিদ লুপা লাখ ১।২ কংনব তাপ্পহৌগদবনি, নহেন নরৌশিংন।

কেতুঃ— পার্মেনেণ্ট নত্তব থবক্কি অদুক য়াম্ন শেল ভিংলুবদি, ঐখোয়বু অহল লময় করি হায়দগে, থা ৫।৬ কি মতুংদ দিসমিস! য়ুমদ অহল লময় চংকন্দব তারে। তাই-বুংঙোখোয়গি শঙ্গাইবু থর চাউত্রাও?

বুধ ;— হায় কদায়দৈনো, মীগি কা পিকত্রব অমদ ভারা পীরগ উচিদৌন লোয় থুপ্ন লৈরি পোৎনি।

কেতুঃ— অদুদি থা ৫।৬ কি মতুংদ করি চাদুন কদায়দ লৈরুবা? মরী মতা মরুপ মপাং পূম্ব পুক থনফাত্তব, ময়ুম মকৈ, মক্কি-মরোল মথোঙ চাদব ঙাক্ক।

রাহু :— থা ৫।৬ সিদ লুপা লাখ ১।২ ফংনব তানব হায়বহুবু —তাইবুংঙো, সনা লুপা থোকপ চৌংদগি হেক্ক পেক্ক-দবজাৎলা?

বুধ :— নরৌশিং লৈজরবদি চৌংদগি পেকপন হেম্ন ব্রাব থবক্কি। সনা, গঞ্জা, কানী, মু মাৈরৈবাক্কগি পুরক্কগ য়োনবশিং অমদি মথোয়বু ফাব এক্সাইজ আফিসারশিংগ মরী লৈনগদবনি। হৈজ-শিংজরবদি নোংমদ ইনাক খুল্লে, থবক অমুক ভৌরুডুন করি কান্ননি।

রাহু :— কনানা ভম্বিডুন হৈজ-শিংজদৌরিবনো?

বুধ :— মদুগুম্ব বিদ্যা মথল কয়া ভম্বিনব হৈর হৈরব প্রো-ফেসার লৈ, থা অনিদ লোইন ভাব তানি। মীবু মুৎহনব নংন হৌদোকপ— মহুদ পাম্মু থরাইতানা।

কেতুঃ— ঐগিন করি থবক পীবিগদবা? কায় ভোংডুন চৎক-দব থবক্কি হায়য়ে।

## হিংব তায় করিগুম্ব পাষৈ

বুধ :— নংগিদি মেমা অঙম অথৌ মহাজন মতিক লৈবশিংবু থনব, থাজহনব অত্নগ মরল হাংপ তারবস্থ পাম্মুদব মীগি থবক নোম্বিরগ শেল হাংপ, ওক্তবশং থককম চাভম, জুল্লার শাম্নকমশং শিংথংপ মীবু মিহৌহনব কল্লকহনব ........এদডরটাইজ তৌব তম্ব।

কেতু :— মীঙোন্দ থবক হাপ্পিগে হায়দুন শেল চারুরগ থবক জীব ঙমদ্রবদি মীন ঐবু হাংকে হায়রৌইদ্রাও?

বুধ :— শেল থোরুব থবক য়াংপ লৈতে, তৌবিনব মীন য়াংতুনতা তোল্লদৌবনি। শেলদ হান্ন নথুং চন্নব লাকনৌ, সহর অমদ থবক হোংখিব য়ানি। শেল লৈরবদি করিগুম্ব মকমদ সুংঙাইকুব য়াই।

কেতু :— তামোদি তোপোব কয়া চায়, করি থবক তৌবিরি?

বুধ :— মসিগি অঙাংসি ঐগি মরমদ পঙথিদ থিগংলকইহায় করম্নো! ঐদি তোপোব চাউদে, থাদ লিশীংদনি, অচারমস্থ কয়া লৈতে। মুপী ওইন থোংন নৌন পোকপী নথৌয়দি নরাইবক কবনি, তোপোবকি মথক্ত শেললেম থুম্নব লম্বী য়াম্ন লৈ।

রাহু :— তামোন তৌবিরিব লুপা লিশীং ১ চাব থবক হায়হুবু করি থবক্লো?

বুধ :— নংস্থ ইবেম্ম থিগংপ য়াওরত্র? ঐগি থবক্তি, থা অমদ মী অমত্তং হাংলগ লোইরে, কমপানীগি হুম্মন অমত্তং। অত্নগ—

কেতু · (খংর) মী অমত্তং হাৎপ থা অমদ !

বুধ : মড়দি অরাইব মুংঙাইব থবক্নি, লমন খুম্বনি—ঐগি মরীমতা মরুপ মপাংশিংবু নংহনবগি। ঐন তল্লিবদি অনৌব থবক তৌরব নখোয়গুম্ব ১০০। ২০০দ লেকচর তৌবনি, নোংমদ ক্লাস অম অনী লৌব ভাবননি। ঐহাক এসিষ্টেন্ট প্রোফেসারনি।

রাহু :- লাইরিক্তি কয়া য়াম্ন করি পাশ ?

বুধ :- আইন কায়ব থবককি খিওরী অমদি প্রাক্তিসতা এমঃ এস সিঃনি; মী হাৎনব শোইদব অরাইব পাম্বৈগি মরমদ থেসিস অম ইরি, মী ১০শুনব হাৎপ ভারি, ৬তি শুরে হুজিক। থেসিস অসি পীগ্রগ ডাক্তরেট ফংল-বদি ঐ প্রোফেসার কানি, লেকচরদ তৌরগ লুপা শিঙ্গীং অনীরোম চানি থা অমদ।

কেতু :— লাইবক ফবিয়্ ঐখোয়বুদি হাৎপিন্নু।

বুধ :— নখোয়গুম্বী মীচম হাৎকদব নত্তে, নখোয়গুম্ব মীচমগি য়েক্লব, মীওৎপশিংবুদ খন্দুন হাঙ্কদবনি। ঐ থেংঙ্রে। (চঃখি)

রাহু :— থবকসি তৌগদব কিজরে, শেল হনবিরো য়াগত্রাও ভামো। (ফ রগ)

বুধ :— কমপাণীদি হন্দোকপগি থবক তৌদে, লৌশিনবদনি মখোয়দি। থবক ফংদ্রিব শেল নিংথিন থোক্তিব পুম্ব ঐখোয়দ লাকখিদৌব ভাক্তনি। অঙনব নখোয়

নরাইবক ফবনি। নীংহুমগনু কাম্নগদব থবক ভাকুনি অপঙবীশা। (চৎখি)

রাহু :— করম্নো ইমানীবো? হরে, হরে!

কেতু :— মীদি য়াম্ন পুংঙাইখিব য়াওম্রে মখোয়গি কনপানীগি মতেংন। লাইবক য়েংলুরবনিন শেল মাংদনব হোৎনব ভারে। ইমান ঐবু অশেংব খঙলবদি-হা-হা!

রাহু :— নীংব থুংদন মরক ময়াদ মীগি চগৌ য়েংহুন হিংদৌবৈ শরুক তাকুবী ওন্দুন সুংঙাইন পানব য়াব্রা। য়েংব তারেদা।

কেতু :— মখোয়গি থবকসিবু খঙদেনে, হৈবু হৈনগদ্র!

রাহু :— উফ্ফা চাব, তন চাব হৈরমদব লঙ্কাপুরবাসী ময়াম রাবন্ন য়েনবদ চানখিবহু কাওরবাও? লঙ্কাপুরবাসী ঐখোয়দি মহিরাবণগি মায়াহু তমদব য়াদে, হৈতব য়াদে হিংগে হায়রবদি। ধর্ম্ম লৈব, পুকচেল শেংববু কনান লঙ্কাপুরদ লক্লদব য়াওবগে?

ভাং :— ইচাশা নখোয়বু অহল লমন মরীমতা লৈত্রাও? নখোয় নশা নশান থবক থিব, শেল পীজবহুবু চহি মতাংহুদ শোইরোইদ্রাও?

কেতু :— অহল লমন্ন থবক থিবিবদ হাৎখিব শেলসি ফন য়াম্মে ইপল, অঙাংগি পুকচেল অহলনসু খঙবিদ্রে। অহুন ইথুৎ ইথুৎন লাইবক য়েংজরবনে। চদৎনহুন শিব হায়ব লাইহুন ডাকুশিংদগি শাথীবা হেল্লে।

ডা২ : শাওনু, ইপলখোয়ন হায়বদি শোইরগ মীন হৈমল শিংমল্লি নহানবু হায়দুনা কল্লক পেম্নশিনি হায়বনে।

রাজু :— ইপল মতমসি মুংশিব খঙ্গন্দ্রে, থাজব লৈনদ্রে, মতুন মুকণ্ড্রবীগুম অকিব খঙদন পাইথোকচংক্লব। খাংব কুইরে, ঙাইব ব্রারে, মীগি মতেং থাজদ্রে। ইম্‌মবগি মরক তিনব ঙমদবগি শরুকপুদি মরল লৈব মীহাৎপগী অতোপ্পী ওইজরগে।

ডা১ :— থাম্মুরম্মু তুমিন্ন লৈয়ু। মতম্মনি য়াররোই। মশান মশাবু ব্রারকচব তশ্বিজব নত্তন কনান ভাকপিব লৌররোইদবনি।

ডা২ :— কুম্মে য়েংলগ লোইরে মতমসিদি।

(মপী অনী বাথল তৌত্রুন কম্মি, ইবোপিশক ১ মকি মোল্লপ থবক থিব লাকই)

ইবো ১:— ইবেম্মখোয়, ব্রা অমত্ত হংজগে? মুব্রাইদ তোলোব ৩০০/৪০০ চাব থবক য়াম্ন হাংই হায়ন ভ'জৈ। কনাগ ঙাংনদগে?

রাজু :— ঐখোয়গ ঙাংনরগ অপাম্ব থবক, পীবিব ভম্ব শেংগি মতুংইন্ন থোকনি। ডাকুগি রিজনেল কম্মাণ্ডর মুহোর এক মমিং তাবিব্রা।

ইবো ১:— ভাজৈ হোয়, মশক্তি উজদ্রি, মতিক্তি চাউই হায়দা লৈতব লাইরমগি মপানি হায়।

রাহু :— মসিদ লেংশিল্লিবী ইবেম্মসি, মুহোর একাগি অতোম্বী ৭শুবীদুনি মান য়ারগ লোইরে।

কেতু :— ব্রা ভাংলিবীদুন শনি ঠাকুর হায়ব এক:গি ভমথংদুগি ১:শুবী অতোম্বীনি। মান হাপ্প ভমদব থবক লৈতে। শেলবু কয়া পীব ভম্বজাৎনো নংবো?

ইবো ১:— তোলোবপু লুপা ৩০০ চাহনবিগে হায়রবদি লুপা লিশীং ৩ কৎচগে। থবকপু করি করি থবক হাংলিবগে?

রাহু :— নংন পাম্ব থবকপু করিনো? লুপাদি লিশীং ৪ তারে, হন্দক নোং তাবদগি থবক থর চিংশিনগ্রে।

ইবো ১:— ঐন পামজব থবকপু পীবিনি হায়রদি ৪শুন কৎচগে। থবক্তি ভাৎত ঐন পামজবসি লঙ্কাপুরগি মিউনিসি-পালিটি এরিয়া মনুংদ চেরিটি টিকেট য়োল্লিব, করি-গুম্ব কান্নব থবক্তি মমিং হায়জিন্দুন দান নীব চৎন-রিবসি ঐন লুচীংদুন কেশিয়ার ওইন চৎচগে?

কেতু :— মদুগি থবকতুদি চহি অমমমদ লিশীং ৫দগি তান দিংশাঙ্গিৎ থমদব য়াদে, অথোকপ শেলগি ১০০দ ৩০ নংন লৌব য়ানি। দান পীদব মী নংন তাক্লকপদু চয়োল ১গি মনুংদ লঙ্কাপুরদগি তাম্মোক্কনি ঐথোয়গি কমাণ্ডরন।

ইবো ১:—থেঙ্ক ইয়ু, ঐগি মগাজনগ অমুক্ত তান্নজরুখিগে! (চৎখি)

রাহু :— কুইননি য়াদে, ঐখোয় থেংগ্রে।

কেতু :— অক্'ব শেল মথৈ ইমানীন হেক্ত পায়ব তারেকো?



র'হু :— অৰ্কং অকংব লাক্লবিন, কম্প্যানীগি নিয়ন্নি।

(ইবোপিশক্ত মহাজন অচৌ চহি ৫০ দ মশা নাল্লিব পুরকই। মুপীমচা অনীহু উবদ পাৰন নূন মূন য়ে'ই।)

ইবো ১:— মাইবুংঙো, ইবেম্ম অনীসিনি, কম্পানীগি থবক পুন্ন-মক হাপ্প উপুগি শো পা৷রিবসি। ডিরেক্টর পূন্নমক মখোয়নীন হায়রগ লো'ইরে।

অচৌ: — থবক হাপ্লিবগি ইবেম্ম অনীন লুপা কয়া লৌবিগদব ?

রাহু :— অহাপমন্দি শিশীং অমত্তন ইমানীন' য়েন্নরগ য়ানি। লুপা ৩০০ চাবগিদি দিপোজিৎ লিশীং অহুম থম্বিব তাম্ন। থা অহুমগি মতুংদ কম্প নীগি স্কুটর তোংব য়ানি থবক কোয়ন চৎনবদ।

অচৌ:— থবক্তি করি করি থবক্লিনা ?

কেতু :— সেলসমেন ওইগে য়াই, ওর্ডর খোম্ব, কেনভাসর, লক্ষ্মী পূজাশংগি মেনেজর।

অচৌ:— লক্ষ্মী পূজাশং হায়বদি ?

কেতু :— জুৱার শান্নশংগি মেনেজর, অ১া-অথক সপ্লাইয়ার তাস, লগাও, হাউসী শান্নভম পান্নব। ৩০০ চাব থবক ঙাক্তনি।

ইবো ১:—মিউনিসিপালিটি এরিয়া মন্নুংদ চেরিটি টিকেট য়ে:নব দোনেসন চৎপগি লুচিংব ওইবসু ৩০০ নত্রা ?

রাহু :— অপান্দদ তৌব য়ানি, তোপোব মান্নব ঙাক্তনি।

অচৌ:— ইবোপিশক, আমিনগি থবক্তি পামদ্রা? মদুম্ব কাম্নবনি হায়।

কেতু:— আমিনগি থবক পামলবসু অমত্তং হাংই, লোক্তাক থোংবান্দ লৌ নিনব ঈশিং শিন্ডোক্লগ।

ইবো ১:— ডোনেসন খাম্নবগি থবকতু ভৌজগে। লুপা লিশীং ৩ দিপোজিৎ থমদৌরিবদু চহি অম লৈরগ হন্দোকপিগদব নপ্রা?

কেতু:— করিগি হন্দোক্তনি চহি অমগি মতুংদ।

অচৌ:— দিপোজিৎ থমদৌরিব লুপা লিশীং ৩ দুগি রসিদ ককপিগদ্রা?

কেতু:— শেলন হুজিক থিরম্মো, পাকা রসিদতি হয়েং পুং ১০ তাব অফিস মতমদ ফংবিনি। ঐখোয়বু থাজবিদ্রাও?

অচৌ:— করিগি থাজদদগে ইবেম্মখোয়বু চৎনবীদু থজদবগি হংজবনি।

রাহু :— তাইবুংঙো, ঐখোয়গিসিদি থাজনবদ থবক পুন্নমক তৌনব ওাক্তনি।

অচৌ:— ইবোপিশক, নবুক লেপ্লেকে?

ইবো ১:— মাইবুংঙো শেল থিবিরো, অশোইব মী নত্তে, ইবেম্মশিংসি।

অচৌ: — (লিশীংগি মপূন ৪ পুথোক্লগ ইবোপিশকপু পীংল্লি)

রাহু :— (অনী অনী পায়রগ) মিংবু করি কৌবিবগে?

ইবো ১:— ঐহাক শোইবম ইবোপিশক কৌজে।

রাহু ঃ— অপোকপগি মিংদি ?

ইবো ১ঃ— শোইবম ওংবী থম্বাল্লৈ দেবী।

রাহু ঃ— বাজিগি মিং ?

ইবো ১ঃ— শোইবম অহঞ্জাও সিংহ, পোৎশংবম বস্তি, মমাং লৈকাই। (কেতুন চেদ ইশিল্লি)

রাহু ঃ— হয়েং অযুক পুং ১০ তাবদ কাবিরকউ। অফিসারগ শক খঙনবা।

কেতু ঃ— স্কুটর তোংব হৈবিব্রা ?

ইবো ১ঃ— হৈজদে, নোংম তম্বদ হৈজনি।

কেতু ঃ— মতুদি পরপ পরপ হৈদোকউ। ঙসিদি হনবিব য়াবনি।

(অনীহু নমস্তে তৌরম্মগ চৎখি)

অচৌ ঃ— নহারোল অতৈ থবক তৌনিংব খর পুজবকপ য়াগদ্রা ?

রাহু ঃ— শেল পীজববু মলবদি থবক অনী অহুম থকমু হাংই।

অচৌঃ— য়াম্ন নুংঙাইজরে, হজবে।

বাহু ঃ— ফনি (চৎপ্রগ) খবদি হগ্রিল্রেদনা ?

কেতু ঃ— ম্লক্রিগি মী অনা অনী হাল্লংদি পুপ শিশং ৭/৮ দি কোম্ন তানিকো।

রাহু ঃ— থাদদি লুপা লাখ ২ চাইন শুইদকো। (হবাওন চৎখি)

কেতু ঃ— থা ফারগ তোলোব পীবো হায়রবদি ?

রাহু ঃ— মাগ উনদনব লংকৈদ নৈশ্রগ লোইরে। (নোকমিন্নহুন চৎখি)

ভাঃ ১ঃ— তাইবং মীগ মীগ থাজনবসি স্থম-স্থম হস্থরকপ তারে।

ভাঃ ২ঃ— থাজবগি মথক্ত শেল অক্তক য়াম্ন—শকচু মুম্ন খওন-দব মীদ পিশিল্লুবসিবু করি মীনো —কন ওকই। নংজব হায়বক্ত মশান তাবনে।

ভাঃ ১ঃ— শেল চাব হায়দুন লেংম্ন য়োৎনরিবশিংদু অমম্বদ অম্বুম্ন তৌব ওাক্ত ওইরমানে।

( ইবোপিশক নং ১ ফিজেৎ (১) গ চপ মান্নন শেৎলগ মীগি মমিং মথা ইব বহি ১ পায়রগ বুধগ ম্বারী শাক্তুন লাকই। )

বুধ ঃ— ইবেম্ম অফাওবী অনীদুন নঙ্গোন্দ করি থবক পুহল্লি হায়রম্বগে ?

ইবো ২ঃ— ম্যুনিসিপালিটি এরিয়াদ নহারোল খর খোম্মগ করিগুম্ব অম হায়জিন্দুন চেরিটি টিকেট য়োল্লু, দোনেসন খোম্মু তাকপি।

বুধ ঃ— লুপা কয়া পীগ্রে, তে'লোব কয়া চাহম্লি হায় ?

ইবো ২ঃ— লুপা শিশীং ৪ পীজগ্রে, মহাজন অমদগি পূজরগ। তোলোব থাদ ৩০০/৩০০ পীবিনি হায় মাইপাক্লব থবক মতৌদি ওঝাদ হংউ তাকপি।

বুধ ঃ— আফিস তোঙাব তোঙানবদ পিঃ ডব্লিউঃ ডিঃ, মেডি-কেল হোস্পিটাল, ইডুকেশন ডিপার্টমেণ্ট নক্রগ অরাং দোকান, মখা দোকান নোংম নোংম এটেক তোগ-দবনি। পাথং নৈশাবী, অহোংব ১০/২০ পুগদবনি

—হাজিরা পীড়ুন। কীপা নত্রগ সিনেমা টিকেট শারগ পুগদবনি। লৈবাক নীংবশিংগি উৎসবনি হায়ঙিল্লু, ꯁিংশিং ফুর নত্রগ লাংত্রেবী শানবনি হায়ঙিল্লু, নত্রগ মমা মপা লৈত্রব অঙাংশিংগি অনাথাশ্রম লাঙোলদ লিংখৎকনি হায়দুন অৎম্ব দান ৫০ রা ১০০রা কৎলু হায়য়ু। ভাব তারব্রাও? রাখল ভৌরগ থোক্তব লৈব্রাও?

ইবো ২ঃ— য়েস, সার— ভাব তাজরে ওঝাবু।

বুধ ঃ— অৎদি মুংদাং নংন খায়কব শেলদুগি হিসাব ঐহোন্দ শেংদোক্লো। শেল য়াম্ন তানব লৌশিং অতৈম্ব ঐ অমুক তাকে, নংম্ব খল্লু। ঐ চৎলে, খবক অতৈ লৈ। হায়গি টিকট অমনব উপুদ য়াওরম্ব য়াই, মুপী অনীদ্র কারব্লগ মখোয়দগি লৌখো। ( চৎখি )

ইবো ২ঃ— য়াম্ন মুংঙাইজরে, থেঙ্ক ইয়ু, প্রোফেসার। ( ফম্মগ বহিদ নোট খর তৌশিল্লি। )

রাহু ঃ— হেল্লো মিষ্টর ইবোপিশক, শুগ্ন কারব্রম্মেদা।

ইবো ২ঃ— নমস্তে ইবেম্মশিং ( খোগৎলগ মখুৎ লোইম্নে )

কেতুঃ— করি করি ইবিরম্মিবনো?

ইবো ২ঃ— প্রোফেসার বুধগ্রহন তাবপিদুন চেরিটি টিকেট য়োনব চৎচব ত রে বাজারদ অমদি আফিস থরদ। টিকেটন ইবেম্মশিংদগি ফংগনি হায়রবি। ঐন শুকইবদি ঐগ

চৎমিন্নব পাখং মচ লৈশাবী মচা হাজিরাদ লোগ-
দবসি কদাঃদগি কংগদগে ১০/২০ দং ?

কেতু :— স্কুল, কোলেজদ লাইব্রিক তম্মিব ছাত্র ছাত্রীশিং অত্নক
য়াম্বদগি ২০দং খোম্বু কয়া ব্লাগদগে ?

ইবো ২:— লাইব্রিক তম্ব কারকপশিংদুনবু য়াবিগদ্রা ?

রাহু :— ভায় নং, য়াম্ন পঙসিদ ! লাইব্রিক তম্ব লৈথোকপ ক্লাস
চংদব, লক্ষাংদ পোৎয়োনবী মনাক্ত, খোংনাং মরুমদ
ফিরুগো স্কুল কোলেজশিংগি কম্পাউণ্ড মনাক্ত।

ইবো ২:— শেল খায়ব, টিকেট য়োনব চৎলুসি হায়দুন হৌরুবদ
শাওরক্লোইদ্রাও ?

কেতু :— ইবোপিশক ইবুঙো, নংন নহাল মখে থবক কংদন
লৈরম্বসিদি নতিক চাবনি হায়—নত্তে, পঙখ্রে হায়বনি।
য় নব হায়য়ো, সিনেমাগি টিকেট অমমম ককচগে
হোটেলদ চাম্নু লৈজগে, ইতুং ইনবিয়ু দোকান্দগি শেল
খিৎত থৌজগে হায়য়ো।

ইবো ২:— দোকান্দগি শেল থোগে, ইতুংদ খর পেম্লিয়ু হায়রুব !
অঙগ ঐন—

কেতু :— মখোয়হু দোকানগি খোঙ্গান্দ লেপহল্লো, নংন দো-
কান্দারগ ঙাংনরো— লোম্ন, চেরিটি টিকেট লুপা ৫ গি
১০ গি অম লৈয়ু হায়দুন ভাব ভাব্রিবাও ? লুপা
১০০ কংলগ লুপা ২০ দং পাখং লৈশাবীশিংহুদ পীদুন
সিনেমা য়েংহল্লো নত্রগ হোটেলদ চাহল্লো। ভাব
ভাব্রিবাও ?

ইবো ২ঃ— ভাব তাঙবে, টিকেট পীবিবো চৎচরগে।

রাহু ঃ— ছহাক্ত ভাইখো। ( চিঠি অম পারি )

( ইবোপিশক নং ১ কারকই হরাও হন্নাৎ, নং ২ গ ফিজেৎ চাকচা চপ মান্নরকই। )

ই ১ ঃ— নমস্তে ইবেম্মশিং, ঐবু থেংগ্রবরা ছসি ? টিকেট য়োনব চৎঙিন্নব নিপা মচা সুপী মচা খর হৌরকপদ থেং-দোকগ্রে। টিকেট পীবিরো চৎচরগে।

কেতু ঃ— কনানো ? করি থবক্কি ওইরবনো ?

ই ১ ঃ— ঐবু কাউবিরব্রাও ? ছরাং দক্ষিনা অমদি ডিপোজিৎ লিশীং ৪ কচ্চরম্ব ঐবু খঙবিদ্রবাও ?

কেতু :— যেংউবে ইতা, মসিগি নিপাসিবু মখক খঙ্ব্রাও ?

রাহু ঃ— কনানো নংবো ? কৈদৌরবগে ? কনাদ করি পীরম্মি হায়বা ?

ই ১ ঃ— ছরাং ইবেম্ম অনীদ ঐন মহাজন অমদগি ইথোল বন্ধক থমজরগ থবক হাপ্পিনব লুপা শিশীং মরী পীজ-খিবন্থ কাউবিরব্রাও ?

রাহু ঃ— ঐখোয়দ ছরাং শেল পীবদি সিদ ফম্মিব ইবোপিশক ( নং ২ দ ) হায়বসিদনি। অতৈদি পীখিদে।

কেতু :— মানি, মহাক মথন্দনি।

ই ১ ঃ— করি ব্রানো মী শিনদোব ব্রাহুবু অন্থক লাইনা ভাংইবন্থবো ?

ই ২ :— ঐগ শক হায়রপ মাম্নে হায়দুন ঐগি থবক মুনবদি কদায় য়াগদগে? ওরাং মহ'জন্দগি লিশীং ৪ পুরগ ইবেম্ম অ-ৗসিদ পীভবহু ঐ নত্তে, অদোম্নি হায়ব ওন্মি-বহু থব্রাইবু কয়া পানবিবগে? মহাজন্দু সাক্ষী লৈ, নমথাক য়ায়াই ভায়া।

ই ১ :— অদোম্বু করি মিং কৌবিবগে? কনান পোকপনো? করি লমদগিনো?

ই ২ :— ইবেম্বশিংন ইথিব মিং লৈবনি, ঐহাক শোইবমনি, অহঞ্জাওন পোকপ, ইবোপিশক ইমিংন, পোৎশংবম বস্তি, মমাং লৈকাইদ লৈ। কৈদোগগে?

ই ১ :— কনান তাক্কুন মসিন ঐহাক শারম্বিবনো! মশক্কাম্বু ঐ মাল্লদুন তৌবশায়নে। নং থানাবু ফাহল্লগ ঠিক তৌহনগে খঙনি। ইবেম্মশিং কাগী তৌবিম্বু ঐ থব্রাই শোক্ল নোম্বিব থবক্কি। মীশক অশেংব ঐবু খনবিয়ু। থবক ফংদবদগি ব্রা অম পাংব য়াদ্রহুন য়াম্ন ব্রান শেল মামদগি পুরগ কচ্চখিবনি। থব্রাই থাবা কাওব মকদ্দমা তৌননি!

ই ২ :— অদোম্বু খংনব পাম্বিব্রাও? থাংন থিন্নসি হায়ব্রাও? হিংহৌবন থবকসি তৌনহৌসি হায়ব্রাও?

ই ১ :— লুপা লিশীং ৪ সু তিংব, থাংনসু থিন্নব, শিব থোক্লগ থবকসু নংন তৌহোব। মহুদি কদায় য়াদগে ভায়, ঐদি নংগুম্ব ডাকু নত্তে। (খংনগে তৌবদ লুপী ২ন থাম্মি)

( ডিঃ এসঃ পিঃ অমদি ইন্সপেক্টর শারগ শনি অমদি শগোলশেল থোরকই ফি'লগ্ন )

শনি :— হায় হায় করিনো করিনো ?

শগোঃ— করি রাথোক্কিনো —সিদ থংনব য়াদে।

ই ১ :— হুজুর, ননাই ঐবু নমথাক তৌবিরে, মরাল লৈবশিংবু মতিক চাব দণ্ডি পীনবিয়ু।

শগোঃ— নংবু অচুম অরান মশক খঙব্রাও ? কনান চুম্মি কনান লাল্লি ?

ই ১ :— থবক হাপ্লিনি হায়দুম লুপা লিশীং ৪ ইবেম্ম অনীসিন ঐঙোন্দগি চাখ্রে। থবক্ল ড'কু অসিদ হাপ্লিখ্রে। ধর্ম্ম বিচার তৌবিয়ু।

শগোঃ— নংন করি হায়নিংবা ? ( ২ নংদ )

ই ২ :— ননাই লাইবক ধীরবন ( কপশিন্নৈ ) লৌ-ইথোল বন্ধক থমজরগ লুপা লিশীং ৪ কচ্চথিবনি ইবেম্মশিংদ পীব উহৌব মামস্থু লৈ, হংবিয়ু।

শনি :— নথোয়নী হায়য়ু, লিশীং ৪ পীরৈ হায়ব নিপাজু করম্বনো

রাঃ-কেঃ— ঐখোয়দ শেল পীরবদি ( ২ নংদ ) মসিনি।

ই ১ :— মুন্ন য়েংউ শিজ অনী, ঐনে অশেংব নথোয়দ শেল পীখিবদি। ধর্ম্ম য়েংও, নহানে। ঐবু ঙসি মণ্ডলা তাইবংলা খঙদ্রে ! ( কপ্পি )

শনি :— ( নং ১দ ) নংগি কেশসি মখা চত্থনিংলিব্রা ? সাক্ষী

সবোদ শোল্লি, জজদ উকীলদ শেলস্থ য়াম্ন তিংদোরি।
লুপা খর থিব খঙগদ্রাও?

ই ১ :— ননাই ঐগি লৈজব পুম্ব ফোরশা তারিব থবক অসিদ
চংপ্রবনে। (কপ্পি)

শগোঃ— হায়, চৎলো নখোয়; নথৌ নথৌ তৌরুরো চৎলু।

(রাহু, কেতু ইবো ২ চংথি; শনি শগোলসেল চৌকিদ
ফম্মি বাখল তৌদুন, ইবো ১ কপ্পি:)

তোম্মৈঃ— (পরপ পরপ লাক্লগ) রা অমত্ত হংজগে? হন্দক্ত
ম্যুনিসিপালিটিগি চেরিটি কলেক্তর অম নৌন হাপ-
খিব ইবোপিশক বাবুবু গুহাক্ত উনজব য়াগদ্রা?

ই ১ :— (মপি তৈথোক্লগ) ঐ সিদ লৈরে ভায়া।

তোম্মৈঃ— ওঃ! ভায়া, নংগি গাল ফ্রেন্দু ঐ উনরক্লে। মশক
ফজৈ হায়! ভায়াদি ৩০০ চাব থবক অম কংলে
হায়রুববু ওন্থোক্ল হরাওহোরে হায়। য়ারবদি (লোম্ন)
ঙসি ছুটি লৌরো, মহাকস্থ সিনেমা য়েংনিংবগুম তৌই।

ই ১ :— অমুক্ত ঙায়খো ভায়, ঐগি থবকতু ঐহাক মান্নব
শাব ডাকু অমন মুল্লমতুন রা থোক্লরি।

তোম্মৈঃ— নং মানববু লৈব হোনব্রাও? ভূততুম ওইরমতুন
তোক্লনিকো! (লোম্ন)

শগোঃ— হায় নিপা, কেশ চখনব লুপা লিশীং অম থিরুব
ঙমগদ্রা?

ই ১ :— ননাই ঐ শেনসু থিজরুগে, ঐগি থবক মু•খ্রিব নিপাতুগ ব্রা অম অনীদদি ঙাংনজখিগে য়াগদ্রা ?

( তোম্মৈন অনীতুবু মুন্ন য়ে•ই )

শনি :— নিংথিন চান্নগে মরূপ ওইগে হায়রবদি য়ানি, খৎনবদি য়ারোই নং লাঞ্জনি।

ই ১ :— খৎনজবোই, ননাই ঐ।

শনি :— ঙহাক্ত ঙাইখো, থোরকহনগে।

( মমাং খৎনরগ শনি+শগোল চ•থি )

তোম্মৈ:— করম কবম তৌবিবজাৎনে ? অতুক শেন্স তিংব থবকতু, অতুক লায়ন শোঃইরিববু করিগিনো ? অনীতুবু পুলিস অচৌব ঙাক্তবাও ?

ই ১ :— মানবগি মানব ঙাক্ত, মফম মরাং খঙদেনহায়, মেজিস্ট্রেট মাল্লি, ডাকু মাল্লি, সাধুসু মাল্লি........

তোম্মৈ:— চাব থকপ ফংহিদতুন হূরানবদগি থানান ফুতুন শিখিবশিংগি ভূততুম ওইরমনি। চেনগ্রসি কান্নদে ভায়া।

ই ১ :— লুপা হলহনখিসি ঙ য়খো।

তোম্মৈ:— নংগি গাল' ফ্রেন্দু মশক্তি ফজৈ হায় বিদ্যাসাক্ষি।

ই ১ :— ফজতুন কৈদৌনি, থবক শোইরবদি মাস্ত শোইরবনে।

ই ২ :— ( পরপ পরপ লাক্লগ ) করিনো ভায়া, ঐবু কৌখোকইববু খৎনব পামব্রাও ? ( ছুরি পায়রকই )

ই ১ :— খৎনবগি নত্তে, কিংগৎপিসু। লুপা লিশীং ৪ তিংজখিব অশেংবনি। মতু হং•গিরো, থবক তৌবিহৌরো।

ই ২ :— ঐস্ন লিশীং ৪ তিংন্থন তৌরিবনে, কদাম্বদৈ হল্লুদগে ?
মুপীশিংদ্বস্ন হল্লু য়ারোই, পীখিগে হায়রবদি লৌখিগে হায়নি।

ই ১ :— ধর্ম্ম নত্তব তৌনম্নুসি, ঐ খুরুমজগে।

ই ২ :— (খুরুম্ব থাম্মগ) য়া হায়গে, ভায়ান শেল পুরুব মহাজন্দু লুপা য়াম্ন পাইবজাৎলাও? মচা কয়া লৈ, মুপী লৈরিব্রা ?

ই ১ :— শেলদি ফন পায়, মচা লৈতে, মুপীস্ন হাকুম শিগ্রে।

ই ২ :— নংগি শেলদু মঙোন্দগি লৌরুসি, মহাক মুৎচরসন্থ।

ই ১ :— করম্না ?

ই ২ :— মহাক লৈশাবী অমত্তং লুহোংন্থন লৌ য়াগদ্রা অসাইগি অনীত্থদগি অপাম্ব অম।

ই ১ :— য়াবস্ন য়াই, মঙোন্দ হংখিগে। মামচৌন্থবু কদাম্বদ লৈরমদগে ?

তোম্বৈ:— অস্বাইদ ভায়াগ উম্ননি হায়ত্থন ঙায়হৌই।

ই ১ :— অমুক্ত কৌশিনবিরু ভায়া। (তোম্বৈ চৎখি) লৈশাবী শিংত্থ হুজিক শক খঙনহনব য়াগদ্রাও ?

ই ২ :— মানবু লুহোংসি য়ারবদি— ঐ কৌথোকউগে হিসাব শুহৌরি।

ই ১ :— মঙোন্দগি শেল করম্ন লৌদোরিবনো ?

ই ২ :— ঐন তৌরিব থবকসি ইমানী তলবস্ন শেল্লমস্ন য়েন্নশি —ঐস্ন মুংঙাইত্রে লাইরব মচা ঙাক্তনি ইমানীমক।

ই ১ :— হোয়নে, অতুম তৌসিনে। ঐদি শিগ্রসিরা খল্লুরবনে, ইমান তারগ— ( হীক-হীক )

ই ২ :— শিদোশরুক মী অতৈ শিহন্সি। মুপাঙগি মরল পুন্নমক হাৎপ ঙম্ব মী ঙাক্তনি, নিপাদ্রবুম্ন মতা চাদ্রগ হাৎপ ঙমদোব মুপী ঙাক্তনে। ধর্ম্মগি রাখল তৌরুম্ব, নবুক শইবুক খল্লগ লোইরে। লুহোংশবদি নিপাদ্র শিগ্রগ মরলদ্রু-হা—

ই ১ :— করে, লাইবক য়েংসি, কপতুন খাংলকইব বুইমল্লে— অহিংসি।

ই ২ :— করে, ঙহাক্তং ফমখো, শেঙ্গাবী অনীদ্রু ঐ থাদোরব্রগে। ( চংখি )

ই ১ :— কনি ( দিল মুংঙাইন খম্মি )

( হরাও হরাও মহাজন অচৌ লাকই )

অচৌ:— করিনো ঐবু কৌব্র ? নংগি খবকতুবু মীন মুনবিখ্রে হায়ব চুমব্রাও ?

ই ১ :— কদায়দৈনো, ক.গী তৌবনি। ঙাইখো, মাম ঐঙোন্দগি শেল লোখিবী লৈশাবী অনীদ্রু অপাম্ব য়াওব্রা অম লুহোংদ্রুন লোরোদো ?

অচৌ:— হায়, য়াবু য়াগদ্রনে ? অহল ওইমল্লেকা হায়রোইদ্রাও ( লোম্ন ) ?

ই ১ :— মখোয়দ্রু চহি য়েংব নীশক নত্তে, শেল লৈবদনি মখোয়ন

থল্লিব। ঐ থোকহল্লক্কে, ন্নারী শাবিয়ু— অপাম্ব থন-বিয়ু। চৌকিদ লেমন ফমবিয়ু। ( কেন ফম্মি, অমদু চংখি )

( অনীদু ছাত্রী অমদি ফনেক্ক কে-ন লাকই )

ভারতীঃ— তাইবুংঙো, করি থবক্কি লেংবিরকপা ?

অচৌঃ— ঐ স্নুম— ইবেম্ম—স্নুম—স্নুম—

মাই ঃ— করিমত হঙ্গোইবিনো, পৃকম্নুংদ লৈব অপাম্ব, অনীংবদু হেক্ক হায়দোকপিয়ু। ( অনীদুন কেশিল্লি )

অচৌঃ— ইবেম্মথোয়ন কম্পানীগি তৌবিরিব থবকসি নোংমদ পুং কয়ানো ? তোলোবন কয়ানো ?

ভারতীঃ— য়ামপোৎ ৎত্তে, ৩০০/৪০০ দনি থাদ, অয়ুক্ত পুং ৩, নুংথিলদ পুং ২ কাজৈ।

মাই ঃ— করিগিনো তাকপিয়ো।

অচৌঃ— অশংব মতমদ পুং অমমমদং প্রাইভেৎস্নু তম্বিয়ু হিসাবস্নু শূবিয়ু হায়জনিংব।

ভার ঃ— প্রাইভেটশু ইচা নত্রগ ইশূ তম্বিনব্রা ?

অচৌঃ— কনামত লৈজদে ইচা, ইশু, নুপীস্নু। ঐন তমজ্ঞ-দোবনি, শেল লৈরবস্নু আজকাসগি লাইরিক হৈতব য়াম্ন মুণ্ডাইতে।

মাই ঃ— ঐথোয়বু তম্বিজো হায়রবদি অয়ুক নুংথিলদি শংজদে নুংদাং - নুংদাং য়ারোইদ্রাও ?

অচৌঃ— ঐদি মুংদাংন হেন্না পামজরিবনে।

ভার :— পুং ১ হিসাব শ্ৰবদি লুপা ১০০।

মাই :— প্রাইভেৎ তম্বিবগিস্থ ১০০ য়ানি, করিনো তম্বিদোরিবু?

অচৌঃ— হিন্দি, ইংরাজী, ইব পাব কাবক কাবক।

ভার :— ইনমশিং লৈবিত্রাও? মা য়াম্লরকপ জাৎলাও?

অচৌঃ— কনামত লৈতে, ইখুৎন চাক থোংহুন চারিবনি। ছজিক ঐ মী নেকতুন য়ুম শংহল্লম্মগ লাকচরিবনি

মাই :— তলব পীদোশরুক, ইমানী তাইবুংতোথোম্বদ ভারাদরা করিনো লৈজরগে, চাকস্থ পুম্ন থোংব শিঙ তিংদনব।

অচৌঃ— মহুদি পাকানিনে ইবেম্ম।

ভার :— ইমানীবু পুম্ন লুহোংহুন লৌবিব ওমগদ্রা?

অচৌঃ— অনীমকপু হোংনব শেল, থারুব শেল লৈজনি, য়াবু য়ারবদি। কনামত লৈতে ঐতোন্দ বেরা তৌবিনব।

ভার :— অহুদি ভীপ অম য়ায়বিরুয়ো, ঙসি মুমিৎ তাবদ চেল্লসি, হয়েং য়ুমদ হেক্ত লুহোংলসি পুম্ন।

অচৌ:— অনীমককো? ইবেম্মস্থ য়াবিরব্রা?

মাই :— য়াজরে, য়ুম লৈতহুন ভারা হুনবদ থাংব ওমদ্রে। চেল্লুরগ হয়েং কাগী ওইন তৌবদি য়াপোৎ নত্তে য়াথলবু তৌবিহৌ।

অচৌঃ— ঐ ইপান পোকপ মচানী, ঐখোয় বাজিহু মুপী ও লোবথি ঐদি হায়গ্রগ লোইরে। লৈজব শেল, সনা কো, লিক - কোল বদ্ধানগি লৈরিবশিংহু নখোয়নীদ

শিম্মরগ ঐ ে িপা ম্বিবনে ম্রাইশংন নহা অমগুম '

ভার :— অদ্রু দি আ্যকি্স ছু ট থাব কান্দ, চেকথোংদ ঙাম্বি-রম্মোকো জীপ অমগা ?

ম্যাই :— শোইনব্ জ্যাংগা ? ইমানীবু হয়েং চপ মন্নন লুন ভৌবিব ঙমগদ্রা ?

অচৌ:— ঐ শোইব মাশক নত্তে, মীচং মীথাই নাইব মীশম্ভ নত্তে।

(অচৌ চংখি হুই খোংহুন, অনীডন নোক্তুন য়েংহোই)

ভার :— স্ব অপংতসি থর য়াম্ব শেম্বিদ্রবদি ননাই ঐখোয় লাইবব ভোবশিংদি করম্ব হিংগদগে ?

ম্যাই :— শেলদি হাৎনম্ব স চপ মান্নন ন্নেম্যাসকো। নত্তে, নংন অহন ওইগদ্রা ঐন অহল ওইগদ্রা ? (চংমিম্মখি)

ভার :— ঐদি অংভাম্বা ওইজগে। (নোকখিব)

ভা:১:— শউন্ন খুম্ব ভাইবং পুক্লিংনি, ভন্রব ম্রা কয়া ভাংনৈ, থাজনৈদকা হাইবং।

ভা:২:— থাজনৈ লাক্লব ভাইবং মী, নংবু করি খোক্লগব্য ! তাধন ঐখোয়বু চাংহানি থর হন্থজগে হায়ড়ুন ম্রা নোম্ব ম্বা-খিগদ্রাও ?

ভা:১:— মে চক্লি ংদ এফিদেভিৎ অম ভৌরুম্বগ বিশ্ব-বিত্থালয়দ যাই হায়বনি

ভা:২:— লাইরিক ভমদ্রব ঐখোয়ম্ব য়াগদ্রাও ?

ভাঃ১ঃ— মত্থুদি খণ্ডদে হায়।

( লুহোংব চৎলুবগি কিজেৎত পার্ব্বতী কেন লাকই তকিং তকিং, কবোক দোনা ১ পায় )

পার্ব্বঃ— য়া অমত্ত হংজগে ? মখোয় পাবুং।

একাঃ— করিনো বিবি পার্ব্বতী অত্থক কেনা অত্থক ফিংবদি ? কদায় লুহোংবগি কবোক্লা ? ( দৌত্থন চায় )

পার্ব্বঃ— থানাগি অঙাংশিং গাড়ী মপোৎ অমন কোয়ধ্রে। প্রভুগ উয়ব পাম্মি হায়।

একাঃ— (কবোক চান চান) লুপা কয়া চিনবগি য়ানি হায়বগে ?

পার্ব্বঃ— শেল পীরগ য়ানি থাজদে। পাখঙ এসঃ আইঃ, মখৌ-মক ওইন থনব অম য়াওই। সুস্থ থবকসিদগি খুৎ শেংন হামদোক্লগ পোথাবিব য়ারোইত্রাও ? চহি মতাং-চুদ তনবিত্রাও কেকু লোৎপি শায়ব।

একাঃ— হিংবগি অর্থ পোথাব নত্তে, থবক পোথাবনি মীগিদি। মরাইবক থীরব মীয়ামগি কিদম ওইন কুরুক্ষেত্রদ কর্ম্ম তৌব তাবনি। নং চৎলো পরপ পরপ, এসঃ আইঃদু চা থকলো কবোক চারো মথন্দ লাকখো হায়য়ু।

পার্ব্বঃ— হাৎপিদৌরিত্রাও ?

একাঃ— করিগি ? চাব হাওব তমু, শুক্রাম্বু নত্তন— মপান্দ লৈম ঐখোয়গি মীশিংদ পাউ মথং মথং পীহনখো —তসি অহিং উচেক ম কত্রং বোম্বেদ কলিকতাদ ?

পার্ব্বঃ— অনৌব চংব মুপীমচা নিপামচাশিংহৃদি—?

একাঃ— মখোয়হু অহল মহাজন থর গৌরমিঠাই মিশিদ তুম-হন্ত্রিকাওব লৈখিশমু। নহারোলন কুমসি উহৌব লৌশিংহু ঐখোয়ন নোংমৈ লোক্লনি। ইন্টরনেসনেল মিটিং অনী নিউ-য়োর্কতা জানুয়ারী থাদ, রোমদনা এপ্রিল থাদ ফমগনি মহু য়াওরুদব য়াদে।

পার্ব্বঃ— চেকশিনবিয়ু ঐ চৎচরে।

একাঃ— করিমত মুংশা থীমু বিবি, কুরুক্ষেত্রদ নংন খুৎলাই পায় হায়ন উরিব লাম্মী অয়াম্বদৈ মথরাইগি ময়োল মখৈ ঐন শৎগ্রব ভাক্তনি।

(এসঃ আইঃ গি পোষাক তোপৈ পিস্তোল পায়হুন চংলকই)

তো ঃ— মী অমত্ত লৈতে হায়ব চুমত্রাও? (কিংন)

একাঃ— পাখৎকমু পাখং ঐ লৈ। কবোক চারো—

তো ঃ— নং নত্রা মুহোর একা? নখুৎ থাঙ্গৎলু, নংবু কাগে লুম্মকইব কুইরবনি। পুলিশন মাইকৈ মরীমক।

একাঃ— (মখুৎ থাঙ্গৎলগ) ঐবু কারগ নং মনা কয়া কংজনি?

তো ঃ— লিশীং ৩০।

একাঃ— লিশীং ৩০হু ঐ পীগে, সরকারগি থবক তোকউ, কম্পা-নীদ তৌরো— থাদ লিশীং অম পীগে। নথরাইস্নু কুইন মুংভাইব হিংজনি।

তো ঃ— ঐ থবক খিব লাকপ নত্তে, লৈবাকি য়েক্লব ডাকু নখোয়বু কাব লাকপনি।

(হুইশেল খোংজগ ডিঃ এসঃ পিঃ শগোলসেন, আইঃ পি শনি ঠাকুর পিস্তোল শিংলকই একাদ)

শগোঃ— চেনব কান্নরোই, নোংমৈন মংইকৈ মরী, সুরেন্দর তো ডাকু মপী, নংবুদ্র ফানব লুম্নকইব কুইরবনি ইশক ওস্থোকতুন।

শনি :— তোম্মৈ বাবু, নং চৎলু, লঙ্কাপুর রাইফলসকি লান্মী ২০০ লৌরু।

( তোম্মৈ মখুত্তগি নোংমৈ মুট্টি, মঙ্গোল্দ তম্মি শগোল সেন্ন মাবু মখুৎ পুন্দুন পৃখি )

একাঃ— লৌন্থব য়াদ্রে, কৈন্নুং লন্দীদ লোইনমক। মত্তুদি গুহাদ থাদবিবম্মো।

তো :— থল্লাইদদি কনগিয়ু, নত্তুং ইঙ্গুগে। ( চংখি )

এক :— মসিনি তাইবং শঙ্কম, ফত্তবন ফত্তব মথং মথং পোকপ —চ্যান রিএক্সন— এটোম পোকখায়বগুম— নিংথৌ অঙম অপোন শন্দোকপ মহীকি লীলা............

ভাঃ১ঃ— লীলা লোইবিরব্র ?

একাঃ-- লোইজরে। মখাদি ভারন উবিরো।

ভাঃ২ঃ— ডঃকুশিংগি মতিক মগুন্দ উংপসিবু করি পাউতারো ? নুপী অমাংন কান্ন লৌখিরোইদ্রা ?

একা :— পাউতাক্কি লীলা নত্তে, তহলখোয় কম অচৌব পাম্নবশিংন শেঙ্গা-থুমজা অরাল-অচুই কনামতন কাব ওয়রুবদুগি মতৌম্নি।

ভাঃ১ঃ— লীলাহ্বু লোইভম চারিত্রা ?

একাঃ— অহনখোয় ঐখোয় গুন্দাশিংগি থবকপু পৃথিবীদ লোইব নাবত্রাও ? (শনি, সগোলশেল অতৈসু খোয়কই) হুজিক, নমথাক লৌনম, শেঙ্গা থুমজান য়াইকরিকো !

ময়ামঃ— হোয় হোয়।

একাঃ— ধর্ম্ম য়াওদবন ইনাক খুল্লিকো—।

ময়ামঃ— হোয় হোয়।

একাঃ— অচুনদি ঐখোয় লাইরবস্ন হিংব তায়,

ময়ামঃ— করিগুম্ব পাম্বৈ !



 

  

    

# মীহাৎপ অনী

( থোদোক্তু থোকই, য়ায় মমলব কা অমদ। ওইরোমদ থোঙ অমমে লম্বী তাথি। মনীংদ লৈ থোঙজাউ, মচুন মী য়ৈনব কাদ তাহনাথ। ফক্লাংশিংচু হাংই। কাচুগি ময়াইদ, টেবিল ১, চৌকি অহুম থায়ি। )

[ মমই, মীহাৎপ অনীচু চৌকিদ ফমই। লমজাউ তাখিব লম্বীদ থোঙ থিল্লকই লেপ্তুন। মথোয়নীচু তাদব মাল্লি। থোঙজাউচু তপ্ন হাংদোকই, ক্রেকক্রাক লাওদন। চুপী অমগি মমায় উরকই। চুপীচুন কাচু থিজুন য়েংই। মহাক চংলগ লেপ্লগ মীহাৎপ অনীচুগি মনাক্ত চংই। ]

ক্রাঙ্কিজঃ— উমব চুঙাইজরে, লৈবাকমচাশিং........ ঐবু য়ারোবিন্সু ........ঐন থবক কায়হনব ত্যারস্রা?

( মীহাৎপশিং লেংদন লৈ, মচু মথোয়গ করিমত মগ্নী লৈনদবগুম )

ঐন থবক কায়হল্লগ ঐ চৎপ্রগে....

( তুমিয় লৈ, চুপীচু থোনা থোমজিল্ল। মবৈদ বা ঙাংলে, বাহৈশিংচু থয়ো থয়ো ওক্তহন্দুন )

ঐহাক্ত নথোয়গ উমব লাকপনি, ময়মদি ঐ মস্রি অমুক কুইথন থাংব ঙমস্রবনি। মসি ঐগি ইপুয়োইবগি ময়মদনি। ( করুণ স্বরদ ) মী অদো মতোপ্ন আর্শা

পুম্ব থমজখিব, নিপাদো মঙোন্দ ঐন পীগ্রব ঐগি পুন্সিগি থ্বাইদগি ফরব চহিশিং অমদি মাবু ঐন সুংশিজখিব, অমুক হয় অতুম্ন কৈদোঙৈদ ঐন সুংশিব ঙম্নি থন্দবমথৈ। (হেম্ন মেংন নৌন) মানি, মানি, মানি, মহাক মরাল লৈরবনি।

(মীহাৎপশিংহু থংহোদন মবুক্লং চংলে, অমন পেন্সিল অমদি নোটবুক লোথো হু।)

মানি, মহাক মরাল লৈরবনি। মহাক্ল লৈরিবসি নম্বর ৮ কমহু টেভেলদনি, মখিংন জা লেগুণ।

(মীহাৎপশিংন মহু ইশিল্লি। মহু লোইবগ অনীহু লম-জাউ তাব থোঙদ চৎখি। কার অম থোখিব মথোল তায়। ক্রাক্সিজস্থ লমজাউ তাব থোঙদ চৎখি।)

ক্রাঃ খোনঃ—মনুংদ চংলকট অঙাংশা, মনুংদ চংলকঁউ।

বিঃ খোনঃ—মহুদদি মঙালম্ন লৈতনা।

ক্রাঃ খোনঃ—হোয়, কাহু য়াম্ন মশ্মি। মহুন ঐবু কিহল্লি, অহুবু ঐথোয় মনুংদ চংব তায়। ঐথোয় ঙায়ব তাবনি নথোয় বাক্সিবু।

(ক্রাক্সিজ চংলকই মচা অনীগ লোইনন বেনোইট অমদি মাউরিস।)

ক্রা :— ফম্মু অঙাংশা করিমত কিগনু।

(অহম্মক টেবিলগি অকোইবদ ফম্মি)

(মতম পুম্ব নাহেবদোন ঙাংই) কয়াদ য়ায়ব লীলাগি মিংকুপ কুম্ব পুন্সি ঐথোয়ন হিংলকইবনো? করি

করি পাপনো ঐখোয়না লওজক্করিব্রো, মতুগি ঐখোয়বু পুন্সিন অম্বক তমথীন চৈরাক পীরিবা ?

বে :— খোইশাওপনু ইম্মা। কপকনু।

ক্রা :— নত্তে, নিপামচা, ঐ কপ্প নত্তে, ঐ কপ্লোই, ঐ মাইয়োক য়াগন্নি ঐখোয়দ শীওলকপ থুদোংথীব পূন্নমকপু। ঐ ক্রয়া সুংঙাইগ্রবনো নংন মতম পুম্বদ ঐন লাংতক্লবদ নংমু য়াওহুন থিগৎপ উবসি ! অতুবু য়েংউনেসে ননাওনিপা মাউরিস অসিদি হান্নগুম হৌনব থওদন লৈরিবসে।

( মাউরিম্ন মাইথোং গুকথন— মমারোমদৈ ওন্ন-তৈনবদ মমাই লৈথোক্কন লৈ, তোগে হায়ব মতাগুম। )

মঙোনগোমদ য়েংউ, ওসি, মতম পূন্নমক্তগি হেন্ন ঐন নখোয়গি নতেং পামলবসিদ মহাক ঐঙোন্দগি মমাই লৈথোকগ্রে, অতুগ তুক্কচবন ঐবু থ মহৎহল্লে। ঐন নঙোন্দ করি অরানব কৈদৌনৈ তৌগ্রবগে, মতিক চাদব অঙাং ? ঐঙোন্দ য়া থুম্মু, করিনো থর হায়মুনে

বে :— মাবু থওইন য়েংউনু ইমা, মহাক করিমত্ত থওদে কনাগুম্ব অমন মমাদ তোনব লম্মনগি তৌবিমল থওব উৎকর্ষ থৌকপচু।

ক্রা :— ( মাউরিস্ত ) নয়াম্বন ওাংলিবসি তাগ্রাও ? তাওনে মাগিসে। কনাগুম্ব অমন অম্নুম্ব য়াসি ঐঙোন্দ হাক্ররবদি ঐহাক ইকাইবন শিনি। অতুবু নংদি ইকাইদমানে। হে করব ঈশ্বর ! করম্ব কাম্নদনো।

বে: — তপ্ন, ইমা, মহাক্ন নংবু মুং-পান ওন্থোকহনগনু। মহাক্কি কৈদৌঙৈদ নংগ য়ানরোই।

ফ্রা :— মানি। 'নিপামচা,' নং খঙত্রি। নংগি নপা নত্রবসু, মাউরিসনি; অৱাব খাংব নত্তন করিমত নাত্তে। অত্থুগ ঐন মতম পুম্বদ মখোয়গি মীনাই ওইরিঙৈদনি। য়েংউদো, ইশুংইমান্নবী কয়াব কয়া মুংঙাইন পুন্সি লেপ্লিব, অহিং খঙদে মুংখিল খঙদে চৎলিব জগোই, চাক চানকমদ, সিনেমাদ। কয়া য়ামগ্রব মুপীশিংনো। নং মত্থু মুম ভাব তাখিরোই, নহাক হৃজিক অঙাং ওইমল্লি। ঐসু মখোয়গুম্ন তৌব চৎমদোবনে, অদুদ ঐন পামখি ইশাবু কৎথোকপ ইপুরোইবগিদমক, নখোয়গিদমক, মা ঙাংদন নোল্লুক, করিমত হনবিরকপ পামদন ইশাগি ওইজব থাদে কপগি, খঙন খঙনসু তৌখ্রিবনি নোংম ঐঙোন্দ য়াম্ন মুংশিজরবশিংসিন হায়রব য়াই ভসি ননাওনিপান হায়রিব সুম—ঐবু ইত্রিক চান তৌত্রি। নংবু উত্রিবাও নিপামচা, মখোয়ন করমতৌন ঐগি ওইজব থাদোকপদ মনা পীরি? নংন উরিবত্তুনি—মতম পুম্বদ কত্তব হল্লক্কন অকবগি মহুৎ মতম পুম্বদ।

বে :— নহাক কয়াদ কগ্রবনো, ইমা। নং কয়া কগ্রবনো।

ফ্রা :— য়েংউ, মত্থু খঙবন ঐঙোন্দ করি কনব তৌই? মত্থু চপ মান্নবদ অত্থুম তারকই পোৎ খুদিংমক চপ

অত্তম মান্নরকই। ঐ হুজিক করিগুম্ব অমত্ত ভৌনিংত্রে অমুক। ঐ করিগুম্ব অমগিদমক চেকশিন্ত্রে, করিগুম্ব অমত্ত ঐঙোন্দ হুজিক অরুব ওইদ্রে। ঐন হুজিক পাম্লিব হায়ববু অকবদ ওইজব, ইশাগি ওইজব পূম্ব থাদোকপ নখোয়গিদমক, খঙন খঙন ঐঙোন্দ চায়রব শিংসিন, মখোয়গিদমক ঐন লাংভরুবগি ঐঙোন্দ ভৌবিমল খঙব চুম্বশিংগ, তৌগে হায়ব মতাগুম খঙবিরোই ঐন থাদোকখিব ওইজবশিংত্তু। ইপুন্সি চুপ্প নখোয়দ ঐ ওইরকই অচুম্বগিদমক থরাই-কং অম, ঐ ওইথখিনি থরাই-কং অম অগুম ঈশ্বরন ঐবু মনাক্ত অমুক কৌথংপিত্রিব কাওব!

বে :— মুংশিরব ইমা!

ফ্রা :— মানি নিপামচা, ঐন হিংলিব নখোয়গিদমক্সি। ঐগি করম্ন লৈকম থোকই অভোপ্প মুংঙাইব অতৈ? অকে অমৌ, ক্লিজেং লৈতেং, চাকচা হৈজানব, থিয়েটর—মখোয়সি অমত্ত ঐদি শীংথাদ্রবনি, ঐন হুজিক লুন থল্লিবশি অমত্ত ঙায়রে; নখোয়, অরেম্ব, অতৈদ্র কৈদৌননি?

বে :— মাউরিস, নং ইমান হায়রিবশিংসি ভারিব্রা?

ফ্রা :— ভাদশনু নিপামচা। নং থনব্রাও ঐন ইশাগি ওইজব থাদোকইব ময়ামসি মহাক খঙলমগনি হায়ন ঐন আশা ভৌরম্ব ব্লাই? ঐ মসি কাওব খঙতি মহাক

খল্লস্ব য়াই ঐন ভৌরিবসি মতিক চাত্রি হায়ন।

বে :— (মাউরিস্ত); নং করিমত কান্নত্রব মীশি।

ফ্রা :- (পাখৎন); ঐঙোন্দ অমুক হেম্ন ব্লানব ভৌরন্নু বেনোইট মহাক্ক খৎনগন্নু। ঐ পাম্মি শান্তিদ লৈমিন্নব ঐখোয় লোয়ন পুকচেল তিন্নব। থোক্লিংব থোক্লসন্নু ঐ নচিন-ননাও অনীন খৎনব পামদে।

বে :— কয়াগ কত্রবনে। ইমানং!........মঙোন্দসু কয়া কত্রব মহাক্ক অমুক করিমত কান্নত্রবদ। ইমান মঙোন্দা করিমত ভৌবিরুন্নু হায়বগি ভৌবনি, অদু নত্রবদি ঐ মঙোন্দ করি ভৌরমগনি হায়ব খঙদে।

(মাউরিস্ত) নং ইমাদ খেক্কইয়ু হায়ব য়াবনি মাউরিস, মরমদি নং কন নিংখিন চৈ চাবদ মতিক চাত্রবনি।

ফ্রা :— নত্তে, নিপামচা, ভৌন্নু, মাবু য়ৈবিরুন্নু। ঐ নংন মাবু য়ৈবিব পামদে, মান কন মত্তুগি মতিক চারবস্থ। ঐ পাম্মি ময়াতপ্প অমদি মুংশিনবন ঐখোয় ইরক্ক ব্লায়েন খুজ্জী পায়ব। মতুমতনি ঐন নঙোন্দগি পাম্মিবসি বেনোইট

বে :— লাংতক্লবিগন্নু ইমা, ঐ ভৌজনি ইমাগ পাম্বিবত্তু।

ফ্রা :— অদুনি মরম ওকই, ইচাদি। নহাকতি মোলোমগুম্বনি পুন্সিন ঐঙোন্দ থোকহনব য়ৈথায় থিঙ্গাইবশিংদুদ ভৈনব। নং উয়েদনা, ওমথৈ নাইদন করব ঈশ্বরন মমৈদ নংগুম্ব ইচা অম পীনবিরে ঐগি খমোইদ

থিঙ্গাইরিব অশোক অনাসি লাইয়েংবিনব, ঐবু য়াম্ন নান থোকহনব অন্নাবদি, মখোয়গিদমক ঐন থাইদে য়ান নোমথিবশিংদন ঐগি ইপুরোইব অমদি মাউগ্রিস।

বে :— হৃতিক্তগি মতুংসিদদি, ফনামতন ইমাবু য়াহনব য়াররোই অমুক।

ক্রা :— শাক্তগম্ব অঙাং, সুংপান শুরুগম্ব ! মখোয় য়াম্ন শুক্লীচং চহলুরে, মচু মখোয় খঙলে। ঐখোয়ন তৌগদব হায়রবু মখোয়বু ভাকপিব, অদুগ মনোম অমক্ত থমদব মখোয়দ। অমবু ওইরে। অমবু ওইরে, নখোয়গি বাক্তিন ফন শাথীব, ফন চাউব পাপ লংজরুয়বস্থ, নখোয়ন মাবু ইকাইখুম্নবদি তাবনি।

বে :— মাবু ইকাইখুম্নবা, মহাকপু ?

ক্রা :— মানি নিপামচা, মহাক্ত খোকহনখিব অম্না-অনা পুম্ব নখোয়ন থৌশান খয়োইদবনি। ঐনি নখোয় উরেদনা নিপামচা ঐন মাবু ভাকপিরিবনি, মমাংঙদ ঐন থাংখিব অম্নাবশিং হৃতিক্ত হেন শাথীন য়ারবস্থ। মচুবু ম্ভীব য়াব ঃ কৈরবদি, ঐ মাবু অম্নম ভাইখখিগে পাক্তোম ফিংগোক্তুন, মক্তন ঐ মাগি মণীং থীবক্ত খঙদব অরিলশিংদু ভাকশিব ভমগখি। ঐ হেক পোক্তকখিব খুমিংতগি, পুন্সিন ঐবু কমযৌন য়াগদগে য়ায়ব তক্তিরে-অক্তবু অথাব কারজান্তি ঃ ঐ লেমন পোরি, নখোয়বু সুংশিবদগি।

বে :— ইমা নংসি ওস্থোক্ল ফগ্রেদেকা !

ফ্রা :— (নোল্লুক খোঞ্জেলদ); ঐ ফনব হোৎনৈ বেনোইট।

বে :— (মুংশিবন থুম্মৎতুন); ইমা নংসি পৃথীবীদ খ্বাইদৈ ফবী মুপীনি।

ফ্র :— (নোল্লুক্ল অমদি ইকাইন); কদায়দৈনো, নিপামচা ঐ পৃথিবীদ খ্বাইদৈ ফবী মুপীচু নত্তে মচুক ইকাই-খুম্নব য়াব খুভমচু তাল্লব ঐগি ইতিক নত্তে, ঐদি য়াম্না মতিক চাদবীনি। অচুগিমু মথক্ত ঐ পাপ খরমু লংজরম্মনি। ইবুকচেলদি ইশেং শেংন ফনবনি খঞ্জরবমু, অচুম অচুম ওইনমক, শিংথানব তারিবদি ঐহাক পাপ খরদি ত্তৌরুরেসিনি।

বে (থাজন): নত্তে। ইমা। কৈদৌঙৈদ ওইরোই।

ফ্রা মানি, অঙাং, করি কম্বিগুম্বদদি। অচুবু ঐ হরাওবগ লোইনন হায়ব ঙম্মি, মখোয়চুগিদমক মতম পূম্নমক্ত অনুতাপ তৌই—মতম পূম্নমক্ত।

বে :— নহাক লাইওইবীনি।

ফ্রা :— ভুমিম্ন লৈয়ু। লাইওইরবী হায়বচুদগি হেন্ন ফজব করি মগু ঐন মঙলম্ব ঙমগদগে। ঐহাক লাইওইরবী ওইব ঙম্মোই মচু ওইব তারবদি কনাগুম্বদ য়াম্ন চাউব মী অম ওইবতায়, অচুবু ঐদি ইমল অমত্ত লৈত্তবীনি। ঐদি ইচম চম্ন ফনবদ হোৎনবীনি—মচুন ঐগি ইত্তাৎপুম্বগি ঙমথৈনি।

(লমজাও তাব থোঙতু হাংই মীতাংপ অনীহু চংলকই, ফ্রাঙ্কিজগি মপুরোইব জীনবু পুহুন—মাগি মখোঙ অমদি মখুদাঙশিংডু পুন্ন পুল্লি—অতুগ অচোব চৈ অমদ য়াল্লকই, মতোন ফায়ব নোংশা কৈশিংবু আফ্রিকাদ পুনয়কপ শুঘনি। জীন্দু মচীন মেল্লকই, কাহুদ পুশিল্লকপ মতমদ মঙক থাঙ্গৎতুন মতুদ য়েংই মমিৎ লাওন পাংলগ শাওন। ফ্রাঙ্কিজন মপুরোইবদ পুক্লিঙ চংন য়েংই, করিস্থ থৌশাবিদন। মাউরিসন ময়াম চৎখিবতু মুন্ন য়েংই য়াম শাওনিংন। মীহাৎপ অনীহু লেপ্তুন কাহ্ন লাল্লগ জৈনবু পূখি মীয়ৈ কাদ। অহুমক্ত, মশক উহ নখিদ্রে।)

মাউ :— (মমাদ শাওন) করি তোদোরিবনো? থ্বাইদৈ নৌব মোৎলব নরৌশিংডু করিনো?

বে :— (মাউরিস্ত) ইমাদ অদুম হায়নব্রা ঙাংস্নু।

ফ্রা :— ঙাংজশন্নু, নিপামচা, মহাক ঐবু শাওহন্সনু—মহাক ঐঙোন্দ চৈজশন্নু। মহাক মমাদ য়েক্লবদ তৌবগুম্ন তৌজসনু। তৌসনু, নিপামচা মহাক্ল তৌনিংব তৌজসনু, ঈশ্বরন চৈয়াক পীরক্লনি অস্তুম্ব তমথৌব থবকসিগি।

মাউ :— ওহ! মদু হাযমল্লি। (মমাদ শাওন) নহাক্লি মহাকপু থাদখিবদি মরাল পীহুন।

বে :— (মনাওদ চোংশিনগদবগি শারগ) ঐন নঙোন্দ হায় হায়ব্রে ইমাদ হৌন লীচৎ কায়দন ব্রা ঙাংউ হায়হুন। নং ভাব তারব্রা? হৌন লীচৎ কায়দন, হায়রিবসি তারিব্রা—নংবো?

ক্র। :— থোৎন নিপামচা থোৎন, মহাক ঐঙোন্দ তমথীজসমু।
নংন নিংথিন খঙলিবদুনি মহাক্ল হেক মুংঙাইব হায়বসি; ঐবু মান অরাব নংহল্লব মতমদদনি, মদুগি অপেনব অদু মঙোঙ্গ পীয়ু। ঐগি ইথৌ হায়ববু মাগিদমক অমদি নংগিদমক ইশাগি ওইজব থাদোকপনি। নখোয়ন অপাম অপাম্বদু পীব।

বে :— মান নঙ্গোন্দ লাওখোংবদু ঐহাক—য়ারোই।

ক্র। :— ঐন হায়ব ইল্লু নিপামচা, ঐন হায়বইল্লু।

বে :— ঐহাক ইল্লরোই। নহাক ফমল্লে ইমা মহাক্ল মদুগি খুদোংচাবদু লোরে।

(মাউরিস মথরাই য়ান উই)

ক্র। :— নিপামচা, নহাকসু ঐবু অরাব নংহনব পামব্রা? মহাক্ল ঐবু খাবমথৈ মুংশিত্রবসু খাসমু, মুংশিদসমু, মদুমক ভৌরকনি খাজরম্ব অদুনি, অদুগ নংদি, নিপামচা, নহাক্কি ভোঙানবনি—য়ামত্রবদ মদু ঐন মতম পুম্বদ খল্লমইবনি। মহাক্ল ঐবু অরাব পীসমু, মদুন মাগি ফত্রব থমোইদুবু থর মুংঙাইহল্লবদি।

বে :— কৈদৌঙৈদ য়ারোই, হেক ঐন লৈরিব মখৈদি মদু য়ারোই।

(শাড়েজন ফুবগি মখোল তাব কংই, মখোল শেংহন কল্লকপগি থোঙ্গেলন মতুং ইনথিব। মদু জীনি। মীয়ৈন কাদ মীয়াৎপশিংন মাবু ফুরি হায়বগি চিংনফম লৈতে। মমান কমিসু নাচুংহন তায়, মবিৎ লাওব পাংই, হায়বেৎ মোমোন নোকপঙম উই, শারৈ

হৌবদৌন। য়ৈবগি মখোনদু কন কুইন হৌন তায়। জীন্ন শাওন অয়ো নাবগি খোঞ্জেল খোরকই। মমৈদ য়ৈব অমদি কপ্প লেপখি।)

মাউ — (অকিবকংন, কপ্পমদাই ওইন মমাদ) মখোয়ন বাজিবু ফুরিবসি নংগি নরালনি। বাজিবু মরাল শীখিবদু নহাক্কনি।

বে :— তুমিন লৈয়ু! (শাওন)—ইমা মাবু করিমত থৌশাক্লমু।

ফ্রা :— তৌজসনু, হায়জসনু বেনোইট—নহাক ঐবু শাওহন্সনু, ঐ মদু মুন্ন খঙিঙ, নহাক লৈরমত্রবদি মহাক্ক ঐবু ফুরমগনি। অদুবু মহাক পাংদব অমনি, মহাক নংবু কি, মদুতন মরম ওইদুনা মাবু খাম্বনি, মরমদি মহাক মমা ফুনব মখুৎ থাঙৎপ ঙম্ব মীনি, ঐ মদু মমীৎতগি খঙিঙ। মহাক মতমপুম্বদ মদু তৌগে হোৎনরি।

(জীন্ন শাথীন নাহুন থোংব তায়। তুমিন্ন লৈখি, ফ্রাঙ্কিজন মচীন্দু থোইরুম, নোকফেৎ তৌবগি মতৌদ। চীকখি।)

ঐখোয় চৎসি। অন্নাব নংলব নখোয়গি বাজিদু য়েংউসি ঐখোয় চৎলগ লাইবক থীরক নিপাদুন অন্না অনা থাংবদু য়েংউসি। মরমদি মদুগি মরমদ চিংননিংঙাই লৈতে, মখোয়ন শোইদন মহাকপু শাথীন য়ৈরম্মনি।

(মচিল লৈরগ ফ্রাঙ্কিজ তপ্প চংখি মীয়ৈ-কা মনাক্ত, খোঙজাওদু খিৎতং হাংউই, খোঙজিল লেপ্লগ কা মনুংদ য়েংশিল্লি। মপুরোইবদ বা ঙাংই। মহাক্ক

বা মমুংদ লৈখিবন রা ঙাংলিবীড়বু উব কংদে)। মখোৎন নংবু য়াম্ন শীন য়ৈররিনি জীন লাইবক থীব! নহাক অদুক য়াম্নদি নান খাংলরিনি হায়ববু, মখোয়ন নংবু অমুক হেন্না নানব তৌগদৌরি। ঐগি লাইবক থীরব জীন!

(মচীন মেন্নবস্থ শাওবন লাওরকই) মখোংচাদব তৌরক্কমু খাংব ঙম্নব হোৎনবন হেন্না ফগনি। নহাক্ত খঙগদবদি নংন নাব খাংলিবদু হৌবদ ঙায়রিবনি। মিংকুপ অসিদ নহাক করিমত তৌব ঙম্মোই, নহাক পূন্দুন লৈরিবনি, ননঙ্গন্দু ইহিং নাহিং শারবনি। নহাক করিমত তৌব ঙম্মোই। ইংথদুন লৈয়ু। অমবু ওইরে অমবু ওইরে। পুন্নমকসিন নঙোন্দ য়ম্ম ফনব তৌরক্ক-দৌরিবনি। মসিন নঙোন্দ পুক্নিংগি পাঙ্গল লৈব ভখিগনি, মদু মমাংঙৈদ নঙোন্দ কৈদৌঙৈদ লৈখিদে।

(ফ্রাঙ্কিজন কা মমুংদ চংগে লেপ্লে, মহাক মদু তৌরে, ষ্টেজদ উদ্রে।)

ফ্রা খো :— (চর্চ্চত রা ঙাংবগুম, মখোলদি হৌন) ঐহাক্কনি নংবু থাদদুন ঙাংখিবদু নহাকপু নরাল লৈ হায়ন।

(জীন রা ঙাংনব লাক্লে, থর খোংব নিনব নত্তন ঙমদে। ফ্রাঙ্কিজন অঙাওবীদোন নোকপ মখোল তায়। মাউরিস্তু প্রোক প্রোক চাকখি, ফ্রাঙ্কিজ মশক উৎলৈ।)

ফ্রা :— (মচাশিংদ) লাইবক থীব নিপাসি য়াম্ন শাথীন নারবনি, মহাক্কি খাংনব পাঙ্গল করিমত লৈতে, কৈদৌঙৈদসু লৈখিরমদে। (জীম কপ্পকপ)

মাউ :— বাজিবু মথন্দ থাদোকখো। মথা চৎ্বর;। নহাক্না মাবু ওৎপিরবনি হায়ব খঃদ্রাও?

ফ্রা :— মাবু ওংলিবদি মহাক মশানবনি, মহাক্কনবনি, মরম অতৈন নত্তে।

(অমুক মিছুখোংদগি মপুরোইবদ)

ঐ নিংথিন উয়ে নহাক্নি নশাবু ওৎচরিবদু। ঐ নিংথিন খঙি ঐন ঙাংইবসিন নংবু খোইশাওহল্লি হায়ব। (লেপ্লগ, মোমোন) নংন ব্রাব নাবদ ঐঙোন্দগি হেন্ন কনান মবুক্লিং চংব ঙমগদগে? নংন অনাব খাংব মতমপুম্বদ ঐহাক নংগি ননাক্ত লৈগনি। নহাক নরাল লৈরবনি, অদুন নঙোন্দ পীরিব চৈরাক অদু পুক্লিং উইন খাংব নথোনি। নহাক্ন মীহাৎপশিংদুবুস্নু থাগৎপ য়াবনি নংগিদমক ব্রাইচিনব অদুক য়াম্ন য়াওবগিদমক। নহাক্ন থ্রাইগুম্ব, নোল্লুকপ, অচুম্বচৎপ মী ওইরম্লবদি নংন মীহাৎপশিংদুবু থাগৎলমগনি, অদুবু নংদি মতমপুম্বদ লমহেনব অম ওইরকই। নং হুজিক নয়ুবদ লৈরিবনি হায়ন খনব কায়দে, নংন অপাম্বদু তৌরম্ব য়াব ৽য়ুম, মীৎকুপ অসিদি নং মীহাৎপশিংগি মথুৎত লৈরিবনি। নংগি চৈরাক্তো লম হেন্দন লৌ। মত্ত নংবু শে'দোক্লবনি। নংন তৌখিব পাপশিংদুগি অরাব কোংদোকউ, অদুগ রাশকউ নং অমুক অরাবদ ওম্থর.র.ই হায়দুন। অদুগ নথন্দবু ওৎচগমু নংবু

দশু কংব উরগ ঐন হয়াউরি হায়ব য়াখলদগি।

(হৌন নাহেরকপ জীম)

মা :— খোংতুন অনাব খাংইবসি তাত্রাও নংবো? নহাক্ক মাবু য়াহনবনি হায়ব উত্রিবাও? মহাকপু পুক্লিং ময়া তপ্প লৈহল্লু।

বৈ :— ঐন নঙোন্দ হায়মনু হায়ত্রে ইমাগ অতুম্ন য়া ভাংনু হায়তুন।

ফ্রা :— মান অপাম্ব মতুং ইম্ন ঐঙোন্দ য়া ভাংসনু নিপামচা। ঐ মতু হৈনরে। ঐগি লাইবক্লা তম্বনি— মখোয়গিদমক লাংতক্লব, মহাক্কিদমক অমদি নখোয়গি বাজিগিদমক, মখোয়ন মতুগি মতিকচাত্রবস্থ হায়ব, মতুগিদমক ঐবু কনামতন খাগৎপিত্রবস্থ হায়রিব।

(জীন খোংই নাবন)

মাউ :— বাজি! বাজি! (মপিতান) বাজি

ফ্রা :— মহাক হুজিক কাওব খোংতুন খাংই। মতুন তাকই শাজৈন য়ৈবগি চৈকম অমদি থোরীন মখোঙ মখুৎ পুনবগি ইহিংনাহিং শাবতুগি অনাব খাংই হায়ব।

(টৈবিলগি ড্রোবার হাংদোক্লগ কোয়থি থি, এসিদ লিক্লি অমনে থুম হাপ্প কোটা অমনে থেংনতুন টেবিলদ থম্মি।)

মখোয়সিনি ঐন হেক পাম্ব পোৎশিংতু। মহাক্কি অশোকপ চৈকমশিংতু পুমথদনব এসিদ খয়গ থুম

খরগ চাইশিনবিব তায়। অশিনব মহীগ থুমগন অশোকপশিংদুদ অঙকপ থবক তৌগনি। (অঙা ওবীগুম থরাইয়াওন) থুম খরগ অশিনব খরগ অশোকপ মফম খুদিংদ খিক্তিক খিক্তিক্কুং, মতুদনি মঙোন্দ কান্নগদব।

মাউ :— (শাওনা) মতু থক তৌগমু।

ফ্রী :— মতুরা নংন নপা মুংশিব হায়বদো? নংন মাগি অচানব মচা, মতুরা নংন মঙোন্দ চৎকদব লীচৎ? নংন, মীয়াম পুম্বদগি নংন, ফত্রব অঙাং! মীহাৎপশিংন মাবু শিত্রিবফাওব ফুরনি হায়ব নিংথিন খঙলব নংন, হুক্তিক মাবু থাদোক্কুন থমসি হায়রিব, মাগি অনাব মকমশিংদু ঐন কিজেৎন পুনশিনগে য়েৎশিনগে হায়বদ ফাওব থিংলিবা?

(পোৎশিংদু পুদুন কা মমুংদ চংখি)

মাউ :— মাগি অনাবশিংদুদ থুম চায়রুমু! মখোয়ন মাবু হাৎসমু, মাবু মবুকইংনদদি লৈহল্লু, মাগি অন্নাব মৈচাক্কু হেন্সৎহনগমু।

ফ্রা :— নং য়াম্ন অঙাং ওইরি নিপামচা, নং পুক্নিংগি মরমদ করিমত্ত খঙদ্রি, নহাক করিমত উদ্রি থেংনদ্রি! নং করি ওইরম্মগদগে ঐহাক লৈরমদ্রবদা? হিংবসি মতমপুম্বদ নঙোন্দ ইন্নাই লায়ন থোক্লকই। নং নমা লৈব হৈনরক্লবনি। নংন পাম্বপুম্ব মহাক্ক পীদুন।

নহাক ঐন হায়রিবসি নিংশিংদব য়াদে। ঐ মমা অম ওইন ঙাংলিবনি, মমা অমন হিংলিবসি মচাগি-দমক্তনি। নম'বু ইকাইখুন্নৌ, মাবু ইকাইখুন্নৌ, মকোক্ত কাপ্লকইব অঙৌব শম শিংদুদগি ওইরবস্তু। থল্লু, নমান নংগি তৌরিব থবক পূন্নমক নংবু মুংশিবদগি ছাক্তনি। অ:াংশা, করম্ব মতমদ নখোয় উথ্রে মান মরম্নাইগিদমক করিগুম্ব থবক তৌব? ঐদি নখোয়গি-দমক্ত খল্লিবনি, অহানবদ ঐগি ইচাশিংগি, অদুদৈ ঐগি ইপুরোইবগি। ঐবু শিংথাদ্রবনি, কনাগুম্ব অতৈদি ওইন, অমুক হন্থন ইরম্নাইগি ওইনস্তু। মরম অদুননি, অঙাংশা হুজিক ঐন নখোয় বাজিগি অশোকপ অনাব মকমশিংসিদ সেবা চংগে তৌরিবসি, নংন ঐগি লম্বী থৎপ চুমদে। অতোপ্প অতৈদি ঐন চৎখিব লৈবাক মথক্সি চুপকে হায়রনি। ঐ নখোয়দগিদি অদুক হাক্ত পামদে, ঐন নীংজব হায়ববু ঐন হোৎনজরিব থরসিগিদমক নখোয়ন ঐগি তৌবিমল খঙবিব।

(লেপপ, লিক্লী। থুম পায়বগ পীরে কা মোমদ চৎখিব)

ঐ থুম খিৎতংগ অশিনবমহী থরগ লাইবক থীরব নপাগি অশোকপ মকমশিংদুদ থাদরুগে।

(মাউরিসন মমাগি পাম্বোমদু ঙমথীন কায়, অদুগ কাদুদ চংদনব থিংই।)

বে :— ইমাগি পাম্বোমদু পায়রুস্তু!

ফ্রা :— মহাক ঐবু ফুসনু। মদুনি মহাক্ত মতমপুম্বদ পায়কইবা

য়েংউনে ঐগি তোল্লব থুদা'সিদ মাগি থুজিন মফম লৈরিবশিংসে। মহাক্ক মতমপুম্বদ পাম্মকইবসি মসিনি ঐবু ফুব।

বে :— (শাওন) কদায়দৈ নথোনান ইমাদ য়ৈরিবনো ?
(মনাও য়েংগে লাক্লে, ফ্রাঙ্কিন ময়াইদ লেপ্লগ খাম্মি)

ফ্রা :— নত্তে। নিপামচা নত্তে ঐগি ইমাংদ। ইমুংমনুং ছায়বসিদি অখেংবনি। ঐ পামদে ইচাশিংন খংনব।
(বেনোইট য়ান মশাবু কাজিল্লে)
মহাক্কবু পায়বদি ঐবু হিংন ইউন থোকচসনু, অদুবু মহাকপুদি ফুবিনু, নিপামচা, ঐগি ইমাংদদি! ঐ খংনব উনীংদে নচিন ননাও অনীগি। মহাক্ক ঐবু খোংতংলে, অদুবু ঐন মহাকপু ভাকপিরে।
(মপুরোইবন হৌন কপ্প)
মহাক নারমানে........মখোয়ব মাবু নাহল্লিবনি....মহাক য়াম্না শাথীন নায়ম্ম ন। ঐহাক য়াম্নিবমখৈ থুন অশিনব খয় মথক্ত চায়রুব ভায়। থুদক অসিমক্তদ।
(চংগ্রে মীওৎ শংদ)

ফ্রা খোঃ— থুম খিজিক্তংগ, অশিনবগন নঙোন্দ য়াম্ন কায়নব ভৌনি। লেংগনো, ঐ য়াম্ন পুরকপ নত্তে। মহুদ হো, মহুদ।

(ভীন খোংই লাওই)
মহুমক্কি মদুদ, অদুদমু—হুজিক থুম খিক্তংগ।

(জীন শাওন লাওরকই)

মাউ :— (লাওব) বাজি! (কপ্পি)

ক্রা খোঃ— মত্নুমক্লি, খর খিজিক্কংগ, মত্নদ শে, খিজিক্কংগ লেংগনো।

(খংহায় মতেক ওইন)

(জীন খোংই)

শে লোইশিল্লসি—হো মত্নদ।

(জীন কল্লি)

ক্রা :— মত্নুন লোইরে ঐখোন্দ য়াওরিবসি! (শাংন চিকপ, জীন কপ্প। চিকপ) ফরে ছুজিক। কমদোই নংগি অশোকপ মফমশিংদো?

(জীন কপ্পি, মাউরিসমু, ময়াম্বন য়েংদব মতমদ কা মমুংদ চংই)

মাউ খোনঃ— নহাক কৈদোরি? নংন খোৎতৎলিবহু মাগি অশোকপদনি।

(কাদগি মমাবু ইহোয়কই। বেনোইটন মনাওদ চোংশিল্লি, ৈংগে তৌই। মমান মচা অনীগি কারক্ত লেপপগ থায়দোকই।)

ক্রা :— নত্তে। নিপাম্মচা তৌনমু। (বেনোইট) নংন য়ৈরিবহু মখোন্দ নত্তে, ঐখোন্দনি। নত্তে, ননাও নিপাদ য়ৈগমু। ঐ প্যামদে নংন মারু য়ৈব।

(বেনোইট ইংখৈ)

বে :— ঐ থাংব ঙম্মোই মাঙ নংবু ফুবদ।

ফ্রা :— উম মহাক ঐবু য়েংজসনু। য়েসনু মানবু মথুদ মুংঙাইজরবদি। মহাক্ল পাম্বত্থ মত্থনি। তৌশন্থ। মহাক্ল ঐঙোন্দ ফুরগ ঐবু কপহনব পাম্মি। নিপামচা মত্থনি ননাও নিপাবু করম্না শারকপগে হায়ব! করম্ব থব্রাইকৎনো! করম্ব কারলনো! করিগিনো হে ঈশ্বর; ঐবু মুংশিদব ইচা লৈবদ ইতিক চাত্রা ঐবো? ঐবু ওৎনব য়েনব। ঐগি অশোনব মিকুপ ঙাইত্থন লৈব অঙাং!

বে :— (শাওন) মাউরিস!

ফ্রা :— থোৎন। নিপামচা মেঙন। (থব্রাইমুংঙাইতন) করম্ব কারলনো! করম্ব লাইবক্লো, হে ঈশ্বর! ঐবু অসুম্ন দণ্ডি পীবিরিব করিগিনো ইবুংঙো? ঐন করি লংজরুত্থন অসুম্ব চৈরাকসি ক'জরিবনো? থৎনগনু ইচাশা নমাগি মাই য়েংত্থন; রাবদগি পোথাব ফংজদ্রবী নোংম নোংমগি ঙৌরকপ মশমগিদমক। (বেনোইটা) মহাক্ল ঐন রারিব অসিদ মিমুংশি থঙদ্রবসু, বেনোইট; নংদি ঐবু থর মুংশিবিত্থন রাহনবিদব রাই। নত্রগ মসিবু ওইব রাত্রাও—নহাকসু ঐবু মুংশিদব?

(বেনোইট মবুক নৌই, করিগুম্ব থর হায়নব হোৎনৈ। মখান মাবু রা ঙাংহন্দে, মখা ঙাংথৈ)

মানি মত্থমক্লি, নংনমু ঐবু মুংশিদে।

বে :— (মপি হাদৌমখৈ) নত্তে ইমা, ঐ নংবু মুংশি ।

ফ্রা :— ফরে অত্থাদ, করিগিনো নংন ঐন উপ্পিব অব্রাবগি লুহুপ অসিদ তিঙখং অতৈ থেৎচিল্লকইবা ?

বে :— ইমা !

ফ্রা :— নংবু ঐন ব্র'রিবসি উদ্র. ? মমা অ'গি ওমখৈ নাইদব অব্রাবশিংদু নং উদ্রাও ?

বে :— (কপ্লি কপ্লি) উই !

ফ্রা :— অহুনিদনা ইচাসিদে, নহাক্ত ঐগি হনুবক্কব চহিগি চৈশুনি। ঐগি পুন্সিদ ঈশ্বরন পীনবিবশিংগি মরক্ত নংদনি তোপতোপ্প খুদোন, ঐগি থব্রাইবু ইংহন্নব।

(মীহাৎপশিংন অমুক ফুব তায়, জীন কপই হীক হীক ফ্রাঙ্কিজ অমদি মচাশিং তুমিন্ন তাই।)

ফ্রা :— মখোয়ন মাবু অমুক ফুরে····মখোয়ন শোয়দন মহাকপু শাথীন শোকহল্লম্মনি (ফ্রাঙ্কিজ খংহায় ওইন ওাংই) মহাক কপ্লি! ········মহাক কপ্লি! নাবন খোংই, নত্রনে ? (কনাম্ন থুমদে···মানি, মানি, মহাক নাহেরি; মহাক নহেরি, ঐহাক মাবু নিংথিন তাব কংই (চৈকুগি মখোল, নাহেবগিম্ন। খংহৌদন জীন য়াক্ত কপ্পকই হোন! মীহাৎপশিংদি ফুব লেপ্তে। জীন্দু অমুক কপ-লাওখিদ্রে, ফ্রাঙ্কিজ থোঙজিন্দ চৎলি অহুগ কা মস্তুংদ য়েংলুই।

মখোয়ন মাবু হাৎলে। মখোয়ন মাবু হাৎলে!

(রামচেৎ অমত্ত ঙাংনদে। মাউরিস ফমথৈ মকোক্ত মেজ মথক্ত থম্মি। মহাক কপ্পষ য়াই। চীকই। কুইন লেপিপ। মীহাৎপ অনীচ্ছ থোরকই, জীনবু চায়গুম পুল্লগ। জীন শিরে, মাগি মকোক্ত থরাক থরাক য়াম্বরি)

ফ্রা :— (মীহাৎপশিংদ) ঐবু থর য়েংহল্লু মচ্চ। ঐ মাবু নিংথিন অমুক্ত য়েংগে। (মীহাৎপশিংচু মান হাপ্ররিবচ্চু তাদন কাচ্চু লাল্লগ—লমজাও তাব থোঙদ চৎপ্রে। মাউরিসকি য়েৎ ওইদ ফ্রাঙ্কিজ অমদি বেনোইট ফমথি। মথোয়নী মঙোন্দ য়েংই, তুমিন লৈ।)

মাউ :— (মমাদ) মথোয়ন বাজিবু হাৎপ্রিবচ্চু নংন তৌহনবনি।

ফ্রা :— মচুম্ম নমাদ হায়নবগি থোনাচ্চু কদায়দৈনো? মতম পুম্ব নংগিদমক য়াচুন লৈজরবী নমাদ?

মাউ :— (মাবু নমহৎতুন) মচুম্ব য়ারেমশিংচু ঐঙোন্দ পীরকমু ঐন নঙোন্দ পীরিব নরালদি নংন বাজিবু থীন থাদ-চুন য়াকৎলুবা।

(বেনোইট হাকময় য়াবন থিংদ্রে)

ফ্র :— হোয়, ইচাসিদি, নংন মচুম্ম থল্লগ। মসিন নঙোন্দবু সুংঙাইরবদি ঐস্ম হায়গে মচ্চ ঐগি ইরালনি। মচুরা নংম পাল্লিবদো?

মাউ :— ওহ, মচুগি য়াচু শকথরমু তোকলো। (লেপ্লি; কুইন য়া ঙাংদে) করিগিনো নংন বাজিদ অচুম্ম তৌপ্রিববো নঙোন্দ করিগুম্ব য়াকৎলুব য়াব মরম পীথিদব বাজিদ?

ক্রা :— মহুমক্তি। মহুমক্তি ঐহাক্ত ভায়রক্লিব পুন্সিচুপ্প নখোয় বাজিন মচাশিং অমদি মাগি মুপীগি তুংবু রা-চান্নহনব মতমদ, মরমদি

মাউ :— (নমহৎতুন) তুংগ রা-চান্নহনবগি মরমদ ভাংলিবশিংন্থ করি করিনো ? নহাক্ত শেম্ব খাইদৈ নৌবন্থবু করিনো

ক্র :— আ, নিপামচা ! করম্ব অরাবনো ! করি কারলনো ! (লেপ্পগ) তৌববুদি মাগি মচাশিংগি তুংগ মান রা-চান্নহল্লম্বদি মাগি মাইথৌখিবশিংগনি। মহাক নিংখিন খণ্ডখি : মহাক্কি অরানব লীচৎতু অন্থম চথরবদি, থেংব ভনবদি খণ্ডদে, মাগি লম্বীত্র লোইশিনখিনি হায়ব। মহাক মহু য়াম্ন নিংখিন খণ্ডখি, অন্থবু মহাক হোংখিদে, অন্থম চথখি অরানব লম্বীন্থদ থোক্লিংব থোক্রুম্নমু হায়ন্থন। ঐন কয়ারক্লো মণ্ডোন্দ অন্থম্ন হায়খিবা ! কয়ারক্লো ঐন মণ্ডোন্দ হায়খিব ! নহাক ঐবু লুপ্রাবী ওইন থনমদোরে, নচাশিংবুন লমজা ওইন। অন্থদ মহাক্ত কমদোখি ? মহাক ঐগি পাউ-ভাক্তু মনাদ হাপখিদে অমদি মাগি অরানব লম্বীন্থ অন্থন চথখি।

মাউ :— নং নথন্তনি, মহাকপু মরাল লৈখি হায়রিব অসি।

ক্রা :— আঃ, মানি, মশান ভাবনি, নং হুজিক কাওব পেন্দ্রি ঐবু অহিং চুপ্প ওৎলবমক্তদ, অন্থন নং ঐবু মীনম্ব ভাংবী কৌরি, অন্থগ ঐন মীবু ওইদবদ রাশকই

হায়জিল্লি হায়ত্তুন নংন ব্রা‌ংকই। মত্তুনি নংন নম্রাদ চৎলিব লীচে, নমা হায়ত্তুবু নং হেক পোকপদগি ংগিদমক চেকশিল্লকইব, মবুক্লিং চংশকইব। নখোয় বাজিন নখোয়গি তুংবু মাগি মচৎনাংদবগ ব্রা-চাম্নহল্লগ ঐন নখোয়গি মুংঙাইনবদ খল্লক'; অদুগ ঐগি লৈখিব পান্দমদি অমত্তনি—নখোয়বু মু ঙাইহনব, ঐন অমুক্ত খঙখিদব মুংঙাইব নখোয়দ পীব! মরম অদুন ঐগিদমক্তদি, শিংথাব য়াব পোৎ, নং অমম্নং নয়াম্ব নিংখিন হিংব, অতোপ্প অতৈ পুম্নমক করিস্নু কাম্নদে। ঐহাক লাইরবী, অপংবী, লাইরিক হৈত্তবী মুপী অমনি, মান পামজরিবন অতৈ নত্তব, মচাশিংগি ফনবদ, চংনিংব মখৈ চংজপ্রবস্নু।

বে :— (থেমজিন্দুনু) মাউরিস, হুজিক অরেম্বদ নিনখোংনবদ করিস্নু কাম্নদোব লৈতে। বাজি লৈখিদ্রে, মত্তুগি মরমদ ঐখোয় হুজিক করিস্নু তৌব ঙম্মরোই।

ক্রা :— বেনোইটন হায়রিবত্তু চুম্মি!

(কুইন তুমিন লৈ)

মাউ :— ঐখোয়ন বাজিবু শিহল্লমদব য়ারম্মি।

ক্রা :— করমদোনা? মত্তুবু ঐগি ইরাল্লাও? নত্তে, লাল্লিব নিপাদি মহাক্কে, মহাক, নখোয়গি বাজি। ঐন কৈদৌরম্ব য়াদগে? ঐন কৈদৌরম্মগ মাবু অত্তুম্ন তৌহন্দব য়ারমদগে? মহাক হায়ব তাদন মঙক ফনপ্রবনে। ঐদি কৈন্দ্র লৈতবী লাইরবী, অপঙবী

